# মিংথৌরোন

অহানবা

লাইনিং থুদাংগী অশংবা বাংউলোন্

( দর্শন্ )

---

১বা ফোঙবা থৌরাল থাবুং

( ১৯৮৯ )

লাইরিক মশিং ১,১০০

ইজবা :

মুতুবা তোম্বী

শীংজমৈ চিরোম লৈকাই, ইম্ফাল

---

 মমল লুপা ১৮/-

---

নম্ফম : মুখি প্রিন্টিং সেণ্টর

শীংজমৈ কৈথেল মখা, ইম্ফাল।

## — লাইরিক অসি কোওবদা মতেং পীবিরকপা —

১। থোকচোম মুহোন — লুঃ ১০০

২। ইরোম ইবোতোম্বী — লুঃ ১০০

৩। থৌনাওজম বীরচন্দ্র — লুঃ ১০০

৪। লাইশ্রম লোকেন — লুঃ ২০০

৫। খুরাইজম হরীদাস — লুঃ ১,২০০

লাইরিক অসি কোওদোক্লবা হোংনবদা শেনগী মতেং পীবিরকপা ঈকাই খুম্নজরবা অহল লমল অমদি ঈচিন ঈনাওশিংগী মফমদা নোল্লুক্লা তৌবিমল উংচরী। লমজিং লমতাকপীখিবা মায়চৌ ( গুরু ) শিং অমদি লাইরিকশিংগী মিং শুনা পনবা ঙমজখিদ্রে ঙাকপীগনি। চিথহোৌবা কয়াস্থু মথংদা চুমথোক্লবা হোংনজগনি।

অইবা

# য়াকাইরোল

মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী
পলেম পীথাং শিল্লিবী
মালং ঈচিক থেমহুনা
অশংবা লবুক লমহাং থক
চীংশাং নাপোম মোনখাংনা,
খোম্লেন শাংনবু য়াতারী।
শৈরোই হৈবী তাঃগী
নুংশি শৈওই শৈশক্লা
পলেম তুম্বা তেংবাংলি।
ঙসিদি তুম্বগী মতাংহ্-নত্রে,
খোম্হাং শুদ নচাগী
হয়ী হয়া মিংখৈনা
ইমা নংবু য়াকাইগে,
লেঙখৎলসি হে ঈমা
ওক্ত শিংদ লমকেংপা,
ব্বারকপীরো নপারী নমোমশিং।

পাংত্রবা নচা
অইবা

# অইবগী ৱারোন

থাওমৈনা মশাগী মরুম্মুদি ঙানহৎলবা থক ঙমদবগুম, মীওইবনা মশাগী মরাল খঙজবা, উবা ঙম্বদি তাংন থোকই। কুপ্পা য়েংশিন্দুনা মশাগী মরাল অত্থু উবা ঙম্লকলবা মহাক অত্থু তশেংনা লাইনিং ঈনাৎ (ধর্ম্ম) বু খঙলবনি হায়রী। কোরীগী চক্ষুদা হাপ্পা হৈ মহিনা ছু ওনখিবগুম, অমকপা নৈত্রবা লাইনিং ঈনাৎ (ধর্ম্ম) অত্থুগী হাপফম (পাত্র) ওইরিবা মী মহাক অত্থুনা মতিক চাদবা ওইরবদি. লাইনিং ঈনাৎ (ধর্ম্ম) অত্থুগী মতিক ময়াই (গুণ) পুম্নমক অমাঙবা ওই। কন্না হোৎনত্থুনা পুয়ানা তাকপা মিংথৈ অত্থুবু খঙবা অমদি উবা ঙম্লকপগী অহানবা মতাংদা, তাইবংপালবা (জীব জগৎ) অসিগী অচুম্বা লংজিন অত্থমক ফংজবা ঙম্লবনি। অমনা, তাইবংগী মৈশানা কাহৎলবা ওলাংথাগী লম্বী চৎপশিংনা. লাইজ ঈরুবু থকচরগা খোরাং মৈচাক কোকপগুম মহাক্কী মিংথৈ মিংলেন অত্থুদং শোঞ্জবনা লাইনিংবশিংনা অরা মৈচাক পুম্নমক কোকচরিবনি। থম্মোয়দা মীনুংশিগী তুংনফম ওইরক্লবা মীওইবনা. য়াইবী থোৱাইদি অমত্তনি অস্নুম্না, চপ মান্ননা নুংশিগ্রে। হঙ্গংনা য়েংবস্নু মপুগী মকাই ফম্বাল ওইখ্রে. তাইবংপান্দা হম্বনা য়েংবদস্নু ওইগ্রে মপুগী মকাই ফম্বাল। অস্নুম ওইবা, লাইনিং ঈনাৎ (ধর্ম্ম বু খঙলবদা, কনানা কনাগী য়েক্লবা ওইগনি? পুক্লিংগী নাপল থাদোক্লুনা, নোল্লুকপা, থাজবা খঙবগা লোইননা চংশিল্ল-বর্ত্তদা, মফম কৈদগী ঐনা লাক্লিবা? পুন্সিনা লোইরবদা ঐগী পম্বুংফম্না কদাইদা? অসি খিবিকপু হোৎনবগী মপাম্তনা লম্বী অসি বু উগদবনি। ঈনাৎ (ধর্ম্ম)গী হাপফম (পাত্র) ওইরিবা মীওইবা থুদিংমক্তা. মতিক চাবা অমমম ওইফম থোকই অস্নুম্না, লাইনিং অহল (গুরু)শিংগী পাউতাক্তা য়ুমফম ওইত্থুনা লাইরিক মচা অসিবু ইজখিবনি, অইবগী অশোনবা কয়াবু মায়চৌ (গুরু) শিংনা মেনখৎপিরকপদা হরাওনা লৌশিঞ্জগনি।

অইবা

# মিং থৈরোন

# মিংখেরোন

## তেংবালবা অমসুং তাইবংপালবা ওইরকপা

হুও খোইয়ুম লাইনিংথৌ, অচং-তত্তা পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা। তেংবালবনা লৈত্রিংগৈ অতিংকোক — ( অহাংবদা ) ঈবুংঙো মহাক্কী অমাং অতা লৈত্রবা মতিক ময়াইনা হৌরকফম মরু ওইহনা, তেংবালবগী মওং লেপ্লিবা। হে চীংঙু লাইগী লাইওইবা, শিন্নৌ মোইথাপ্পু ঙমজবা চীংঙু সনা খুয়ারেল, থম্বাল লৈকা মানববু তাইবং লুদ-হাপ, পংবা নৌরাগা পানখক ওই। চীংঙু মিংথৈ শোঙ্গবা অরান অশোয় ঙাকপিয়ু, ওইনজবগুম পিকপা নৌরা অঙাংনা, অপোকপী পলেম পম্বোঁদা, চেংলৌ শক উদবা নহাক্কী নগাইদা তাইবং চাশিংনা হম্ন-হন্না থুক্রুমজে।

**"হুণ্ড" খোইয়ুম লাইনিংথৌ, অতিংকোক মরু শিদবা,**
**য়াইবী য়েলহৌডে অমম্--লৈশান্নরকপা ॥১॥**

হাংল-মালংদা নহাক্কী পুক্কলেন্ ওইবা, মুমিং থানা লৈত্রিবৈঙে, অতিয়া পান্দম নাইদ্রিবৈঙে, নহাক্কী শিংনাইদবা শাইয়োম্না তেংবাল মণ্ডং লেপ্লিবা। তাইবং মিংয়েংগী য়াংমদা হোংবা নাইদবা, অরেপ্পা ওইমা লৈরিবা ইবুংঙো নহাক্কী শম্মু নহকচাংদগী খাইদোকপিরকপা নয়াই:পাংলম মণ্ডানা, শিংনাইদবা থক-খা অনিমক্কী পোংচাক পোংলগু লাংঙোনবা (পোকপা)। তাইবংগী অহৌবম্মু নহাক্লি, পোলোই পন্থুংফমবু নশাগী নশানি, নহাক্কগী অমাং-অতা লৈত্রবা তম্ফা কৌবী য়েন্ (বীজ) না ওইনিংবতা ওইহনা, তাইবংপাল কৌবা কুমহৈবু শান্নরী হায়বগী:— য়াইবী য়েলহৌডে অমম লৈশান্নরকপা" হায়না ঈবুংঙো নহাক্কী নতিক নয়াইবু শৈথারী ॥১॥

**"খেরে নুংগুম তকুপহৌ, পোইজিংঙ নোংখাং**
**তরংলেন্ তরং লাইজা ঈপোকপা ॥২॥**

শংবান্নবা অতিয়া মকোয়দা, তম্মা থৌনা থৌগাইবা, নয়াই-খিবিক তিনবদা অকন্ শাফুনা চোংথোকপা, কল্ল-পোংশক কয়ানা চায়না খোংত্রেন-হাগুম্মা (থৌ কৌবা অকনবা, মুংঙৌ অনিনা তক্লবা, খাম্বী মৈবী হৌগুম্মা) নংতগী নয়াইনা

গাইওনবা, ছন্নেন-হান্নেন খঙ্গোনবা ( মালং নুংশিং অইং-অশা ) চান্নবৈঙে, চান্নবা—লাল্লাউ লাউখিবা। অখাক-অরাউ লক্কগী নুমিৎ-থা-থৌরাইমিচাকস্তু নোংথাংগী চাদা নোদা ওইখিবা, নংতগী নতিক নঙান্না মালেম তেংবাল্লববু লেপ্লিবা। নংনা হরাউ মখে-লাংবদা, মৈ, ঈশিং, নুংশিং, কোরৌ, মালেমস্তু পোকলিবা। পাখৌ মিংলেন্না হেমোইবা তাইবংগী মপী-মপা নহাকপু "খেরে নুংগুম তকুপহৌ, পোইতিংঙ্‌ নোংথাং তরং-লেন্‌ তরং লাইজা ঈপোকপা, অস্নুম্না শৈথারী" ॥২॥

### "চৌংঙ্‌ লিস্তাও-তাওবী ইলোই-লাই, লাইলেন্‌ তাওলোই-লাই নমু শিদবা ॥৩॥

পনখৈফম লৈত্রবা ঈবুংঙো নহাক্কী উনবী নুংদগী, অপান অরং থৌরাইমিচাকস্তু শাইয়োনবা। মালেম লৈপাক লৈমস্তু অপানবগী কাংলুপনি, তরং-থক্কা তাওবনি, নয়াইতনা ফাবনি, নশাদবু তুংবনি। হৌফম মরু ওইরিবা নহাকী শম্মু-হক্কগী চেস্থরকপা খম্বা নাইত্র ঈচেন্না, চেংলৌ নশক লেপ্লিবা নচু নমেনস্তু তাক্লিবা। চৌংচুম লাইজানা তিনখিবগুম ঈপাক্কা, পুল্সিগী পোলোইদা নশাদবু তিঞ্জফম ওইরিবা, রাংলেন মিৎকুপ অমত্তস্তু তাইবংপালবা ( জিব-জগৎ ) অসিগা থাদোক্লবা লৈতনা লোইনরিবা, নমু তাইবং মালংপানবা অসিস্তু ইবুংঙো নহাকমক্কি হায়বগী চৌংঙ্‌ লিস্তাও-তাওবী ঈলোই-লাই, লাইলেন্‌ তাওলোই লাই নমু শিদবা" অস্নুম্নবু শৈথারী ॥৩॥

**"নুংকা হালাবা, য়াইবী নুংঙৌ পীমা পা চীংঙু কোইরৌ অয়েংবা, বাংবা নোংখৌপাচুম্বা ।৪।।**

নুংনাং কাওখনকোন্দা ( অতিয়াদা ) ঈবুংঙো মহাক্লা ওন্ন ওন্না শাইওন্দুনা তেংবালবগী কায়াৎ নাইখরে, মহাক্কী অমাং অতা লৈত্রবা ঈহীলেন (বীজ ) না পুম্নমক্কী মাঙদবা মরু ওইখরে। মশাদগী খাইদোকপা পিক্ত-মরিক অমত্তংনা কোরৌহনবা ( নুমিং ) ওইহনা, তেংবালবা ( সৌর জগৎ ) অসিগী অয়েং কাইবা ( ঙাইবা কনবা ) অকনবা থৌদাং পুখ্রে। তাইবংপালগী অচুম্বা পান্দমফম হায়বহু কোরৌহনবা ( নুমিং) তনা ওইখরে। অস্নুম ওইবা ৱাফম্না উহল্লিবদি - 'নুংকা হারাবা, য়াইবীনুংঙৌ পী-মা পা, চীংঙু কোইরৌ অয়েংবা, ৱাংবা নোংখৌপাঙুম্বা" হায়না শৈথারী ॥৪॥

**"হুপ্লা পানগী হালম, উকী মিশেমপোৎ, কাইবী মহুম-নুংগী পরিং লাংশং-হুন, উকা মায়থোং-য়ান, নপোক খোইরা য়াল্লকপা ।।৫।।**

'অচৎপা-চত্তবা য়াইবী থৌৱাই পুম্নমকপু শাইয়োন ( লাংঙোন ) নবগীদমক, ঈবুংঙো মহাক্কী নোংলোন্ লেনফুদগী হুম্হবিরকপা ঈহীলেন ( বীজ ) মকুপ মকুপ্পা খমকোন মালংনুংদা ( নুংশিংকী পারবা মহুম নুংদা ) মফম খুদিং শিনপ্রে। চেংলৌ শক উদবা ঈবুংঙো মহাক্লা, নুংঙাই য়াইফবা তাইবং

ওইহনগে, উনবী হুংদা খনবনা, —অনৌ অনৌবা হুপ মতোনগুম তাইবংপান্দা শাকোংবিরক্লে ( য়েন্নিং থাবু ওইহনবিরক্লে )। নমু তাইবংমী, শা, ঙা, খোংলি-লাউরিবা য়াইবী থৌরাই পুন্নমকপু ওইহন্নবগীদমক, শেকমোম্ কাইবী ( মি কৌবা তিন ) না পন্নিং লাংশং তিংহনা শেক্সগুম, য়াইবীরেল শিদবা ( পরমাত্মা ) না মশামকী কাইদোংকম শেমগুনা তাইবংপান কৌনা শাকোংবিরক্লে।

লাই খিবিকী লাই ওইবা ঈবুংঙো মহাক্লা পায়মা খোইজংনা শেমখিবা সনাশী শঙ্কাই নিংথিবা, কোরৌ নোংদ্রোকক্তা ওকপুরোই, তাওহইরেং ( থৌরাইমিচাক ) নুমিৎ খা খিবিক্লা হেন্দোকককদবা খোংচত্তা চক কৌবা ( মতম ) বু কোইরী )। মুহাক্তনা শাইয়োনবা হুয়েন হায়েন, চেংঙা, মুহা কৌবা মালং (সুংশিৎ) না শিন্নারকপদা অইং অশা নাইখরে, উন্নি উপাল, রাহি মোল্লু অচৎ চত্তা, খোংলি-লাউরিবা তাইবং থৌরাই পুন্নমকপু পোকখরে। চেংলৌ শক্লাইদবা তেংকালবা ( নিরাকার ব্রহ্ম ) ঈবুংঙো মহাক্লা ওয় ওয়া শাইয়োন্দুনা, শক্লম নাইবা তাইবংপান ( স্বকার ব্রহ্ম ) ওইরকই। অসুম ওইবা রাখমবু—"গুপ্লা পালগী হালম, উকী ( পামেন উন্নাংনা ) দি শেমপোং ( মমি অমহুনা খুৎহৈরশিংনা ইত্ত না শেক্সগুম ), কাইবী সহুম হুংলী পন্নিং লাংশংগুম ( মি কৌবা তিন্নাপন্নিং তিংহনা মুহুম শাবগুম ), উকা মায়থোং মহাক্লা খোইরা মাক্লকপা। ( অসুম্না শেমবাদি - কক্ত খোইরা ওইগনি হায়বসি,

চাঁংও, লাই শিবিকাঁদু লাই ওইবা, অকাঁকী লিমনা, মৈনে, ঈশিংনে, নুংশিথনে অহুম চানবনবুধা অঙ্কা "কৌবী য়েন (বীজ) থু পোকহন্নপা, শক্তৌক্ত লোংলোন (লেনবু) দগী হুখবিরকুনা, মালেমগী মশক ওইবী পালেম ওইবীশিংগী লৌবীকমদা তুংহনা, হৈগী হৈপাল, লৈগী লৈপাল থাবগুম, মপারী নমোম ওইনা শাংলকইবনি। তেংবাঙ্গবগী কয়াং লাংপুমগী পোংলম পুন্নমকপু, ঈবুংঙো মহাক্কা "ওম-ঙা শাইয়োন্দুনা, শক-নাইদবা তেংবালবা (নিরাকার ব্রহ্ম) অসি ওইরকপগুম, ঈবুংঙো মহাক্কা শাইয়োন্দুনা শক্লাইবা তাইবং হকচাং (স্বকার ব্রহ্ম) অসিন্থ ওইরকই।

ঈবুংঙো মহাক্কা শিংখালোন (অক্ষ) চৈশিং ঈয়েক অমদা শাইয়োন্দুনা, ঈলিক (বিন্দু) শিক্লবা মরিক অমগী মথুংদা মহাকমক্তী ময়েক, মশক ওইবা তাইবং হকচাং অসিবু য়েক্লকপনি। মশক মওং নাইরমন্নবগী অমা হায়বা শিংখালোন্ ঈয়েক অসিবু, অমম্ অঙান অনি গুপ্লবা মিংথৈনি। ঈবুংঙো মহাক্কা "তিং" ওইহনা অহৌবম্, অলোম্বম্ ওই হায়বগী খুন্নুংলোম্না "অতিংঅা" শিদবা কৌই। অরুলেন ওইবা অঙাংবদা য়াইবী-য়েল শিদবা (পরমাণু) না শিথায়রকপা, তেংবালুবা (সৌর-জগৎ) অসিবু শেম্বীরকপদি "মিরাং কৌবা, ডিঙ্গা, মক্কোন্দবী [illegible]কপা লংলানা মহুম শুক্লগুম, [illegible] সহু যাল্লা অমুক [illegible]নখি। [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]ল অসি [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]হাক্কি।

প ক চাওরবা তেংবালবগী কায়াৎ লাংপুম অসিনা পিক্না মওং ( মশক ) লাক্কুনা, তাইবং হকচাং লাংপুম অসিবু ওইরক্লিবনি। পলেম ( মমা ) ওইবীশিংনা মপারী মমোম ( মচা ) শিংবু শম্মু নমদা পো, নৌথেম ঈশৈ শক্কুনা তাইবং মপুং ফাহল্লকপনি, অহুগুমহুনা—লৈমরেল শিদবী ( মহৌসা লাইরেম্বী, প্রকৃতি ) কৌবীনা, লাংবন থাগী খোইনা ঙংবগুম লাইগী নুংশিবা খোঞ্জেন্না "হুং" হায়না নৌথেম ঈশৈ শক্কুনা ( তেংবালবগী কাংওন্দা ) অচৎপা চগুবা পুম্নমক শেম্বনি। অম্মুম ওইবা রাফম্বু—"চীংঙ্ য়ারা নখোঞ্জেন লাংবন খোইমু খোন্দানবা, হুংনা নয়েক থোক্না নপোক খোইরা য়ালমপা, চীংঙ্ য়ারা নখোঞ্জেন্ নমু পোংবু থেন্দমঙৈগী শিংখৈদি— "হুং" হায়না কোলোইবা, অম্মুম্না শৈথারী ॥৭॥

মফম পুম্বা শিনবা হুংবা, খমকোন কৌবা মালং নুংশিৎনা অতিয়াদা মতম পুম্নমক্কা লৈবা অহুগুম্না, তাইবংপালবা (জগৎ) পুম্বনা য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মঙোন্দা তুংহুনা লৈরিবনি। পুন্সি হায়বসিনা লোইরবদা তাইবংপানবা ( জগৎ ) পুম্নমক লৈমরেল শিদবী ( মহৌসা লাইরেম্বী ) দা অমুক তিনরদ্দি শোয়হৈদবা মপুগী শিন্দুনি। অহুগা অহৌবা ওইনা মহাক্না অমুক শেমগৎলি হায়বগী—হুম্নি গুবা নৌরাগী মতিক ওইনা লাংঙোনবা কৌই হায়রী।

—-—

# তাইবং কুমহৈ

,,কুরুগী খোইরী মতাং অরেৎ শুবদা য়াহিপ্লিবা ॥১।
পম্লো কোরবসু হাউবু মথুম্মা,
পলেম কোরবসু হাউবু মথুম্মা ॥২॥
চীংঙু নতিক অরুবা খোইমুম নওান অরাবা
নমু তাইবং নুংদবু শান্নরী ।৩॥

ব্রাক্ষম অসিনা উহল্লিবদি,— তেংবালবা অমম্লং তাইবং পালবনে, য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা) নে, অহুম্মক্কী তৎন-থানদবা মরী অহু ফোংদোক্ল উহল্লি। লাই হায়রিবসি মওং মশক নাইনা লৈ, লাইগী মওং (শঙ্কম) লৈতে হায়রবদি - লাই হায়বহুস্ু লৈতে লাই লৈত্রবদি তাইবং-পালবস্লু লৈরোইদবনি। তাইবংপাম্না লৈবনিনা লাইস্লু লৈ, লৈরবদি—মওংস্লু লৈগনি। অহুগুম্বা অথুপ্পা, ফোংদোক্কবা তাইবং মপুবু খওজগে, উজগে তাল্লিবা মীওইবনা "কুরু" হায়বা ব্রাহ্মৈ অসিমক নৈনক্ষম খোকই—

"কু" চানবিবা (পিবিবা)। নুমিৎ, থা, মালেম্মচিংবা অসি ঈবুংঙো মহাক্কী খোজানগী মশক ওইবা কুজ পোৎনি। অসিনা মরম ওইহনা - মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, কোরৌ· মালেম্ম-চিংবা পোৎলম পুম্নমক মহাক্না কুবিবনি। "লু"—(রু), খোজালগী মশক ওইবা পোৎলম পুম্নমক্কী "রু"—লুরেন্দগী

থোক্লকফম্নি হায়হনা ঈবুংঙো মহাকপু "কুরু" থোনখিবনি। মতম্না ক—না, গ, ওইখিহনা, লু—না, রু=ওইখিহনা, কুলুদগী গুরু তাগ্রে। সনা মহী লাইকনচিংবদা য়াওরিবা কুরু হায়বা রাহৈগী রাহঙোক ( আর্থ )_ নৈনবদা কুরুদগী গুরু তাগ্রবদি সংস্কৃত লোন ওয়গ্রে।

সংস্কৃত পণ্ডিতশিংনা হায়— গু—দি অমম্বনিং রু—না মাংহনবা হায়বনি। শিষ্য সেবকশিং অদুগী অমম্বা রাখলবু ডানথোকহল্লি, অমম্ববু মাংহল্লি হায়হনা গুরু কৌনরে। মীওইবা খুদিংমক মপুং ফাবা গুরু ওইদে, গুরুস্মু য়াম্মী, মপুং ফাবা গুরু অথোইবদি— তাইবং মপুদনি। পোইরৈ ঈনাংকী লাইনিং কুরু হায়বা অসিস্মু তাইবং মপুবুনি। সংস্কৃত অমস্মুং কংলৈলোন্ অনিমক্না পান্দমফম অমত্তদা পন্থুং ওই।

**"থোইরি মতাং তরেৎ গুবদা য়াহিপলিবা। ১॥**

তেংবালবা নৈকোইলোন্ ( সৌরজগৎ ) অসি থৌরাই-মিচাক নোংথৌ শিদবা ( ধ্রুবতারা ), থৌরাইমিচাক চৈওন তরেৎকী মনুংনি, অস্মুম ওইবা রাকনবু— নুংনাং কাউথনকোন ( অতিংঅা ) অস্মুম্না হায়রী। নুমিৎ, থা, শজিক, থাবা, ওক-পুরোই তাওহুইরেং, মোংকা-সালংকা, শাচুং তিলহৈবা_ মালেম হায়রিবা কায়াং ( গ্রহ ) শিং অসি চৈওন তরেৎকী মনুংনি। অদুগা— তাইবংপালবা পুম্নমক অসি লাইনিংথৌ শালাইলেল অতিংঅা শিদবা ঈবুংঙো মহাকী লাংওম্নি। অস্মুম্না ওইরিবা

তাইবংপালবা পুম্মক অসি, লাইনিংথৌ শালাইলেল (অতিংঅা) শিদবগী মন্নুংনি। থাজা ১২ না লাংহৈ কুমশিং চীংগু মকুম শারে, নকুম কুম্মু কুমকাউদা নথা-থাবু থাকাউদা কুমজা তেকহৌনরক্নে। অস্তুম্না হায়রিবদি— নিংথম কালেন খায়না, নাকেন্থা অমুক হৌখিবা, য়েন্নিং থা অমুক ওইরকপা, তংপা কাংবা লৈতবা তেংবালবগী কাংওনবুনি। অস্তুমনা ওইরিবা, তাইবংপালবা অসি তেংবালবদগী ওইরকপনি, মরম অদুনা— অনি অনিগী তাইবংপালবু ওইগ্রে, অমম্বা অঙানবা, অইংবা অশাবা, পী পা (লাবা অমোম)। অস্তুম্না ওইরক্লিবা কুমচং থাচংলোন, থা ১২ গী মন্নুংদা রাকচীং থানা লাই-নিংথৌনি পল্হৌ (ঈপা নি, পোইন্নু থানা অপোকপী পলেম্নি (লৈমরেল শিদবী ঈমানি)। অমনা—লোইদাম থাজা ১২ না তংপা কাংবা লৈতনা চংথরকইবা মরী তেংবালবগী কাংওনবু ঈবুংঙো মহাক্কী খোইরিগী মশক্লি।

অস্তুমনা ওইরিবা কুমচং-থাচংলোন্দা, তাইবংপাল (জীব-জগৎ) না, নুনিং চৈওন তারেংকী মন্নুংদা পোক্ল-শিরা, শিরা পোক্লা তৌহুনা, তংহৈ-কাংহৈদবা তাইবংপাল ওইহুনা নুংঙাই থোইনা পাঞ্জরিবনি। ঈবুংঙো মহাক্না থৌরাই পানবশিং শেম্বীবা মতমদা লাবা-অমোম (পী-পা) খায়না শেম্বীবা মরমনা, অনি অনিগী তাইবংপালবু ওইরে। নমু তাইবং মী- শা, ঙা, খোংলি লাউরিবা, অচৎপা চত্তবা পুম্মক অসি য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা) গী শাইয়োন লাংঙোন ঙাক্কনি।

অস্নুমনা ওইরিব, তোঙান তোঙানবা শক্তমশিং অসিদা, কুপ্পদগী কুপ্পবা, মালং নুংশিত্তা কাইদোং ওইবা, চেংঙা মুহা কৌবা মতিক ময়াইনা, য়াইবী থৌরাই ওইবিহনা পুন্নমক্তা শিন্নুংনা লৈবিরী। অমনা তেংবালবদা লৈরিবা নুমিৎ, থা, থৌরাইমিচাক, মালেম অমস্নুং মী, শা, ঙা. খোংলি-লাউরিবা, অচৎপা চত্তবা হায়রিবা পুন্নমক অসিনা "লিক মরু" ওইরগা, ঈবুংঙো মহাক্কী মতিক ময়াইনা তৎহৈদবা লঙতুং ওইহনা, পুন্না তাইবং কৌবা কুমহৈবু শান্নরিবনি হায়বগী খোইরি মতাং তরেং শুবদা য়াহিপলিবা অস্নুননা হায়রী ।.।

"পন্থৌ কৌরবসু হাউবু মখুন্না,
পলেম কৌরবসু হাউবু মখুন্না।২।

থৌরাইনা থম্মোয়দা লৈবদি পলেম পন্থৌ শক্না লৈ। পলেম হায়না শোজবস্নু ঈবুংঙো মহাকপুনি, পন্থৌ হায়না শোজবস্নু ঈবুংঙো মহাকপুনি, মিংলেন মিংখৈ অনিমকপু ঈবুংঙো মহাক্কী মিংখৈনি। মরম অহুনা, ঈনুংলোনগী মিংখৈ "হা-হা" ( ঈমা ঈমা ), হুঙ-হুঙ (ঈপা ঈপা) অসিবু থৌরাইগী মিংখৈ কৌই হায়রিবনি। থৌরাইনা থম্মোয়দা লৈবদি মালং নুংশিত্তা কাইদোং ওইনা লৈ, য়াইবীনা লাইজা ঈগী মশক ওইনা লৈ। অনিমক্কী মিংখৈবু ঈমা ঈপা ( পলেম-পন্থৌ ) কৌনা. থৌরাইগা য়াইবীগা অনিনা থর্ম্মোয়দা লৈ। কোং দোক্রবা অ্প্পা মিংখৈ অসিবু "পন্থৌ কৌরবস্নু হাউবু মখুন্না, পলেম কৌরবস্নু হাউবু মখুন্না, অস্নুন্না হায়রী ।২।

"চৈংঙ্, নিশিকু অকবা, খোইয়ুম নঙান অরাবা,
নমু তাইবং নুংঙ্গবু শান্নরী ।।৩।।

"য়াইবীরেল শিদবা' ( পরমাত্মা ) গী অমকপা লৈত্রবা মতিক ময়াইনা শেঙ্গীবা মী, শা, ঙা খোংলি লাউরিবা পুন্নমক অসি. মাগী মাগী থন্মোয়দা মপুগী কোন্দগী চিথরকপা, মলিক অমমঃ। থৌরাই ওইবীহুনা, মাগী মাগী থন্মোয়দা ভূংহুনা লৈবী। থৌরাই শিদবা লাইনা মতম থরদং মযুম ওইহুনা লৈবী হায়বগী "থন্মোয়গী লাইয়ুম, অস্নুমনা কৌরিবনি। অচংপা চত্তবা থৌরাই শান্নরশিংনা, মহাক্কী মঙান্দা কোং-দোক্নুনা ঙাঙরিবনি। অদুগা, য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কী মঙান্দি অচম্বা শান্নী মৈঙানগা মান্নকে. অচম্বা মৈগী মঙান্দি মৈ লৈত্রবদি হুমিদাংনচিংবদা মন্নী, মুংগহু লাই। য়াইবীরেল শিদবা ( পরমাত্মা ) গী মঙান্দি করিগুম্বদম্ব লৈত্তরা নাইদে, থুমিংমক্তা ঙান্নুনা অরুমক লৈ হায়বগী "খোইয়ুম নঙান অরাবা" অস্নুমনা হায়রী।

নমু তাইবং মালংপাল ( জীবজগৎ ) অসিগী মন্নুংদা য়াইবীরেল শিদবা ( তাইবং মপু ) না শান্নরী হায়রিবদি, তেংবালবদা লৈরিবা অচংপা চত্তবা ( অহিংবা ) হায়রিবা পুন্নমক অসি, মহাক্কী মতিক ময়াইনা শারকপনি, ওন্নকপনি হায়বগী পোক্লকপবু "শাইওন্নকপা" হায়রিবনি। তাইবং-পালবা (জগৎ) অসিদা লৈরিবা মশীং থীওমদবা শক্লম (মওং)

ময়াম অসিবু— লাইনিং লম্বীদদি মওং লৈতবা তেংবালবা (নিরাকার ব্রহ্ম) কৌই। অমনা,— মপু মহাক্কী অরেপ্পা শক্তমদি— ঙৈনা শাইওন্নকপা (শেম্নকপা) নমু তাইবংগী চেংলৌ শক্তম (হকচাং) অসিনি। মরমদি— য়াইবীরেল শিদবা ঙৈবুংঙো মহাক্কী ময়াই পোৎলম মঙানা চাং-তমহনা শারকপনি হায়বনী 'হকচাং' অস্মুম্না কৌরিবনি। মীওইবনা লল পাম্বগী অপাম্বা, অপাম নুংশিগী অপাম্বনা তাইবং কৌবা কুম হদা পংথরুবনা, তৎনবগুম খল্লুরবা তাইবংমপুগা, ঐখোয় মীওইবগা লৈনরিবা মরী অদু— লাইনিং খুদা নিপাল্পনা মরম ওইহনা শম্মু হায়রী। শম্মু— ওই, য়েৎ, তুং মাং, খোং, খুং, মশা শম্মু খুত্তা খুম, পায়মা পুক্কা চল্লবদা (খঙলবদা) তাইবং মীওইবগী শম্মু কৌবা হকচাং অসিবু, মওং, শক্তম নাইবা তেংবালবা (শুকার ব্রহ্ম) কৌই হায়বসিদি, হকথেংননা অথঙবা ওইরক্কদবনি হায়রী।

ঐখোয় মীওইবা অসিদি লাইবক অমত্তা মাম্নদে, কনানা নিংথৌ লাইবক, কনানা মীনাই লাইবক, কনানা চাকনিবগী লাইবকপু ওই। মসি পুম্নমক মাগী মাগী লাইবক্কী পোৎ-য়োম্বদা য়াওরকপা ঙাক্তনি। নমু তাইবংগী হকচাংনুংদা মপু মহাক্কা "ঐ" কৌবা লৈ, "ঐ" হায়রিবা অসিদি— মপু মহাকপুনি। অস্মুর্ন ওইবা বাকয অসিদি, মায়গৈ অংসোমদা মায় ওনশিন্নলবনা, মীওইবা খুদিংমক পার্মমা লৌশিং চাওবা (অশিংবা) ওইহনল্দু, নমী অসিবুদি অম্মুরুবা (খঙবদা অরাবা) ওই।

ফিজেংনা শাবা লাই-ফদিবীগুম্নবা, শাদোংগী মপৈ শরুগী পোলাং, ঈগী উতোং অহোবগুম্বা মীওইবগী হকচাং অসিবু, মখল কয়াগী জগোই কনানা শাহনবগে ? খেনবদি নৈগনি অমম্ববু অঙানবনি খনবা, অঙানববু অমম্বনি খনবা অনি অনিগী তাইবংপান্নি, অস্থুম্না হায়রী— "পোক্ল য়াইনা শাইয়োনবা, হুঙা শৈহৌ-মীকপহন, মিহৌ লাংনা ঈথক হন, অয়ো হায়না পোলোই-হন, নংতনা শান্নবা কুমহৈনি।"।



# মহাকী শিস্থানি

শংবান্নবা নোংদোন ( অহাংব ) না শেকপিন ( থাকন ) ওইরিবা। লশিং মফোনগুম ঙৌর-লৈচিন্না ফিজং খল্লিবা, তনিক-তনিক ঙাল্লিবা থৌরাইমিচাক্লা স্নাকুপ্পা কোঙ্গোন থিনবগুম লৈতেংলিবা। মৈ, ঈশিং নুংশিংনা ফানখোং ওইবা, অঙকপা ফজবগী, তুংনকম ওইবা, অমাং অতা নৈত্রবা সনা তাংবন্দুগী ময়াইদা, নোকমি-নোকমিবা থৌজানগী মায়থোংনা লৈতেংবা। য়াইবী কোনগী মবুংঙো, মিংস্না থম্বান্না মহাকী, শান্নরিবা তাইবং কুমহৈসিবু পায়মা খোইজংনা মিংয়েং তান্নিবা। অঙকপা তাইবংগী নমলোন্দা মহাকনি অখঙবা অউবা, পোক্লাই-শিনাইদবা, হোংনাইদ্রবা, লেঙদ্রবা মপু লৈরি

অমথক। রায়েল পাংশোয় ন্যাইবা, অরেপ্পা হায়বদো মথওনি, ওইবিবনি মহাক্না অহৌবা, ময়াই, অরোইবা পন্থ্ংকম। লাইনিংবশিংগী অথোইবা লল্ হায়বদো মহাক্তনি অশেংবা।

থবক থওনা শিন্নাবা, মিংথৈ থওনা লাইনিংবা, পায়মা পুক্নিংতনা থওগনি, উনবী রাথনা ওানগনি, মফম মতম্ থওরতনা অথোইবনি হায়রী। পুন্নমক মহাক্তীনি, করিবু কচ্ছগনি মফমদা? মুমিং, থা, ফোরো মানেমসু মহাক্তীনি, থেন্নবা রাথক্না তাঙ্গরিবা মীওইবগী লল্, লুপা, সনা, হী-য়াই পুন্নমক মহাক্তী মফমদা করিবু কান্নগনি? তাইবং মপু মঙোন্দগী পুন্নমক থোকপনি। পুন্নমক মাগী মথা পোনবনি, মাদি কনাগীসু মথা পোন্দে, পুন্নমক মানা শেম্বনি, মাকুদি কনানসু শেম্নদে। মহাক্তী য়াথংনা মৈনা চাক্লীবা, নুংশিংনা হাইহল্লীবা, ঈশিংনা মহী ওইনা চেম্থরি, মাগী য়াথং নত্তনা পুক্নিংনা থম্বা, উনবী রাথন্না করিওন্না অমত্তসু থওবা, উবা ওইথোক্কে। অচৎপা চত্তবা তাইবং থৌরাই পানবদগী চীংঙ্ লাই ফাওবা, মহাক্তী য়াথ্রং (শিন্না) গী রাংমদা শম্না-মফৈ অম-ফাও হেন্দোকপা ওম্বগী মতিক লৈতে। মহাক্কি—তেংবালবা (ব্রহ্মান্দ) পুন্নমক্তী নিংথৌরেন্নি হায়হনা—"হুও" থোইমুম লাইনিংথৌ" অম্মুমনা পুয়ানা শৈথারী।

# ঘিতমলোন

## ( অহানবা মতাং )

"হা - হুং - হৈ - হে - হিং" মিংথৈ মঙা অসিনা তেংবালবা (ব্রহ্মান্দ) কৌবা কয়াং লাংপুম অসি ওইরিবনি। অস্নুম্না ওইবা, পাক চাওরবা তেংবালবা অসিনা পীক্লা মওং লাক্লুনা, তাইবং মীওইবগী হকচাং লাংপুম অসিবু ওইরকইবনি। অস্নুম্না ওইরক্লিবা তেংবালবা (সৌরজগৎ) কৌবা কাংওন অসিগী অহানবা হনক্রে হুনকমদি, - য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা), ঈবুংঙো মহাক্কী নোংলোন (লেনফু) দগী হুল্লকপনি (পুম্নমক অসি ওইরকপনি)। তেংবালবা অসিগী পরীং লাংশং হুনখিবগী মরমদি— "অতিংকোক' তিংকাকোক অতিনয়া" কৌবা মতীক ময়াইরেল (শক্তিরেল) ওইবা ঈবুংঙো মঙোন্দগী ময়াই অহুমথক চোংথোক্লকখি।

লাইগী মতীক ময়াই (শক্তি), মশক মওং পুম্নমক মঙোন্দা পুমচং চংশিন্দুনা লৈবা "অতিংকোক" (কারন-শরীর) কৌবা অমা, পুম্নমক্তা মানা চংহুনা লৈবা "তিংকাকোক" (সূক্ষ্ম শরীর) কৌবা, পুম্নমক অসিনা উথোক্লুনা উরীবা "অতিনয়া" (স্থূল শরীর) কৌবা অমা। অস্নুম্না, য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্না "তিং" ওইহুনা অহৌবস্নু, অলোম্বস্নু ওই হায়বগী "অতিংআ" হায়নস্নু কৌই।

তেংবালবা ( জগৎ ) পুম্নমক্কী অপোকপা মপা, য়াইবী-রেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কী হকচাংদগী খাইদোকখিবী, মহৌশা লাইরেম্বী ( প্রকৃতি ), লৈমরেল শিদবীনা তাইবং-পালবগী অচৎপা-চত্তবা পুম্নমক শেম্বনি, মরম অসিদগী তাইবং থৌরাইপানবশিংনা, পোক্লকপস্থু শিখিবস্থু তাইবংপালবগী কাংওন্দা ( মহৌসা লাইরেম্বীগী য়াওন্দা ) কোইরে লৈহুনা লৈরিবনি। অমনা, মহাক্কী মতিক ময়াইতনা শক্লাইদবা তেংবালবা ( নীরাকার ব্রহ্ম ) অসি ওইরফপগুম, ঈবুংঙো মহাক্লা ওম্ন-ওম্না শাইরোন্দুনা মশক মওং নাইবা তাইবংপাল ( শ্বকার ব্রহ্ম ) মীওইবগী তাইবং হকচাং অসি ওইরকই। তরুংলেন ওইবা অহাংবদা লাইগী মতিক ময়াই, মশক মওং, মপাঙ্গল ( শক্তি ) পুম্নমক মঙোন্দা পুমচং চংশিন্দুনা লৈবা "অতিংকোক" ( কারন্ শরীর ) ওইবা ঈবুংঙো মহাক্লা মশক মওং লৈতবগুম কোংদোক্তবা ( নীরাকার ) ওইনা, থুপতুনা লৈরী হায়রবসিদি, অখণ্ডবা অউবা ( উনবী মঙান নাইরবা, জ্ঞানী ) শিংতনা, পুন্সিগী মিংকুপ খুদিংদা নিংশিংই। অস্নুম্না নিংশিংজরবা মীওইবনা মপোক কয়ামুক্তা ফংবা ঙমলুত্রবা, অথোইবা য়াইবীরেল শিদবা ( পরমাত্মা ) গা নকুবা মরী হায়রবহুমক ওইরকই।

তরুং মালং অহাংবা অসিবু ঈবুংঙো মহাক্কী মতিক ময়াই, মপাঙ্গল পুম্নমক্কী হৌরককম, কুদোককম ওইহুনা, তেংবালবগী কাংওন্দা তৎহৈ কাংহৈদবা তাইবং কৌবা কুমহৈবু

ওইহল্লি ( শান্নরী )। অসুম ওইবা রাকমবু য়াইবী য়েল-হৌউঙ, অমম্ লৈশান্নরকপা, হায়না শৈথারী।

মালংবা মুংশিংকী মনিন্দগী শক্লাইবা উন্ ওইরকই, উন্দগী লাইজা ('ঈশিং') ওইরকপগুম, মশক মওং নাইরমদবা য়াইবীরেল শিদবা মপুনা, শক্লগা লোইননা মথং মথং চোংথোক্লকই। মশক নাইরমদবা মনিন্না উন, উন্দগী লাইজ ঈশিং, ঈশিংদগী মনিল ওইনা অমুক মাংখিবগুম, ঈবুংঙো মহাক্না অঙকপা তাইবংপান্দা, অঙকপা কুমহৈবু শান্নরী। মশামক্না মশাগী কাইদোংকম ("অচৎপা চত্তবা তাইবং থৌরাই পানবা কয়াগী মশা"), হকচাং অমমম্ শেম্বীদুনা শাই অমসুং ওল্লকই হায়বগী শাইওনবা ( অবতার ) কৌই।

তাইবং হকচাংনুংদা মি ( থৌরাই ) না লৈবিবা মরমনা মপুগী মতেং মঙানা পাং, মঙাগী মতেং মপুনা পাং, তাইবং হকচাংনা নিংশা হোল্লিবনি। মি ( থৌরাই ) না থম্মোয়দা লৈবদি— পলেম পম্ভৌ শক্লা লৈ, য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্না ময়ুমনি ( শঙ্গাইনি ) হায়বগী লাইয়ুম কৌরিবনি। অথোইবা লাইশংগী মশক ওইবা, মীওইবগী হকচাং অসি নত্তবা অতোপ্পা, অশেংবা লাইশং অমমুক তাইবংপাল অসিদা লৈত্রে। মীওইবনা মপাম্বোংগী লাইশং কয়া শাদুনা ঈবুংঙো মহাকপু নীংশিজল্লিবা, শোঙল্লিবা অসিদি লাইনিং লম্বীবু থঙজনবা থিজবনি। তাইবং কুমহৈগী রাংমদা অলোম্বা ওইনা

# নিতমলোন

## ( অনিশুবা মতাং )

তাইবং য়েলহৌ অহানবদা তাইবংপালবা ঐখোয় অসি নুমিৎ কৌবা লাইদা তুংহনা লৈরম্মী। নুমিৎ পুক্লোই মহুমনুংদগী লাংঙোন থৈথরক্কুনা মীওইবা ঐখোয়গী ঐগী ঐগী পল্লো :( ঈপা ) গী লেনফুদা ( কোক্কা ) য়াইবী ঈহীলেন ( বীজ ) না খুন্দা অহানবা ওইনা লৈরকই। অস্নুম ওইবা য়াফমবু— "অয়াং কৌব্রু অশুপ্পা, ঈয়েন খুন্দা অহানবা, নোংথৈ মঙউ লীংবা, হায়না শৈথারী। কৌব্রু চীংদা ঈয়েন ( তাইবং ) খুন্দা অহানবা ওইহনা তাইবং হৌখি। তাইবং চাদা নৌদাহনা তাইবং শন্দোকখি হায়বগী " ঈলিক মপাল থাবা" অস্নুমনা হায়রী।

"লৈহাও চেনবী মালেমগী লৈমায়দা
লিংবশুম লোইমোম কৌগী পান্দোংনা,
মালেমগী মশক ওইবী অপোকপী,
মীওইপোক্কী ঐগী ঐগী পলেমদা
তাইবংগী, মমু মিরেল পান্দোংনা,
থারকপনি ঈগী পান্মী ঈরুনা।

অতিয়া শিদবা ( স্থূল শরীর ) কৌবা, পুয়মকপু পোকপা অপোকপগী নোংলোন ( লেনফু ) দগী, লাইগী মতিক মন্নাইনা, লাংওন থৈথরক্কুনা তাইবংপালবা ঐখোয়গী পল্লো ( ঈপা )গী

কোক ( লেনফু ) দা, মচা ওইবা কায়াগী য়াইবী থৌব্রাইনা, লোইদাম থাজা অনি শুপ্ন-ফাইনা শাইদাংকম ওইরকপবু, পঙ্খৌদা লৈবা থা কৌই। পঙ্খৌ ঈপাদা থাজা অনি নৌপুবা মতমদা ঈপাগী মিং নহা অনি লোংহুনা ( অনি থোক্কুনা ) কোরৌ মুমিং মঙানি লৈরম্মী। মথংদা পলেম ওইবীগী নৌবীফমদা নৌব্রা ঈপাল অমুক থারকপনি, ব্রাকম অসিবু 'হৈনা" মপাল থাবা হা-না মউ লিংবা, হায়রী।

য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা) গী অমকপা লৈত্রবা লাইগী মিরেম্না, আইবং মরু হুল্লকপনি হায়বগী মিহুন কৌরিবনি। অসুম্না, মালেমগী মশক ওইবী পলেমগী পিবুকন্নুংদা ঈরিক কোঙ্গোন্ ওইনা লৈরিঙৈ. ঐ কৌবা মপুগী মতিক মঙাম্না তাইবং মরু হুল্লকপনা, নমু তাইবংগী পুন্সি কৌবা লৈরাংনা লৈখোক লোয়হনা, অরোইবা মতম্না লাক্লবদা, মিহুম্না পুন্সিগী অরোইবা খোংচং তাক্লমলগা, মমিনা মশাদা তিনখিবদি শোইহৈদ্রবা মপুগী শিল্লানি। ব্রাকম অসিবু — অপোক য়াইনা হনত্রে হুনবা. মিরেল ওইনা শাইয়োনবা, হকী পোন্দা কাই-দোংবা, অয়ো হায়না পোলোই-হন অসুমনা পাউরৌনৈ।

— — —

## শাইয়োন তরা

হা-পলেম অপোকপী, থাবুম তরা নোংপুবী শক্ম খোংথাং খুদিংদা লৈইবী চাংজাও ফুকপগুম, অৱা শয়োন লৌখিবী, মচা অমনা হোৌরকউ—

পলেম খোইজি মিঙ্নকম, শাইয়োন তরা
লাংঙোনফম, কেন্দে নোৌৱা ঙনোৌবা মপারী মমোম
ওইরকউ হেন্না নুংশিবিথি ঈমানা।

শারেপ ফানা য়োক্লককউ, অবা কৌঙ্গাই থাংথিবী
লাইরবমলেনগী ঈম্মাসু নহাক্কি, মীরমলেনগী পলেমসু
মহাক্কি অহিং নুংথিল থায়বগুম, মত্তনা অনিথোক,
অমূক্কা শাফোংবী পলেম, অমুক্কা মহোৌশা লাইরেম্বী
নংতগী নয়াইনা লাংঙোনবা, হৌফম লোমফমসু
নহাক্কি নংতবু থুরুমজে কুবিয়ো।

মী, শা, ঙা, অচৎপা চত্তবা তাইবং থৌৱাই পানবশিংনা তাইবংপালগী, ঐগী এগী ঈম্মাদা মি (থৌৱাই) না লৈত্রিডে (মিরোল্লকত্রিডে) মমাংদা, পম্বোগী নোংলোন্দা থৌৱাই মিরেম্না লৈচিন নোংকাইগুম শুপ্ন-ফাইনা (তুংহনা) লৈরম্বনি। অসুম ওইবা ৱাফমবু—

"চাংঙু নোংদম থোন, শবা তুরে নোংগীবু
চাংঙু তাইবং থাইবা লোইত্তাম থাজনে হায়বগী
ৱাকচাং থা-ও, কৌথিয়ে।

ঈনুংলোন্দা· থৌরাই মিরেল হনবা ( তাইবং মপু ) না অচৎপা চত্তবা য়াইবী থৌরাই কয়া লাংঙোন্নবগীদমক থৌরাং-খিবা থাজা অহানবনে হায়বগী লোইদাম রাকচীং থা-ও, কৌখিয়ে।

**"তাইবং নোংশা পানগী মিরেল খিবিক য়ুমজংনববু খোইয়ুম মহকচাংদা তুংখিয়ে, অদু নোংগী চীংঙু ইতম চাওবা, চীংঙু নতম্ থনব-ও, কৌখিয়ে ॥**

'চীংঙু ঈতম চাওবা=লৈশেম্ নুংশেমগী পোৎলম কয়াবু পুথোকপদা ( চীংথোক্লকপদা ) অরাংপা লৈতবা।

"চীংঙু নতম থনবা=লৈশেম নুংশেমগী হৌরকফম মপাল মউ ওইবা, লাইরমলেনগী লাই অথোইবা, মহাক্কী মিরেন্না অচৎপা চত্তবা য়াইবী থৌরাই কয়াবু মপা লাক্লুনা ( পান্দম লৌহুনা ) থম্বা। অস্মুমনা য়াইবীরেল শিদবা ( তাইবং মপু ) ঈবুংঙো মহাকপু শৈথাজবনি।

রাকচীং= ( রাক—রাইকোক= অহানবা হৌরকফম। চীং=চীংঙু ( লাই ), তাইবংপালবগী মপু য়াইবীরেল শিদবা ( পরমাত্মা ) না তৌঙমদবা লৈতে, পুম্নমক মহাক্কী অনিংবনি হায়বগী "হুংনা নিংন—নওংনি" অস্মুমনা শৈথারী। থৌরাই মিরেল হনবা ( তাইবং মপু ) না অচৎপা চত্তবা য়াইবী থৌরাই কয়াবু মিতম্নগে হায়বগী, পা ওইবগী য়াইবী ঈলিকপু রাকোন্দা ( লুরেন্দা ) চীংখত্তুনা থমখিবা অহৌবা থাজনে

হায়বগী ৱাকচীং থা—ও. কৌখিয়ে। অস্নুমন্না ওইরিবা থা অসিদা কোং ( কৈ ) দগী লোইমোম ফৌবু খাইদোকহৈদে, মেন উরেপ ( যাত্রা ) হুনহৈদে, য়ুমলেপ চার লিংফরোই ( লুহোংবা, য়ুম পানবা ) অসিনচিংবা থৌরম পাংথোকফরোই। ৱাকচীং থাগী ১২ নি পানবদা পোইরৈ লৈপাক পুম্নমক্না ফুঙ্গা লাইরুদা লৈরিবী, ঈমোইনু অহোং অচাওবী, তরা চাক্লিং খাক্লা চাকশৌবী, ৱাংলৈ য়েন্নিং খাক্লা য়েনশৌবী অচি তত্তবী, অরাই কংদবীবু ঈরাং থৌনি খাচংএ (লাংচৈয়ে), অসিনচিংবা ফোদোক্কবা, মনুং মপান অনিমক্কী অয়ুক্পা ৱাফম কয়া লৈবা, অরুবা থানি হায়না ৱাকচীং থাবু হায়রী।

———

২

লোইদাম অশিং ফাইরেন থা-ও, কৌবদি কৈদৌ-নোংগীনো? খোইয়ুম লাইনিংথৌ য়াইবীরেল শিদবা মপূনা, তাইবং মনুং ওইহনগে, য়াইবী থৌরাই পুম্নবু হাকোক হাথগে, খোইয়ুম পায়মা মনিংশা, মালং য়াইবীরেম্না, মালেম তম্পাক লৈনেমথক্কী য়াইবী মিরেল পুম্নমকস্তু, মালং য়াইবী চৈরোইনা, হুম্ন ফাইনা লেল্লক্লে, হায়বগী ফাইরেন থা-ও, কৌখিয়ে।

অতিয়া শিদবা (য়াইবীরেল শিদবা) গী নোংলোন লেনফুদা, নুংশিংকী পারবা মহুমনুংদা. অমাং অতা লৈত্রবা কুপ্লবা য়াইবী ঈশিক কয়ানা শুপ্না ফাইনা লৈরুরগা লৈমরেল শিদবী। শাইয়োন ওইবী মালেম লৈপাক লৈমদা, ঈবুংঙো মহাক্কী মিরেন্না তাইবং মরু হুল্লকই, পী পা (লাবা-অমোম) খায়না পোক্লকই।

অমনা, তাইবং মীওইবস্তু তেংবালবা (ব্রহ্মান্দ) অসিনা পিক্ল মওং লাক্লুনা শাইয়োল্লকপা মরম্না. অতিয়া শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কী মশক ওইবা, ঐগী ঐগী অপোকপা (পম্বৌ)গী নোংলেন লেনফু (কোক) তা, য়াইবী ঈলিক ঈঙৌনা (বীজ) শুপ্ল-ফাইনা লৈখি। (থৌব্রাই মিরেল হনবা মপুনা ফম্বাল লাংনা লৈখি) পম্বৌ ওইবশিংগী মিং নহাদা মপারী মমোম ওইনা শাংলক্কদৌরিবা. মচা ওইবশিংগী থৌব্রাই মিরেন্না কোরৌ নুমিং মঙানি চুপন্না মিং নহা অনি লোংহুনা (ফাইহুনা) লৈয়ে হায়বগী থাজা মাগী মমিংবু "ফাইরেন থা" অস্নুমনা কৌখি।

থা অসিবু পম্বৌ ওইবশিংনা নৌপুবা অনিশুং থানি, মপা ওইবশিংগী মিং নাহা অনি লোঙহুনা, থৌব্রাই মিরেম্না কোরৌ শিংবুম মঙানি চুপনা লৈরম্বনি.- চেংলৌ মিংলম খায়না (ওই-য়েৎ খায়না) লৈরম্বা মরম্না, মপারী মমোম (পী পা) খায়না পোকচবনি। লাইনিং লম্বীদদি— অথুপ্পা ব্রাকম অসিবু

হৈনা মপাল থাবা, হানা মউ লীংবা কৌই। মরম অহনা, য়াইবীরেল শিদবা ( পরমাত্মা ) গী পিক্রবা মতিক ময়াই উৎক্ষুন মরিক্কুম্বা শরুক অমত্তংনা, মীওইবা ঐখোয়গী ঐগী ঐগী ঈপা ( পম্বৌ ) হায়বসি ওইরিবনি। অস্নুম ওইবা, লাইনিং লম্বীগী অথুপ্পা পুয়াগী মরম্বু— অশম্বদা, ঈপা হায়বসি মচা ওইবশিংগী লাইমক্কি!

(১) পম্বৌনা পলেমগী নৌবীকমদা নৌরা মরু'ছুনখিববু নোংপোক চীংথৈ অপানবা কৌই। (২) য়াইবী ঈলিক ঈঙৌ ( বীজ ) না মী অমা ওইরকপগী অহানবা কোক্ হান্না শেম্মী, কোকপু অরাংবা কৌব্র কৌই। (৩) কোক্ শেম্বা লোইরবদা লেংজুম শারে, মতাং অসিবু থাংজিং কোইরেল লাই শিদবা কৌই। (৪) পলেম পীবুকনুংদা তাইবং মী অমগী চেংলৌ শক্কম শাগৎলকপদা, মতাং অসিদা কায়াৎ মপুং ফারে, পী পা ( লাবা অমোম ) খায়রে অথোইবা শাই রোনবু ওইরে হায়বগী রাংব্রেন্ লাই শিদবা কৌই। (৫) পলেমগী থাজা ঈয়েন্দা শাংপা লৈরাং থম্বালগী লৈহীনা, খোইরেল হীগী মশক ওইনা নৌরা ( অঙাং ) না চাকচা তম্লে, শাহৌ লৈশা তাল্লে, মতাং অসিবু ঈরাই পুলিংলাই শিদবা কৌই। (৬) লাইজা ঈরেল পুংগী মশক ওইবী ঈমাগী, লোইদাম থাজা ঈয়েন্দ চেম্বুরকপা ঈরম খোংলম্না, নৌরা খোইখাওরীদা তাহনা অরাম খৌরাংবা কোক্লে।

ঈমাগী ঈয়েন্দা মরা রাইহুনা পীবুকনুংগী নৌরা (অঙাং)না লু. তোং, শিংলি পাফলি.— খা খোং, লাইখোং মালং খোং, কৌবা খোংলম অহুমবু নাইখরে ( ঈচেন নাইখরে ), শাইয়োন মপূং ওইরক্লে, লাইগী মতিক ময়াই ফংজরে হাযবগী নৌরা শাইয়োন মতাংবু – "লাইনিংথৌ পাঙ্গলবা" অস্নুম্না কৌই। (৭) নৌরানা লৈরোল নুংলোল কয়াৎ তরামরি মপুং ফাহুনা নিংশা হোল্লে. অথোইবা শাইয়োন ওইরে হাযবগী মতাং অসিবূ— "লাইনিংথৌ শালাইলেল শিদবা অস্নুম্না কৌখরে। (৮) পলেমগী চাখিবা তরা চিঙ্গাক্কী মহাউ মচুম্না নৌরাগী খোইখাঙরিদা তারে, তবা চফম ফারে, হরাও মথোই কারে. পীবূকনুংদা নৌরা অঙাংনা চোং-ফল্লে, য়াইফ হীবু পোক্কে। শাইয়োন মতাং অসিবু— "কোনশেন তুবৈ শেংবা, সনাই-ই মহী" কৌই। (৯) নৌরানা পলেম ওইবীগী তরা চিঙ্গাকী মহী ময়াই যংখিবনা, লাইগী শিংদা চনবা য়ারকত্রে নমু তাইবংগী শিংদা চল্লে, মী খলৌবা অস্নুম্না কৌই। (১০) নৌরা ( অঙাং ) না থাশিং তরা শুররবদা তাইবং মীগী লাংঙোন্ ওইরে ( পোক্কে )।

"নোংদম মাগী মতুংইন,
অবা নুংঙাই পুল্লিনা
শৈহৌ শৈরোই তাঙ্গবা,
হুংঙা হায়না শৈহৌরে।

নোংদম মাগী নোংদমখোন তাইবং কনানা থৈঙমদে, শিবা পোকপা মহাক্লগী শিন্থানি। পোকচরে তাইবংপান্দা মচা অমা ওই, শাংচরে শিংঙেন লৈগুম। লোইদাম থাশিং শুহ্না ফংজরবা তাইবং মপোক্পা হুংঙা হায়না শৈহোরে, তেংথ-নাওই কপ্লক্কে হোরে পুন্সিগী ঈশৈ, অৱা নুংঙাই চেংজেন্না শন্মু নমদা পো। হাদ নৌৱা অপিশক করিগীদমক কপ্লিবা? খঙলে উরে উনবীনা, পাস্থ লৈত্র নতৌগুম থুতুম চেৎন পায়, নৌৱা হিক্ক কপ্পদি শিদ-য়াই, নাদ-য়াইবু মাংখিবা, মাংখি-পোৎলমগীদমক ওইরবোই। য়াইবীরেন্দি শিদবা মপুনা পলেম পীবুকনুংদা পিরকপা নৌৱা মাগী খুদোনপোৎ, শিদ-য়াই, নাদ য়াই পোৎলস্থ মাংখিবা অহুদস্থু নত্ত, লৈরি মরম অমস্থু অপিকপা অঙাং মানা কপ্পগী।

পলেম পীবুকনুংদা উখিবা, লিক্লাইগী কুচুবু ঙমজবা, থৌজানগী মিৎয়েংনা লৈতেংবা খোই-খোইবা শন্নাংলক্পা থম্বালগী লৈয়োনবু ঙমজবা, তয়ানগুম তঙাংবা চিনবান। থাজা থানিন্দগীস্থু হেন্ন ইংলবা, শুমহৎ য়াইবু ওইরিবা ঈবুংঙো মহাক্কী চেংলৌ মায়থোংবু উরকত্রবদা, করি পাস্থ লৈরিবগে হাদ নৌৱা অপিশক?

নৌৱা ওইবা মহাক্কি তাইবংশিংদা চনখিবনা থিহুনস্থু উবা কংলরোই অমুক হন্ন মপু মহাকপু। পিরাং লাইজা শিন্থনা হিক্ক-কপ্পা নত্তনা করি পাস্থ লৈররোই, মপুগী মিংখৈ

শোনলক্লে, পুক্লৌ পারৌ কপ্লক্লে। হুংঙা কৌনা কপচবা পিক্ল-নৌব্রা অঙাংনা, ঈন্নুংলোনগী মিংথৈনি তম্ফা য়াইদহঁ হেল্লবা। হুংঙা শোন্না কুপ্পবু তাইবংপালবু পোকপা পন্থৌ পা খঙলে, পাখঙবা মিংথোল ফংজখি, মিংথোন-সিবু ফংজবদি খায়দে নুপী নুপা, মশাগী মশা অমত্তনি, পানগী পান্নমতদা মখায়বা, য়াইবী মাদি অমত্তনি, অস্নুম্না হায়রী। অমনা, তাইবং মীওইবা ঐখোয়না পোক্লকত্রিঙৈ, পন্থৌগী উনবী কোব্রেন্দা লৈরিঙৈগী মতমবু—"হয়ি-চক" অস্নুমনা কৌই, পন্থৌনা পলেমগী কয়াংলোন্দা শিন্নরকপা, অহানবা মতাং অহুবু—"হয়া চক" অস্নুম্না কৌই, হুল্লকপা নৌব্রা মরু অহুবু মরা লিচংকে, মপাল মউ উনাইগে হায়বগী পলেমগী নৌবী-ফমদা কোন্ন থম্মে, "কোন্ন চক" অস্নুম্না কৌই। লোইদাম থাশিং শুহুনা পোক্লকয়ে ( লাংঙোল্লকয়ে ) হায়বগী "লাংবা-চক" কৌই। অস্নুম ওইবা, মতম কৌবা "চক"পু খঙদ্রবদি, লাইদগী লাপথোকপনি, লাইনিং লম্বীদা চংশিনবা নত্তে, অস্নুম্না হায়রী।

---

## লমল

**নুগী নুরম তাবী, পাগী পারম শকপী,**
**তরং থক্তা ললকুবী, মালেম নৈন-শাফোংবী**
**অশাও মায়থোং উত্তবী, চায়োক নৌয়োক ফজবী,**
**পলেম পিথাং শিনবী নংবু হন্ন হন্না থুরুমজে।**

নহাল নোং, পলেম নৌয়োমনুংদা লৈরিঙৈ. য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্না পাউমেনবিখি.— হাদ-নৌবা চাওদবা. অঙাং নংনা তাইবং ওইনা পোকঙৈদা, অচৎ-চঙা তাইঁবং থৌরাইঁপালবা পুন্নমকপু পোক্লিবী লৈমরেল শিদবীস্থু থারক্কে নৌবা নংগী ননাক্তা। অস্থুম্না চিনগোইখিবা খোইয়ুম য়াথং কায়ফদ,— লৈমরেল শিদবী ঈমাস্থু থুংলখি কোন্দে নৌবা চাওদবা অঙাং মাগী মনাক্তা।

লৈমরেল শিদবী ঈমানা, লৌশিংগী মঙান ফংদ্রিবা, পলেমগী চেংলৌস্থু শকখঙদ্রিবা তাইবং নৌবা চাওদবা অঙাং মাগী পী (মমা) শাহ্নুা তাইনবী হায়বগী 'পীতাইবী কৌবী" পলেমনি। পীক্লিবা অঙাংনা খোম্লাং লাম্নকলবদা ঈমা লৈমরেল শিদবীনা, পলেমগী খোম্লাং শাহ্নুা তাইনবী হায়বগী "খোমতাইবী" কৌবী ঈমানি। পায়মা লৌশিং চাওদ্রিবা পীক্ল অঙাংনা খঙহৌদনা নোকইবা অহ্নুস্থু, লৈমরেল শিদবীনা নৌবা অঙাংগী পলেম মমা শানা খোম্লাং ইনবিরগা লক্লবদা নোকইবনি। অস্থুম ওইবা, অথুপ্পা মরম লৈবনা, চেংলৌ শক উদবী লৈমরেল শিদবী ঈমাগী মফমদা, হৈরাং পুঙ্গোই থেন, লৈরাং লৈহুন তমহ্নুা, পাক্লিবা নৌবা অঙাংগীদমক য়াইফ রোল ( বর ) নিজবগী থৌরমবু "পীথ্রাই-খোমদাইবী" খুক্লম্বা, ঈমা নিংবা কৌই।

———

# লমল

## ( অনিশুবা মত্তাং )

**অঙাংনা নৌবা ওইরিবৈ অপোকপী ঈমাগী তম্পাক-থক,**
**খোম্লাং থন্ন থকচবা কোরৌ লাইরৈবাকপু ওইরম্মী।**
**চিঙ্গাক্কী ললগৈ ওইরিবী, তাওক্লিং হৈরাঙ্গোইনা তমজবী,**
**পলেমগী খোম্লাং থুমখোইবী নৌবা পুন্সি চিন্দম-হৈ,**
**পুকলৌ পারৌ কপ্পদা খোম্লাংনা চিনবান্দা খেংবদা**
**হিক্ক-কপ্পা তোক্লিবা পলেমগী খোম্লাং লমন্দি -**
**তাইবং ওইবা মচানা শিংডমদে অসুম্নবু পাউরোঁনৈ।**

অপীকপা নৌৱা ( অঙাং ) না তাইবংপাল ফাওদৈদা ঈমাগী খোম্লাংনা চাকচা তম্লকই। মরম অদুনা, পলেমগী খোম্লাংবু— চিন্দম হৈ, অসুম্না পাউরোনৈ। পানখৎলকপা থাজগুম নৌৱা ( অঙাং ) নদি চাওবা শারেপ তাল্লকপা, ঈমাগী খোম্লাংনদি - নৌৱা চফম ফারকত্রে। মরম অদুনা, অচৎপা চত্তবা থৌৱাই পানবা খিবিক্কী, তাইবং কুমহৈ শান্নফমবু ওইরিবী, পুন্সিনা লোইরক্কবদা মশাদবু তিঙ্গফম ওইরিবী, মালেম নৈমা ঈমাগী শংলো মথেন্ (মনা-মশিং) না, নৌৱা চাকইন-তম্ববু "চউম্বা" অসুম্না কৌরিবনি।

তাইবং চিঙ্গাক্ক ( তরা মথেন্না ) নৌৱা চাকইন তম্লকপা কোরৌ নোংদপী, - তাইবংপাল কৌবা অউপ্লাংনা উপশিনবা

হৌরকই। নহালমখ নৌরা (অঙাং) গী পলেম মমা শানা তাইনবীরম্বা, পীথ্রাই খোমদাইবী কৌবী ঈমাগী পায়মন্নুংদা অরা মৈনোং হাপ্লকখি। হাদ ঈপারী ঈমোমখোয়, নখোয়দি তাইবং কুমহৈ মাওবা লাকপনি, পীথ্রাই খোমদাইবী এৈদি খোইয়ুম্ম শিন্না কায়রুদা, লাকপনিকো ঈমানা। খোইয়ুম লাইগা নমু তাইবং নখোয়গা চেংলৌ শক উনরদি মারক্লোই, নমা এৈদি হনবা তারে লাইরমলেন্দা, হয়েং নমু তাইবং নখোয়গী লাকখিগনি রাংলেন মতাং অমা। পুক্নিংগী নুমিৎনা চায়রকপা তাইবং কৈথেল খল্লকঙ্গে, অশি অচং কায়নবা ঈ'খ তুরেল তোর্বান্দা, নমা এৈনা ঙাইরমগেকো খমন্নুং কিকোই লৌওনবী কৌহুনা। চীংঙ থোদাং চাওবনা পম্বদি য়ারকত্রে নমা এৈদি, ঙসি কৌবা কোরৌদা কায়নবগী রাংলেন মিংকূপ লাব্রেকো ঈমা ঈচা এৈখোয়গী, চংলে চং.ল ঈমাদি। অসুম্না তাক্লমলগা অপীকপা অঙাং মাগী নাকগী খোংশানখরে, লৈমরেল শিদবীগী শাইওন ওইবী পীথ্রাই খোমদাইবী ঈমানা। খোইয়ুম লাইরেম্বী ঈমাগী চেংলৌ শকপু উথিদে, তিনখি খমকোন্ মালংনুংদা, মালং ফেনচি ওইহুনা।

লৌশিংগী মঙান ফংদ্রিবা পংবা নৌরা মহাক্তি লৈমরেল শিদবী ঈমাগা কায়নবা, কায়ন মৈশা লাংহুনা লাইজা পিরাং শিন্থনা তোইনা-তোইনা কপচখি। হুংঙা হুংঙা কৌনা কল্লকপা, মচাগী মীকপখোনবু তাবদা, পলেম ওইরবী মমানা পম্মখংলি, কোনশিল্লি মথান্নুংদা মচাবু চেংনা। খম্মোয় কাওনা নুংশিবা

মমা ওইবীগী খোঙ্জেল্লা হংই মচাদা, করিগীদমক কপ্পনো, ঈমাগী নোঙ্গা চাওদবা নহাকপো ? তাইবং ওইবী মমাগী পাউহংখোনবু তাবদা, করি পাম্বে লৈখিদে লোম্থোক্‌পা অঙাংনা। মিংম্বা ঈরাচেন পলেম মমাবু ম্নেংহনা অঙাংনা পুকলৌ পারৌ কপচখি, ঈমাগী খোম্লাংনা চিনবান্দা থেংবদা, ক্রিক্রু কপ্লম্বা তোকখি লোম্থোক্‌পা অপীকপা অঙাংনা।

পলেমগী খোম্লাংগা মান্নবা হাওবা করিগুম্বা চিঙ্গাক অমত্তা লৈতে, ঈমাগী খোম্লাংনা হাওবা মহেল্লি, অদুগীম্বু মথক্তা ঈমাগী তম্পাক থক্তা পীক্লিবা মপারী মমোমশিংনা। ওনথোইনা শান্নজবদি, কোরৌ লাইরৈবাকপু ওইরম্মী তাইবং থৌরমনস্থু থক্তা নল্লমদে, রাখন মৈশাম্থু লাংলমদে। লৈবাক্কী থৌগাইনা নমদা পো, নুপী নুপা থোক্লা, অচংবা তাইবং মপোক অমা ওইজৌ তাকপিবা, পলেম মমা ওইবীশিংগী য়াইফবোল (বর) ফংজরবা মচা ওইবশিংনা, মশা মশাগী লমচংনা অকবা মতিক ময়াই পুম্নমকপু মাংহজবগুম থোকখি।

---

## নমল্ল

### ( অহুমম্নুরা য়ম্ভাং )

তাইবংপাল অসিদা নুংশিবা মথল কয়ামুক লৈ, অদু ওইদ্রুনস্থু মমানা মচা নুংশিবগা মান্নবা নুংশিবা অমত্তা লৈতে। অমনা মীওইবনা ঈমাগী খোম্লাং থকচবদি—

কোরৌ মশিং খরতনি, লৈবাক লৈমা ঈমাগী শংলৌ মথেল (মনা-মশিং), লাইজ ঈশিং থক্নুনা মীওইবনা হিংজবদি তাইবং পুন্সিনা অরোয়বা ফাওবনি। হিংলিঙৈগী মতমদস্তু থৌরাই পানবা কয়ানা ঈমা মহাক্কী তম্পাক্তা পাফম ওইরিবী, পুন্সিনা লোইরক্লবদা ঈমা মহাক্কী মশাদবু তিফম ওইরিবী। লৈবাক লৈমা ঈমাগী পেন্নবা থৌগন্দি মচা ওইবা ঐখোয়না খংজদে, করি থৌগন্না ঈমা মহাক্না পেনবিগদগে খংদবনা, লাই পক্লুনা লৈরিবা মীওইবা ঐখোষগী লাইবক্তা, লৈবাক লৈমা ঈমাবু নমজহুনা, থৌগলগী মশক ওইনা ঈমা মহাকপু ঈরাইবক্তা নমজবনি।

"হৈ" হায়না শোঙরিবা, তাইবংগী লান্ন-মিংখৈলেন অথোইবা ওইরিবা, অম খক্তা মঙাইবা, অথুপ্পা ফোংদোক্লবা য়াইবীরেল শিদবা, ঈবুংঙো মহাক্কী খুত্তম ওইবা, মীওইবা ঐখোয়গী লাইবক্তা, থোঙংচবে পূজরে হাযহুনা থৌগলগী মশক ওইনা, লৈবাক লৈমা ঈমাবু নমজহুনা থৌগবনি। অসুম্না ওইরিবা থৌরমবু, নমশা পাক্লে নস্বা (চন্দোন থিনবা) হায়হুনা, লাইনিং খুদাগী মনুংদা রাংনা পুখংলম্লিবনি। পোইবৈ চাদোন শুদোনশিংনা লাইবক্তা লৈশা নস্বা অসিদি, চহি মশিং খংদনা কুইরক্লবা, লাইনিং খুদাগী মনুংচন্না অহুম্মক লৈরক্লবনি।

মীওইবগী মপোক্তা চীংঙ লাইথোং খুদিংদা খুরুমজরবস্তু, ঈমাগা খোম্লাং নাম্বগী লমলশিংবা ঙমদে হায়রিবদি, ঐহাক

ঐহাকপু পোকপী ঈমাগী খোল্লাংমলবু নত্তে। ঈমানা মচা ওইবা ঐখোয়দা খোল্লাংগী লমল থৌবস্মু হৌনদে, মচা ঐখোয়গী য়াইফনবত্তা খনবদা পুন্সিগী লমদাং তেল্লবী, নুংশি থোইবী ঈমানি। মীওইবনা খোল্লাং নাম্বগী লমল শিংবা ঙমদে হায়রিবদি, চেংলৌ শক উদবী ঈমা লৈমরেল শিদবীগী খোল্লাং লমলবুনি। চেংলৌ শক উদে হায়রুনা ঈমা মহাকপু তরং ওইনা লৌবদি অপংবা ওই। চেংলৌ শক উদবী মতম কৌবী লাইরেম্বী ( লৈমরেল শিদবী ) ঈমাগী করি থৌগন্না পেনবিগদগে খঙদবনা মহাকমক্কী শাইয়োন্নি হায়রিবী, লৈপাক লৈমা ঈমা মহাকপু ঈরাইবক্তা নমজহুনা, মচা ওইবা ঐখোয়না খোম্লাংগী লমল শিংবা শক্না থৌগঞ্জবনি (চন্দোন্ থিঞ্জবনি)। উনবী রাখন্না পায়মা পুক্লিংবু খুহুম চন্দুনা মপু মহাকপু ফংগনি হায়বসে কনানস্মু থাজনদে, অহুবু রাখন্না পুক্লিংবু খুহুম চনগ্রবদা, রাখনগী পাঙ্গল হায়বসি অঙকপা পাঙ্গল ওইরকই।

**"উনবীতনা মহাক্কী পনখৈনি, রাখন্তনা পঙ্গুং য়োগনি, তাইবং কুমহৈগী বাংমদা, অরোইবা পনখৈক্কম ওইরিবা নুমিৎ থানা য়োঙমদবা, অচিক অসাস্মু লৈথিদ্রবা মপু মহাক্কী মকাইফম।**

য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা) না পুম্নমক্কী হৌরকফম্নি, ঈবুংঙো মহাক্কী শম্মু হবচাংদা তাইবংপাল কৌবা জীবজগং

অসিনা তুংহ্না অহিংবা হায়বসি ওই। অহুবু পুন্সি হায বসিনা লোরক্লবদা মহাক্কী মকাইফম যৌনবা য়াংদৌ লম্মী অহুদি— মীওইবগী পায়মা পুক্লিংতনা তযেংপা ওই, লম্মু-কনহল্লি। তেল্লবা মতম খরতগী মীওইবনা তাইবং কুম'হৈ য়াওরী, লৌরী শক্রুমস্সু তোঙান তোঙানবা, মাগী মাগী পকচবা ( চানবা ) লাইবক্কী মতুং ইন্না, অচৌ পীশক, লাইব-অনং। শক্কী নাপল তৌবী, ললগী মযাই বারী অঙকপা তাইবং কুমহৈ ফমপাক্কা, পাঙ্গলবদি কয়ানা তুহৎপীবী লাইব অদোন তারবা অশোন অনা কযাবু অহুবু— কযাদি কুইগনি পুন্সি কৌবা নৈরাংদি নৈখোক লোইবগনি!

## মহৌশা লাইরেম্বী

—( ১ )—

**হয়া হে মালংখোং মরু পায়রিবী ।।১।।**
**তাইবং লিকলেং ওইরিবী ।।২।।**
**লাংহৈ কুমদম লোমলিবী ।।৩।।**
**নৈমা তরেৎ শাইয়োনবী ।।৪।।**
**শম্মু মাংদা থাংঙমদবী ।।৫।।**
**পলেম নংবু থুরুমজৈ ।।**

হে ঈমা! মালং নুংশিংকী হৌরকফম মরু পায়রিবী, তেংবালবগী মপুনা নৈশেম নুংশেমগীদমক মহৌশা লাইরেম্বী

ঈমা নংবু হান্না শেমখিবী, অচং চত্তা থৌরাই পুন্নমকপু ওইহনবগীদমক, খমকোন কৌবা মালং নুংশিংনা নোয়োমগী মশক ওইনা তেংবালবা অসিবু য়োম্ন (কোন্না) লৈহল্লিবী ॥১॥ তাইবং থৌরাই খিবিক্লা পোকচনবা, হিংজনবগীদমক মচং ওইবা পোংলম কয়া পূথোকপিহনা য়াইবী থৌরাই কয়ানা লিক মরু ওইরগা, ঈমা নংগী নতিক নয়াইনা তংহৈদবা লংশুং ওইহনা, তাইবংপাল অসিবু কোয়না ফারিবী ॥২॥ চহিগী অহৌবদা য়েন্নীং থাবু ওইহন্দুনা, কুমতম্বতা নত্তনা; চহিগী তরোইবা মতমদা নাকেন্থাবু ওইহন্দুনা লোইহনবিরী ॥৩॥ হীরৈমা, ঙারৈমা থুম্‌লৈমা শিনৌ লৈমা, ঈরৈমা, ফৌওইবী-নচিংবা লাইরেম্বী তরেংমক শাইয়োনবীনি ॥৪॥ ঈমা নংগী নতিক নয়াইদা তাইবং থৌরাই পানবা পুম্নমক্লা নমাংদা খাংবা ঙমদবিনি ॥৫॥ হে ঈমা নংবু হন্ন হন্না খুরুমজে।

অঙকপনি হে মতম কৌবী (মহৌশা লাইরেম্বী) নংতনা শিনবা তাইবং কূম্‌হৈদা নহাক্না লানঙম ফিরান থেংপিনি। নংদি নখুং লিশিং লিশিং পানবিনি, নহাকী খুবামন্নুংদগী তাইবং থৌরাইশিংনা নাম্থোকপা ঙমদবিনি। অকিবগী শকফম ওইবী ঈখেং থকপীস্থু ঈমা নহাক্নি, অমুক্লা মীচং মীখাই নাইদবী অচৌ পিশক খায়দবী মীয়োক মীচান ফবীস্থু ওইরিবিনি।

পুন্সিনা নহা ওইরিডৈ ফজবা খিবিক্লা তিল্লম্মী, মিংয়েং কুম্‌হৈস্থু ওইরম্মী। থিংজমদবা মতম নংগী ঈচেন্নি, চেন্থরী

অৱাবগীস্তু ৱানা নুংঙাইবগী নুংঙাইনা, কপ্পা পোকপা অৱা নুংঙাই, শিবা পোকপা অঙকপা ঈথক ঈপোম্নি, ছুম্নিগী মপোক্লি কাউহল্লি। মৈৱানবীনা পাইশিনবগুম থাম্বী মৈরিলক্কা, মখোংন থোংনা থিজৱী মমং মীওইবনা, কেমখি পুন্সিনা মতম নংগী নমাংদা, শাইয়োন য়াম্বী হে ঈমা নংবু হন্ন-হন্না খুরুমজৈ।

হে ঈমা লৈমরেল শিদবী নংগী কুপ্পবা মতম্না শাগংলকপনি মিংকুপ পুংজা, অহিং নুংথিল তাইন-তাইননা কুমজা চহি অমা, মথং মথং পুন্সি অমা। অমুক্তস্তু নিংশিংলুদে মীওইবনা "ঐ" কনানো? নিংথৌরেলগী পুক্কেগুম পৈরিবা লল, মীওইবগী ফজবা শক তঙাং-তঙাংবা কুচু নত্তে তুং-কোইবা অমত্তা। খজিক্কী ওইবা পুন্সি চেংজেন্নদি লোমশিল্লক তিংলম্বা উন্নদি খুইজিল্লক, অমুবা শল্লাং মাংখ্রে ঙোরক্কে লশিং মফোনগুম। শম্মু খোংথাং খুদিংদা চৈশুনা পাঙ্গল ওইরক্কে, মাংখরে থৌনা লিংজেন ওইরক্কে মঙান য়াওদ্রবা পুন্সি। অস্তুম ওইবা মতাংবু পুন্সিগী নুমিৎ চায়রক্কে, তাইবং কৈথেল খমলক্কে, হায়না শৈথারী।

———

থোইদোক্ল তাঙলবা মপোক্কি পুন্সিনি মীৎইৎগী তদুগীস্নু মথক্তা নহা ওইরিঙৈগী পুন্সি মতেক অহুনা অমুক্তা হেন্না অথোইবনি। লাই মান্না ফজরম্বা চেৎলো শক্তম, অকনবা থৌনা লিংজেন চেন্থখি তুরেলগী কাওশিংগুম, তুংওইনহৌই য়োইবু য়োইহেলবা কয়া, নক্লমলে য়ৌগদবা পন্থুংফম, উরকই মিরেল অমা মমি ঈশাম শামলবা, অহল অমগী শক্তমনি। মুন্না য়েংশিল্লুই খঙলকই, নিংঙমলক্কে, আঃ কল্লকইদা কল্লকই, অসি ওইরেকো তাইবং পুন্সি।

**"পুন্সি ঈবাললৈদি অবাং শরু লুত্তোংলৈস্নু**
**হনবিদে, থৌত্ত ক্ষেংন-ন্নুংগুম তুমশিন্নকয়ে।**
**থাংলেন গুনা মনবগুম মথৌ মরৎশিয়ে,**
**তাংজাগুম মকু হুফদা, লিলহাগুম ময়াও**
**শিৎফহনা পানবা পুংনে। পুন্সি মাদি চায়না**
**থোংক্কেন্ হাগুম্বনে, নোংমলবদি পুন্সিনে।**

থৌরাই শিদবা লাইনা তাইবং হকচাংন্নুংদা লৈবদি হুম্নি গুবা নৌরাগী মতিক ওইনা লৈ। রাফম অসিনা উহললিবদি, ঈনা শাইওনবা ( শারকপা ) তাইবং হকচাং অসিবু ঈশাইফু কৌই। অস্নুম্না ওইরিবা ঈশাইফু মন্নুংদা ঈবুংঙো মহাক্কী মতিক ময়াইনা হুম্নি গুবা নৌরাগী মতিক ওইনা লৈ হ'য়রিবদি,

তাইবং হকচাংনুংদা থৌরাই শিদবা লাইনা লৈবিদুনা, মীওইবনা পোকপা নোংমা, হীংবা নোংমা, শিবা নোংমা, তাইবংপালবা ( জীব-জগৎ ) অসিনা লৈরিবনি ! অমনা থৌরাইবু "মি" কৌই, মি কৌবা থৌরাইবু কপতুনা থমফম্বু মিকুপ কৌই, ঈনা লাংপুম্বা তাইবং হকচাংদা মি (থৌরাই)গী লৈফম অহুমখক্তু ঈনা শেম্মী। অমনা লাইপক্কি, অমনা থম্মোয়নি, অমনা থৌইদৌ ফম্বান্নি, অম্সুম্না ওইরিবা ফম্বান অহুমদা মি ( থৌরাই ) না হংগৎ-হন্দা চৎন লৈ ।

মপুগী নোংদম মতুং ইন্না মালেম তাইবংপালবদা মীওইবনা তাইবং কুমহৈ য়াওদুনা নোংমলবা ঙাইনা ( শিবা ঙাইনা ), থিন্নুনা লৈ হায়বগী নুংথিল কৌই। তাইবংপালবা ( জীব জগৎ ) অসিনা পী পা ( লাবা অমোম ), অনি অনিগী তাইবং কুমহৈদা তৎহৈ কাংহৈদবা মপোক ওইদুনা, হিংদুনা লৈ হায়বগী অহিং কৌই। মিৎকুপ নাহুম কৌবা কুপলবা মতম্না অহিং অমা, নুংথিল অমা শাগত্তুনা নোংমলবা ঙাইনা লৈ হায়বগী নোংমা কৌই। তেংবালবগী কাংওন্দা নোংমা কৌবা কোরৌনা পুনসিনদুনা, মীওইনা হিংলিঙৈগী মতমবু পুন্সি কৌই। অম্সুম্না ওইরিবা মীওইবগী পুন্সি অমসুং হকচাং অসিদি হৌখ্রবদা অমুক নৌহৌরকপা নাইদ্রে, থাংকেং সুংগুম খর খর তুংশিল্লকপনা, মীওইবগী পুন্সিনা থবক শুনবা থাংগুম্না মথৌ হল্লকই। অঙাং হায়বা মিংফম অহু চিকমাংনখি, মীওইবনা হনু লৈমল চল্লকলবদা, লিনগুম্না মকু হুরগা

নৌথে কপা য়াদবনা নহানা অহল ওইরকপদি শোইহৈদবনি। ফনা হৈ শিংহ্নুনস্নু লাইগী খুংশেম ওইবা পুন্সিনা, মীওইবনা নহা ওইহ্না অস্নুম্মক নৈগে হায়বা য়াদে। তাইবং পুন্সিদি নৈপাক্লা থোঙ্গভ্না শেম্বা নৈপুংগুম্না মীওইবগী পুন্সি অমা শাগংলিবনি।

পুন্সি অসি তশেংনমক্ হুয়েন লানফন্নী, পান্ন তাইবং লানফমদা, অশিবা কৌবা লাইগা, অচংবা কৌবা লাইগা পাঙ্গল থেক্ন লাম্নেংনৈ। অচংবা কৌবা লাইদি শোম্নরকই কোরৌ নোংম-নোংমগী, অশিবা কৌবা লাইনা লাল ঙমখি অচংববু। শোইহৈদবা মপুগী শিন্থানি, থৈদোকপা ঙম্নরোইদবা লম্বীনি, চংন লমদাংনি খুদিংমক্কী।

পুন্সিনা হনু নৈমল চন্নকলবদা তাইবং থৌরম্না কোক্ক থোং, লায়থুং লায়নানা নমদ-পো, তৌরাং ফক্কা য়াতানা হে-দৌ নাহে-চন, অয়্যো মৈনিং কুম্নকলবদা, ব্লাংলেন মিংকুপ খুদিংগী অনা লায়য়োং হোংলক্নগনি, পুন্সিনা পোলোই তান্ন-মদাই, অচৌ পীশক খায়ররোই, নিংথৌরেলগা চাকনীবগা য়াইবী থৌব্রাইদি অমত্তনি তান্নকলগনি। অচৌ পীশক মপু মনাই, ঙাইহাক্কী ওইবা তাইবং কুমহৈনি। থৌব্রাইগা হকচাংগা কায়নরমদাই, অয়্যো চৈথেং যংলক্রবদা তাইবং চিঙ্গাক অহাওবা, লুপা সনা কৈদৌনি? নুংঙাই য়াইক কনানা মীনাই নাইথাং, য়াইবী থৌব্রাইদি অমত্তনি। শিরোই নারোই থম্নম্বী মতমগী

ঈরৈনদি লৈশিল্লক, খমনুং পাউজেন্দি থুংলনি, পাউজেল মানা লাক্লবা অরেম্বনি খুদিংমক, ওইরম্লে মপাম্বোংগী নুংঙাইবা।

ফজথোইবা মীওইবগী চেংলৌ শকুম, লুপা সনা মপান করিঙৈগী ( হিংলিঙৈগী ) পোংলমশিং অসি কান্নবনি হায়না খল্লম্মী। মীওইবনা পায়মা পুক্লিং লুপ্লিবা, লল পামবগী অপাম্বা, অপাম নুংশিগী অপাম্বা, পুম্নমক অসি মতম খর তগীনি, তুং কোইবা পোংলম অমত্তা নত্তে। পুন্সিগী নুমিংনা চাইরক্লবা তাইবং মীওইবনা, অশিবগী থোং তান্না খোংলৈ য়াংনা চংশিল্লি। তারমদাইগী নুমিংনা উনা-উনা মমশিন-খিবগুম, তাইবং পুন্সিনা লৈখোক লোয়রুনা থৌরাইগা হকচাংগা কায়নরমদাই মিংকুপ্তা তাইবং কৌবা ঈপাক ঈচাও অসিবু করি পাম্বৈনা লানগদগে হে মীওইবা ?

———

## " পুন্সিগী অরোইবা "

### ( অহানবা মতাং )

—(O)—

"ময়েক অনিনা বাকয়ে হিগাবু ওই,
অহল থৌদাকথোন্না থুমু নৌগা—ওই,
লমচৎ লম্থোই-তান, অমন থরৈবু কুমখিবা,
মানা মানা নিংজবদা লাংঙোন মপোকপু কংখিরে।

মীওইবনা কল্লিঠৈ, হিংলিংঙগী মতমদা নোল্লুকপা, [illegible], খঙবগা লোয়ননা তানশিল্লরকপা, অচুম্বা লমচংকী মহৈ অহুম্মক, শীরমদাইগী ব্রাংলেন মিংকুপ্তা তাক্লরুবা লৈতনা নীংশিং-লক্কদবনি। মীওইবা মশা মশানা তানশিল্লবা হোংনজমনগী মহৈ অহুমক, চরৈ ফিনা ফিয়োম সা, মথংগী লাংঙোন মপোক্কীদমক, মীওইবা মশা মশাগী লাইবক্কী পোৎয়োম ওইনা পুখিগদবনি। অসুম ওইবা, অমকপা লৈত্রবা লূপা সনাদগী হেল্লবা, তম্ফা য়াইস্সু নত্রবা, মীওইপোক্কী লল অসিবু অম্সুম্নবু শৈথারী—

'পলেম ঈন্নুং শিলয়োম-ন্নুংগী নৌরা খোইখাওরীদগী, সনা লম্থোই তানগে রাকয়ৈ হিপোং শেম্লকপবু, পাথৌ মরুপ তিনদবা, অহল নাকপু নক্কবা, চীংঙু লাইরিক হৈতবদি হিজন হিনাও হৈতরে, লৈকু খমথেম য়াম, লৈবাই হিফাইচন্না রাকথৈ হিজনবনে, সনা লম্লোল হৈতরে, কৈথেল লনতিক খঙদরবগী চোইনৌ সনা মমলবু, চেগাই মচেং লৌনা তাইবং মীওইবনা মদোম মদোম হলরাইখীবনা অয়াম্বনে”

মীওইবনা ঈমাগী পীবুকন্নুংদগী হৌনা, হিদিংগা লল্লোনবনা সনাগী লল তানগে হায়দুনা, হিপোং শেমদুনা লাকপগুম, মীওইবগী মপোক্লা তাইবংপান্দা লাক্লিবনি। অদুম ওইনমক, অহল নাকপু নক্কবা (ওজা গুরু নায়দবা) মরুপ মশক খংনা তিন্নদবা, লাইগী লিল্লমবু খঙদবদগী, হিরম খঙদবনা লৈকু

লৈরাইদা হি-থেংহূনা, লল্লোনফম খঙদহূনা তোকই। কৈথেল কারগা পোং তিক্লবা হৈতবনা সনাগী মমল পীরগা চগাই মচেং, লীক্লি মচেং পুহূনা হনখিবনা অয়াম্বা ওইবা, মীওই পোক্লি। অমনা— মীওইবনা য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা)গী মিরেম্না তাইবংপান্দা পোকপা শিবা হায়বা থৌদাং অসি লৌহূনা লাকই। মি (থৌরাই) না তাইবংপান্দা লাকপবু শাইয়োনকপা, অহূগা থৌরাইনা হান্নগী হকচাং থশোয় লাইয়ুম অসিবু থাদোক্কুনা চংখিববু শিবা, করিগীদমক্তা শিবনো হায়রবদি তাইবং চিঙাক, শংলৌ মথেল) অহাওবা কয়া চাহূনা, লাইশংগী মশক ওইবা (মন্দির), তাইবং হকচাং অসিবু কুমজা (চহি) কয়া চঙনা শাগংলকপনি, মপুগী তাইবং, কুমহৈ লোয়হূনা, অরিবা হকচাংনা অনৌবা তাইবং হকচাং লৌহূনা পোকখীববু, থৌরাইনা শাইয়োনখিবা হায়রিবনি। মপুগী শঙলেন ওইবা লাইগী ময়ুম শিদোক্লে হায়বগী পুক্সিনা লোইবা নুমিৎপু শিবা কৌরিবনি।

মীওইবনা শিবা নুমিত্তা নহাল্লমখৈ থাদোক্লবা লৈতনা, লোইনহূনা লাকপা, মি (থৌরাই) না য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা অমুক্ল হনখীগদবনি। অহূবু— তাইবং-পালগী ঈরাংদা লুপতুনা লৈথোক্লবদি মপোক অসিমা লোইরগা ফংজগদবা ঈবুংঙো মহাক্কী মকাইফমবু, মপোক কয়ামুককী মতুংদা ফংগদ্রগে? কনাম্বু হিরম অসিদা কুপ্পা থম্বনদে। নোংমদি শুকশোয় শোয়দনা শিরগদবা তাইবং পুক্সিনি,

মীওইবগী মচুংশিন্না হিংহুনা লৈহৌগদবদি মীওইবা মশা মশাগী লমচং অমস্মুং অমকপা লৈত্রবা রাখল্পনি। তাইবং শেমবা মপুনা মীওইবগীদমক্তা উনবীরকপা, অশেংবা মপোৎ মরম্নী হায়বগী উনবী কোক্লেল অক্লবা মৈরা চীংদি মচীংলেল, মাং মৈদা ফমদেংবা, খাম্বী মৈক্রেং অরাব—ও, উনবী মঙান নাইজগে কুবীয়ো। অস্মনা তাইবং মপুদা নিজরিবনি।

অমম্বদা উন-নবা খাম্বী মৈঙান শিজিনৈ, পোৎ উননবা মিং পাল্লকই, মিৎপু উননবা অতোপ্পা মিং অমমুক পাল্লকএ। মপাম্থোংগী ওইবা মিং অমস্মুং মৈঙাম্না উবা ঙমদ্রবা, ফোং-দোক্লবা অথুপ্পা ওইনা লৈগ্রবা তাইবং মপুবু থিগদবদি, রাখল্পনা থিজগদবনি অমস্মুং উজগদবনি। লমচঙ্গী হেনবা করিগুম্বা লল্ অমত্তস্মু তাইবংপান্দা লৈল্লে, লমচং য়াওদনা অশেংবা রাখন (জ্ঞান) ফংবা হায়বসি করিগুম্বা মতমদা ওইথোকতে। অমকপা লৈত্রবা, ফজবা লমচংকী লৈনমগুম্না শন্দোকপা ঙম্বা, মুংশিবা লৈনম অমত্তস্মু তাইবংপান (জগৎ) তা লৈতে। লমচঙ্গী কনবা মতিক ময়াই, পাঙ্গল (শক্তি) অমত্তস্মু মালেম তাইবংপানবদা থিবা থক ফংলরোই। লমচং ফত্তবা মীওইবগী মফমদা খুদিংমক অরেম্বা ঙাক্তনি, অমকপা লৈত্রবা, ফজবা লমচংকী মপু ওইরিবা মীওইবগী মফমদা, তোঙমদবা অমস্মুং ওইথোক্লবা থক লৈতে। ঙসি মীওইবনা লাংলি (খুরুম্নরী)বা পাথৌ মিংলেম্না হেমমোয়বা, অথৌ লীচা হেপ্পা, লাইনিং

অহলশিং (মহা পুরুষশিং মহাত্মাশিং, ঋষিশিং যোগীশিং) পুম্নমক অমকপা লৈত্রবা, অঙকপা ফজবা লমজংকী মহৈনা ফংলকপা, উনবী (রাখন)গী মতেংনা ওইখিবা ঙাক্তনি।

মীওইবনা হোংনজমলগী পাম্বৈনা ফংজরকপা, অশেংবা উনবী (রাখন)গী মঙান অদুবু "খাম্বী মৈত্রং অরাবা, খোইয়ুম মঙন ময়াই মিং, কোরৌ মরোল ফাওনা মিং, মালেম ? লখা তুনা-মিং, লৌক্লি তৈর-নুংগী পোংকুম্না খোইয়ুম লাইবু উক্তৈং, মপোক মহৈবু য়ানখিয়ে।

মৈনচিংবগী মঙান্দি করিগুম্বা পোং অমনা খঙ্জিনখিবিদা মমই, মরুম তাই, অমম্বদা পোং উবা ঙমদে। উনবীলোনগী অচেংপা লাইনিংতনা মরল ওইবা লাইনিংবশিংগী রাখন্দি মৈগী মঙান্দগী হেন্না ঙালি। লাইনীংবশিংগী (যোগীশিংগী) মিংয়েংদি লাইগী মিংয়েংগুম্বী হায়দুনা খোইয়ুম মঙন ময়াই-মিং" হায়না চাংদম তৌবতনি, অদুগুম্বা লাইনীংবশিংনা কোরৌ নোংদোন থক্তা লাইগী মতিক কয়াই পুম্নমক পুমচং চংশীন্দুনা লৈরিববু তশেং তশেংনা উবা, খঙবা ঙম্মী। লৈচিন লোন-নচিংবা খঙই। কুম অমগী অক-ফক্তা, লৈপাক নিংথৌগী ওইবা, অরা-নুংঙাই পুম্নমক খঙবা ঙম্মী। মালেম লৈখারোন্দা লৈরিবা উচেক রাম্নাগী মরোল, মহৌশাগী ওইবা ঈশিং সুংশিংকী মরম পুম্নমকস্সু, নিংথিজনা খঙবা ঙম্মস্সু লাইনীং-বশিংগী মতিক ময়াইনি।

মীওইবগী ৱাখন্না ৱাংখৎলক্লুনা তাইবং পানবগী হৌরকফম অমদি লোমফম ওইরিবা, মিংনা উবা ঙমদবা। খোঙন্না চংফম খঙদবা, তাইবং মিংয়েংগী ৱাংমদা অলোম্বা ওইনা লৈরিবা, মপু মহাকপু ফংগনি হায়বসে কনানসু থাজনদে। অদুবু ৱাখনগী পাঙ্গল হায়বা অসি অঙকপা পাঙ্গন্নি। ৱাখন্না লাকঙম ফাঙমদ্রবী পুক্লিংবু খুদুম চন্দূনা, তাইবং কুমহৈবু তুংওইনথ্রবদা, তাইবং কুমহৈগী ৱাংমদা অলোম্বা ওইনা লৈথ্রবা, নুমিং থানা য়ৌঙমদবা, অমম-অঙান খায়খিদ্রবা অমদি অচৌক অসাসু লৈতবা, মপু মাগী মকাই ফমলেনবু লীক্লি মনুংদা য়াওবা পোংকুম্না পায়মা হীরী কোন্দুনা, তরং তরংনা মনুং মপান ফাওনা উজহুনা, লাইনীংবশিংনা মপোক মহৈবু য়ানখিয়ে, অস্মুম্না হায়রি।

মীওইবগী পুন্সিদা নোল্লুকপা, থাজবা অমসুং খঙবগা লোয়ননা তানশিঞ্জরকপা। অরুংবা (মকত্রবা) মহৈ অদুমক থৌৱাইগা হকচাংগা কায়নরমদাইগী ৱাংলেন মিংকুপ্পা পোংশিং পোলোইবা হায়দুনা, মথংগী লাংঙোন মপোক্কীদমক, লাইবক্কী পোংয়োম ওইনা তাশিন-খোমজিন্দূনা য়োমশিনগনি। অস্মুম ওইবা, থৌৱাইগা তাইবং হকচাং অসিগা কায়নরম-দাইগী পনখৈ য়ৌরক্লবদা, ময়েক অনিনা ৱাকয়ৈ হিগাবু ওই, তাইবং ঈপাকপু লানগনিয়ে, হে মীওইবা। অস্মুম্না হায়ৱিবা ময়েক অনি অসিদি অচম্বা ময়েক নত্তে, ফোংদোক্লবা, অথুপ্পা ওইনা লৈথ্রবা, তাইবং লান্ন-মিংখৈলেন অথোইবনি। হকচাংনা

পাঙ্গল লৈরকত্রবদা, নিংশা (শ্বর)গী হোন্দোক-হোক্তিন ওইবা ঈরাই ঈনিনখোন্না, ফংঙমদ্রবা মিংখৈলেন অথোইবা অনি অসিবু মনুং হুজিন্না শোঙদুনা, লানঙমদ্রবা তাইবং ঈপাক ঈচাওবু ওইরিবা, অকনবা ঈথক ঈপোম মরক্তা, মিংখৈলেন অনি অসিতনা ৱাকয়ৈ হিগী মশক ওইহনা, চাংদোন পনখৈ নাইদবা পাক্লবা তাইবংপাল কৌবা ঈপাকপু, লৈরাং থম্বালগী লৈনানা লাইজ থক্তা তাওবগুম লাম্থোকদবনি ।

তাইবং লান্ন-মিংখৈলেন অথোইবা হায়রিবদি - 'হৈ - হা" কৌবা মিংলেনবু হায়রিবনি । 'হৈ" হায়বা মিংখৈলেন অসিদি তেংবালবগী মপু ঈবুংঙো মহাক্তী মিংখৈলেনবুনি । ঈবুংঙো মহাক্তি পান্দা লৈরগা তেংবালবগী মপু চোইনৌ সনা মহীরেল শিদবা কৌই । তাইবং নুংদা লৈরগা তাইবং পালবা মপু (থৌরাই) হায়না কৌই, পুম্নমকপু পোকপীবা পম্মৌ (ঈপা)নি।

"হা' হায়বা মিংখৈলেন অসিনা, অচৎপা চত্তবা য়াইবী থৌরাই পুম্নমকপু পোক্লিবী, লৈমরেল শিদবী ঈমাগী মিংখৈলেন অথোইবীনি, পলেম ঈমানি। হোক্তিল্লকপা নিংশা (শ্বর)গী ঈরাই ঈনিলখোন "হৈ" হায়বা পম্মৌ মিংলেন্না পাঙ্গল চৈশৌ ওই, পলেম মিংখৈলেন অথোইবী "হা" (ঈমা) হায়না শোঙবতনা ৱাকহৈ হিগী মশক ওই, তাইবং ঈপাকপু লানগদবনি হে মীওইবা ·· !

"ঈমা হায়না মিংখৈগী ফোংদোক্লবা, অথুপ্পা লাইনিংতবু খঙনা, থৌরাইগা হকচাংগা কায়নবগী ৱাংলেন মিৎকুপ্তা 'ঈমা"

হায়না অমুক্রুং শোঞ্জহনা তাইবংপাল থাদোকখিবা (অরোয়বা নিংশা হোন্দোকখিবা) অসিবু লেপ্পমক 'অরান-খুভম" ফংজবা কৌই. হায়রিবনি। অমনা তাইবংপালগী অফা-অপুন্দগী নাম্থোকপা ঙমদ্রিবা, লাইনিং লীক্লমস্থু থিদ. পুক্লিংগী তরেপ্পস্থু লৈত্ত্রবা মীওইবনা 'ঈমা' হায়না কৌজবদি শুপ্পগী অৱা চৈনা খাঙনবা খঙ্গুগী ওইহনা মতোকই ; মানা কৌজরিবা মিংখৈ অহবু— তম্ফা য়াইদগী হেন্ন মমল লৈবা মিংখৈনি খঙদবনা, তাংলবা মপোক ফংজরবা মীওইবনা. ঙমখৈ নাইদ্রবা তাই-বংপাল কৌবা ঈপাকপু হি অকায়বা তোংহনা লানবগা চপ মান্নৈ হায়রিবনি।

---

## " পুন্সিগী অরোইবা "

### ( অনিশুবা মতাং )

—(O) -

উনবী পাংশোই নিক, পুক্লিং মচিং নাই, শাঙৈ ঙাইরী উঙমদা, ঐনে ময়াই থোইচৎপা, উনবী মঙম পীক্লা, লৌথুপ য়ারা চিনগোইবদি লাইজ তোরৈন্নুংগী ৱাইখুবী-চানা মপল পীশাচাবগুম, শুমদিন-লুনাইদবনা পামেন মফম্লাং চাহৎপগুম, মথন-মথন্না থাকচবা লাংদা নমু পুন্সি কেমনিংঙাইনে, মদোম য়াইবী নোংমলঙৈস্থু মওইয়ে।

থৌরাই পানবা খুদিংমক্কী লৈনরিবা মরি, পুম্নমক অসি কুপ্পা খন্থরগা, রাখন্না অচুম-অরান নৈনহুনা (বিচার তৌহুনা) য়েংলগা, উনবী (রাখন)গী মঙাম্তনা খঙবা উবা ঙমলকই। ঐখোয় মীওইবা খুদিংমক থৌরাইগা হকচাংগা অনি পূন্দুনা, অহিংবা তাইবংপাল অমা ওইরিবনি। থৌরাইদি শিবা নাইদে, তাইবং হকচাং অসিদী পোলোই নাইবনী, অসীনচীংবা থৌরাই হকচাং অনীগী লৈনরীবা মরী, মচা-খায়না খঙবা উবা ঙম্লক্লবা মীওইবতনা, তাইবংপাল পুস্বা চপ মান্নে। লৈথক লৈখা অনিমক্তা লৈনরিবা মরি, নুমিৎ, থা, মালেম, মী, শা, ঙা, খোংলি-লাউরিবা, অচংপা চক্তবা, হায়বিবা পুম্নমক অসিনা "লিক মরু" ওইরগা, ঈবুংঙো মহাক্কী মতিকময়াইনা তং-হৈদবা লংশুং ওইহুনা, পুন্না লেংহুনা লৈরিবনি, পুম্নমক শাংগ ঙাইরি ঙাক্তনি। তেংবালবদা উরিবা শক্তম ময়াম অসি ঈবুংঙো মহাক্কা চপ-মান্নে, অহুগা লাইনীং লম্নীদদি শক্তম ময়াম অসিবু মওং নাইদবা তেংবালবা (নিরাকার ব্রহ্ম) কৌই। তেংবালবা অসিবু শেম্মীবা ঈবুংঙো মহাকপু পায়মা হীরি কোন্দুনা (উনবীলোনগী অচেংপা লাইনীংতনা) রাংলেন মিংকুপ খুদিংদা উজবা ফংগনি। নীংবনা করিবু নীংগনি, শোঞ্জবনা করিবু শোনগদগে, অসিনচিংবা তেংবালবগা, তাইবং-পালবগা লৈনরিবা মরি, অসি খিবিকপু খঙবা উবা ঙম্লবা লাইনীংবশিংগী মিংয়েংবু — "খোইয়ুম মঙন ময়াইমিং, কোরৌ মরোল ফাওনমিং" অস্মুন্না হায়রিবনি।

লল পাম্বগী অপাম্বা, অপাম নুংশিগী অপাম্বা, অপাম্বা অনি অসিনা মীওইবগী পুক্লিংদা অপেনবা হায়বত্থ ফংবা ইঙ্গম ঙমদে। মরু ওইনা অনি অনিগী তাইবং কুমহৈদা পংথখিবনা, তাইবংপাল হায়বসি ওইরকই। তাইবংপাল হায়বদি তংহৈ-কাংহৈদবা (মপুং ফানা শন্দোকপা) হায়রিবনি, মচা মশু কয়া মরোন মরোন নাইনা শন্দোরকই। অমনা,— মচা মশু য়োক থাক্লবা হোংনরকপদা য়েক্লবা তরুকী মখা পোন্না হিংবা তারকই, কল্লকপা, মিহৌবা অশাউবা লৌনম্বা. নাপল অমদি অপাম নুংশি, হায়রিবাময়াই তরুক অসিগী মখা পোল্লিবা মীওইবনা মিহৌদবা. পামদবা করি লৈরিবগে ? কন্ন হোং-নত্থনস্থ অপাম্বা থুদিংমক ফংবদি মীওইবগী মপোক্লা থক ওইথোক্কে। নীংবা কায়বদগী অশাউবা পোক্লকই, রাখন চোই-শিল্লকই, অচুম অরান লেপ্পা ঙম্লক্কে. তৌহৈবা তৌহৈদবা থিরকত্রে. ঈশাগী ফরগা লোইরে হায়ত্থনা মীনা মীবু হাংলকই। পাক-চাওনা উগদবা রাখন লৌশিংগী মিৎয়েংবু, কল্লকপা মিহৌবগী অখুবা মিৎয়েং অমত্তদা লৈরকই, ওইদবনা পুন্সিগী হৈনরক্লবা, মীওই অত্থবু— 'উনবী মঙম পীক, এনে ময়াই থোইচৎপা" অস্থুম্না কৌই। এনে ময়াই থোইচৎপা হায়বদি— তাইবংপাল কৌবা কুমহৈদা অমুক্তা হেন্না পংথরকপগী রানি। থৌরাই হায়রিবত্থ হকচাং হায়বা অসিগা তোংঙান্নবা নত্তে, হকচাং কয়াৎ অসি থৌরাইনি (অস্নানি) হায়না খল্লকই। অস্থুম্না খল্লকলবা মীওইবনা মীথোই মীহেনবা পাম্লকই মীগী

মাংগে মাংজসন্নু ঈশাগী ফরগা লোইরে মাবু ঐনা হেল্লি, অস্নুম্না মযাই কাখীবনা অতোপ্পবু নুংশিবা হায়বহু ঙম্লক্তরে।

মসিনা ঐগী, মসিনা মীগা হায়বা ৱাখন অহু মাংখিহুনা (খন্থবা ঙম্লক্তহুনা) মীনম লাং থাক্তুনা মীপোং অহু ঈপোং ওইনবা থৌরাংলকই অমস্নুং হোৎনরকই। অহুগুম্না মশাগাতা খল্লক্তবা (মীগী মাংগে মাংজসন্নু ঐ নুংঙাইরগা লোইবে খল্লকলবা) মীওইবনা, ফংলকপা অৱাবা অহুবু — "তুরেলগী ৱাইখু মচানা মপীগী মশা চাথোকপগুম, শুম হায়বা তিন্না মশাগী কাইদোংফম ওইরিবা পামেন উ অহুবু চাথোকতুনা মাংহনবগুম, মীওইবনা মশা মশাগী মরমচংনা মশামক্তী য়েক্লবা ওই অমস্নুং মাংহনজে। তাংলবা মীওইবগী মপোক্লী, য়াইবীরেল শিদবা (তাইবং মপু) অহুবু শকখঙজনবা লৈমরেল শিদবী (মহৌশা লাইরেম্বী। কৌবী পলেম্না, তাইবং ওইবা মচা ঐখোয়বু কুবিবনি. ফংঙমদ্রবা মপোক্লা হায়বসি কাউ থোকই।

থৌৱাই পানবা কাংলুপ কয়ানা তেংবালবগী কাংওন্দা পোক্লী! অস্নুম্না পোক্লরিবা থৌৱাই পানবা খিবিক্তগী মীওইবগী মপোক্লা অথোইবনি, মীওইবগীদমক্তা শিদ-য়াই, নাদ-য়াইঁ কৌবা পোংশক অমখক পোকপদগী শাগোন্নরকই। হী-য়াইদগী হেল্লবা লাইগী মতিক ময়াই অসিবু মরম চানা শিন্থাজবা ঙম্বদি তাংন-থোকই, ফংঙমদ্রবা হী-য়াইগী মপু ওইরবা মীওইবনা মায়কৈ লান্না উখিবনা মরম ওইহুনা,

তাইবংপানগী ঈরাং অসিবু লুংঙাইবনি হায়না লৌই। অস্নুন্না লুংঙাইরবা তাইবংপান কৌবা কুমহৈ অসিদি— 'পংনয়াই শুন্নয়াইনি, অসিগুম্বা তাইবং ঈরাংদা লুপতূনা লৈথোক্লবদি য়াইবীরেন শিদবা (পরমাত্মা)গী মনাক য়ৌবা থিগ্নগনি। মপোক অসিমা হেক লোইবদা য়ৌগদবা ঈবুংঙো মহাক্কী মকাই ফম্লেনবু মপোক কয়ামুক্কী তুংদা য়ৌগদগে কনানস্নু খঙবা ঙম্নরোই। থৌরাই পানবা পুন্নমকসি মশা মশাগী থবক (থৌ) অহুগী তৌজমনগী মহৈতনা শা, ঙা, অচং-চঙ্গা তিল কাংনচিংবা মীওইবগা মপোক, অসি খিবিক্কী মপোকপূ ফংজরিবনি। পুন্নমক অসিদগী মীওইবগী লাংঙোন মপোক্লা মথোইরে হায়রিবদি কৈদৌনোংগীনো?

উনবী (রাখন)গী মপাস্তনা মীওইবনা মশাবু কঙ্ল। হকচাংবু ঙাকপদি অফবা (থৌ) অহুবু খঙবনি, থৌরমবু খঙলবদি অমাং অতা লৈত্রবা উনবী মঙান নাইরক্লে। উনবী মঙান হায়রিবদি পোকপদগী য়াওরক্লবা রাখন-লৌশিংবূনি, অফবা অশেংবা রাখন্না লমচংকী অমত্তা ঙাইরবা য়ুমফম্নি। রাখন্না থবক্কী অহৌবনি, রাখন্দগী থবক (থৌরম) কয়া পোক্লকই, তাইবংপান অসি রাখন্না ঙাক্লকপনি। রাখন্দগী লমচং পোক্লকই, অকবা লমচংকী মপু ওইবা মীওই অহুবু মতিক ময়াই (মগুণ) লৈবা কৌই। অমনা ফনস্নু মহৈ হৈবা, লৌশিং শিংবা, লৈপাক্কী মপু নিংথৌরেলস্নু ওইসনু লমচংপূ য়াওদ্রবদি ঈচেন কংখ্রবা তুরেল, লৈনম য়াওদ্রবা লৈরাংশুম্বনি।

কোরি চকুদা হাপ্পা হৈ মহিনা হু ওনবগুম. লমচং ফল্লবা মীগী মহৈ মশিং (ব্রাখন লৌশিং) পুম্নমক মীয়ামগী মকমদা মাংনতাকুবগী মশক ওইবা হু ওলি, মীয়াম্না থাজবা ঙম্নক্তে। অস্মুন্না থাজবা পুম্নমকপু মাংথ্রবদি মীওই অহু হিংন হিংনা অশিবগা পানখক্লি. অস্মুম ওইবা মীওই অহুবু— "মথন-মথন্না থাকচবা লাংদা নমু পুন্সি কেমনীংঙাইনে, মদোম য়াইবী নোংমলঙৈস্মু মওইয়ে. অস্মুমনা হায়রিবনি।

---

## "পুন্সিগী অরোইবা"

### ( অহুমশুবা মতাং )

—,O)—

পুন্সি ঈবাল-লৈ, অবাং শরু লুতোং-লৈ, থন্না লাকোন লুরোই-থক, লাইজা লিক্লা থককমদা. থোবাই লিক্লা মিৎকুপ্লে। মাংং নুংশিৎ কনবদা লাকং হুমাই পাইবগুম, পংনা য়াঙ্গোইরিবা তাইবং মপোক্লে। খুনবী কপতিংচা কপক্তিং য়াইথংচানা, লাংনা মত্তোন নৌবা খুদিংদা কাকথৈ চিঙ্গোই-চন্না খুনবী পোৎলুম থাংলবগা কাকথৈ কমহোংথিবগুম, থোবাই মানা পোনলিংথিববু শম্মু খুৎনা লাক্লা থোথাম ঙমহোবে। অসুন্না হায়রিবদি—

পুন্সিদি শীংঙেন নৈগা পানথক্লি, অব্রাংবা কোরৌ নোংদোল্লগী হৌরকফম ওইরগা, শরুগা তোংগদা পক্লুনা নৈশাং তম্লকপনি। হকচাং হায়বা অসিনা ঈপাক্তা হৌবা থম্নাগা পানথক্লি, থৌব্রাইনা থম্নাথক্তা পকপা লাইজ লিক্লা-গুম্বনি। থম্নাথক্তা পকপা লাইজ ঈশিংনা থম্নাবুস্থু চোংহন্দে, থম্না অদুনস্থু লাইজ লিক্লাবু চুপশিন্দে। মালং নুংশিংনা হুম্বদা থম্নাথক্কী লাইজ ঈশিংনা তনিক তনিক থাংবগুম, পুন্সি অসিনা চহি কুমজা থরদং হিংহুনা নৈরিবনি। অস্থুমনা ওইরিবা লিক্লাগুম্ব থৌব্রাই অসিদি, মালং নুংশিংকী শহুমদা হুমাই লাকং পাইবগুম, পলেপফম থঙদনা হিংলম্লগা, থম্নাথক্কী লাইজনা তিনখিবগুম ঈপাক্তা, নোংমগী কোরৌ অমদি থৌব্রাইনা হকচাংবু থাদোক্লুনা অহাংবা মালংদা তিনখিবদি শোইহৈদবা মপুগী শিন্থানি। থম্মোয় লাইয়ুমনুংদগী থৌব্রাই কৌবা লাইনা কৈদৌঙ চংখিগনি, কনানস্থু থঙবা ঙমদে।

কাকফৈ কৌবা তিন্না নাপী অমদগী নাপী মতোন অমদা লামখিবগুম, থৌব্রাই মহাক্তি চংখিনি, কনানস্থু থাম্বা ঙমহৌরোই। অমনা, হকচাং পোত্নাং অসিবু পোম্বী হায়না পাউরৌনৈ, হকচাংদা কাইদোংলিবা থৌব্রাই কৌবা লাইন। চৎনীংবা বাংলেন মিংকুপ্তা থঙহৌদনা পাইখিনি। মীওইবনা ফাহুনা থম্বা ঙমদে হায়বগী থৌব্রাইবু লমগী চেক্লগা পানথক্লি হায়রী। মতমনা লোইরক্লবদা হকচাং পোম্বীনা তাইবং থৌবু থাদোক্লুনা মোংফম থক্তা অরোইবা য়াহিপ তানখিগমি।

থৌরাই কৌবা চেক্লাদি পোস্বী (হকচাং)গা খোয়েন তুমখুন তানমিন্নবা য়াদবা মরমনা, পলেম পীবুকন্নদগী য়েমিন শাংমিন্নরকপা. মাগী নুংশিরবা পোস্বী (হকচাং) অসিবু হুন্দোক্লমলগা অনৌবা কাইদোংফম অমা থীখরে। রাফম অসিবু—খুনবী কাপতিংচা (কাকৈফ)না নাপী মতোন, অমদগী মতোন অমদা মফম হোংখিবগুম, থৌরাই মানা পোনলিং খিনিয়ে, অস্নমনা হায়রী।

— —

## " পুন্সিগী অরোইবা "

### ( মরিগুবা মতাং )

—(O)—

"তালোই লুমলেন হঞ্জবী. মপারী নুংচানবা
মযোম নুংগুনবী, মরল য়াবা পুজাও-রোই পুন্নমকসু,
অমল য়াইথোং কুমলা বাইর লমজেন কিগুম
য়াইরোইনখিদে। মরেক অনিনা বাকয়ে হিগাবু ওই,
অহল থৌদাকথোন্না খুমু নোংগাবু ওই, অমং
য়াইথোংবু কুমথিবা, মানা মানা নিংবরা লাংগুনখিয়ে।

থৌরাই হকচাং অনিবু নোংমদি গুকশোই শোইদনা অশিবা কৌবা লাইনা তোঙান তোঙান্না খায়দোক্লখিনি। মথোক কারকপা হায়বা অসিনা লৈরাংগা পানখক্লি, পুন্সি

হায়বা অসিনা নোংথাংগী মশক্কি, পোম্বী চেক্লা (থৌরাই হকচাং) অনিনা পুনশিল্লুনা, তেনগ্রবা তাইবং কৌবা কুমহৈ ওসিবু য়াওরিবনি। তেংবালবগী মপু য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্না, তাইবংপালবগী মপু থৌরাই শিদবদা "হল্ল" হায়না, শিল্লাখিবা মরমনা, হল্ল-হল্লা শিবা, হল্ল-হল্লা পোকপা মপোকপু ওইরিবনি। মপুগী শিল্লা লৈখিবনা, অশিবনা অচঙববু খুদম চনগ্রিবনি। থৌরাই চেক্লাদি মাংহৈ শিহৈদবনা অশিবা লাইবু ইস্থ্রয়গা মনিংতম্না পাইথোকখিনি। পোম্বী চেক্লা (থৌরাই হকচাং অশিনা অরোইবা কায়নরমদাই রাংলেন মিংকুপ্তা, লুংশিরবা মপারী মমোম, ঈচা ঈশু, তাংলাই নুপী লূপা সনাগী লনগৈ কয়া, খমনুং শরা তাম্বা (শিবা গী মতাংদা, অশিবগী লমজেন ফিগুম লোইনতুনা পুখিবা য়াদে।

মসিনা ঐগী ঈচানি, মসিনা ঐগী নুপীনি অস্থুমনা তাইবংপাল কৌবা অউপ লাংমা উপশিনখিবনা তারমদাইগী লুমিংনা খংহৌদনা মমশিনখিবগুম, পুক্সিনা হন্নু লৈমন চনগ্রবদা, অশিবগী য়াংদৌ (লম্বী) অহুবু উগদবনি। অশিবা কৌবা লাইনা খোংমী লাম্নীগী মশক ওইবা, মহাক্কী কল্লবা লায়থুং লায়না কয়া থারক্লুনা, অয়োগী চৈয়েং পি অমম্বুং রাহল্লি। অশিবনা তাইবং থৌরাই পানবা (জীব জগৎ) অসিবু মহাক্কী মখা পোল্লা হীংহল্লি। মীওইবগী পুক্সিদা পাংথোকদবা থবক (থৌরম) কয়া রাংলি, ঐদি শিখিরোই নহা ওইরি, অহল্লা হান্না শিসন্থু হায়বস্থু য়াদে। অশিবনা অঙাং (নৌরা) ওইববুস্থু,

য়োইবু য়োইহেলবা (য়াইতোং খমদোংবা), মথোক কারকপা (পাখং লৈশা) বুস্মু. হন্নু লৈমল চল্লকলবা তাইবং মীওইদগীনা, পলেম পীবুকন্নুংদা লৈরিবা নৌরা (অঙাং)বুস্মু, অশিবগী মখা পোন্না হিংলিবনি।

**"লানশোনবীগী লময়াইদা মূন্নুনা বারে পোথাবা,**
**ঈপামগী লমদম য়েংবদি নুংশিবা মায়কৈ তামগ্রে।**
**অস্নুন্না হায়রিবদি—**

মলেম তাইবংপালবা অসিনা পুন্সিগী লানফম্নি, রাইব শাথোং অকুস্বা. হুয়েন লাম্থোং অচৌবা হায়রিবদি— মীওইবগী পুন্সিবুনি। মহৌসা কৌবী লাইরেম্বীগী মতম কৌবা থাংলেন্না. থাংলেন নোংথাং কুপ্পদা লাইজ ঈপাক্সা লৈকংলাবু ওনখিবা, লোইবী চীংজাওনা মহি চেনখ্রিবা থিংঙমদবা মতম মাগী পাঞ্জলনি। অশিবনা অচংবা পুন্সিবু লোই চনখি হায়বগী "লানশোনবীগী লময়াইদা' হায়বী। অচংবা পুন্সিনা লান্দা শোন্দুনা, অশিবনা ঙমখি, তাইবং থৌরম্না নৈহংলবা মীওইবগী হকচাং অসিদি, মোংফমথক্তা মিকপথোকপা লৈতনা লোম্লেন তুমখুন তানগ্রে 'পোত্থখরে) হায়বগী মুন্নুনা রারে পোত্থবা" অস্নুন্না হায়রী। পুন্সি হায়বা অসিনা অযুবা চক্কুণ্ডম ওইবক্লবদা, থম্মোয় লাইযুম নুংগী থৌরাই শিদবা লাই মহাকস্মু চীক মাংনখ্রগনি। নহালমথৈ তন্না মথেল অহাওবতা চা, লাইশংগী মশক ওইবা হকচাং অসিবু শেমগৎ শাগৎলকপনি, পুন্সিনা

লোইরক্লবদা হকচাংগী মপু থৌরাইনা চংশ্রবদা, মপু পান্দ্রবা অহাংবা শংলেনবু ওইহৌরে, শিদোকলে হায়বগী 'শিবা" অস্থুয়া হায়রী। শিবগী মতাংদা লমজেন ফিগুম লোইনহুনা পুখি-গদবদি, মীওইবনা কল্লিৈঙ (হিংলিৈঙ)গী মতমদা নোল্লুকপা, খাজবা, খঙবগা লোইননা তানশিঞ্জরকপা, অমকপা লৈত্রবা মীওইবনা তৌজমনগী মহৈ অহুতবুনি।

— —

# " পুন্সিগী অরোইবা "

## ( মঙাশুবা মতাং )

—(O)—

পুন্সিগী অরোইবা মতাংদা ময়েক অনিনা রাক্ষ্য হিগাবু ওই, তাইবং ঈপাকপু লানগনি হে মীওইবা, অস্নুমনা হায়রিবদি— অচম্বা ময়েক নত্তে, তাইবং লান্ন-মিংখৈলেন অথোইবা ওইনা লৈশ্রবা, হা ঈমা, হা ঈমা (হা পলেম), অস্নুম্না হায়-রিবা মিংখৈ মিংলেন অসিবুনি। ঈমা হায়বা মিংখৈ অসিদি মীওইবনা. রাংলেন মিকুপ খুদিংগী কৌজরীবনি অমস্নুং শোঞ্জরীবনি অহুবু ঈমা হায়বা মিংখৈ অসিগী ফোংদোক্লবা, অথুপ্পা ওইনা লৈশ্রবা লাইনীং লম্বী অহুবুদি, মীওইবনা মায় ওম্থোক্লনা লৈখিবা মরমনা খঙবা উবা ঙম্বদি তাঙনা থোকই।

মিংখৈ মি লেন ওইনা লৈগ্রবা "হা" (ঈমা) হায়বা অসিবু তরং ওইনা লোৌবদি অপংবা ওই। মীওইবনা শিদ-হীদাক মোনখাংনহনা লৈরিবনি, অমনা মিং-পান্দা হোৌবা পাবু নকমন্দুনা উদবা অহুগুম্বনি হায়রী! লৈখোম্না শাবা মৈ ইক্তবা চফুগুম্বা, তাইবং হকচাং অসিনা তাইবংপাল কৌবা ঈপাক অসিদা কয়াবু কুইনা তাওবা ঙমগদগে? নোংথাংগুম্বা মীওইবগী পুন্সিনি, মৈ ইক্তবা চফুনা লাইজ ঈমায়থক্তা মিকুপ খরদং তাওরম্লগা, লৈবাক ওন্দুনা মালেম লৈশাদা অহুম্মক তিনখীবদি শোই-হৈদ্রবা মপুগী শিম্থানি।

তেংবালবগী কাংওন্দা মতমনা খজিক খজিক ময়েং তাখিবস্থু খঙহোৌবা নত্তে, তাইবং হকচাংনদি অপংবা ওইবনা, কল্লকপা, মিহোৌবা, লোৌনস্বা, অশাওবা, নাপল অমদি অপাম নুংশি হায়রিবা ময়াই তরুক অসিনা, পুন্সিবু পংথহল্লি। মপু মাগী কোলোই মিংলেনবু লৈয়েংনস্থু শোলহোৌদা, উনবী (রাখন)নস্থু থিহোৌদা, নক্ত লৈবা মপুবু লাপ্না উখিবা মরমনা, নুংশিথোইবা মপুগী লমদমদি তামখরে হায়না থৌরাইনা তেংথারী। অস্থুম ওইবা রাফমবু "ঈপামগী লমদম য়েংবদি নুংশিবা মায়কৈ তামখরে" হায়না ফোংদোক্লী। অমনা পামেন উনা অপুংবদা নুমিদাং য়ারেক মিন্নবা, কোরৌ মানা ঙাল্লকলবদা চেক্লা মপাং কায়নখীবগুম, ঐখোয় মীওইবনা অশেংবা ঈপাম লমদমদা হনবা, শিবগী মতাংদদি ঈমা ঈচা, ঈরুপ ঈপীজা পুম্নমকপু থাদোক্লমহনা মদোম তরক তরক্লা চংনখীগনি।

তেনগ্রবা নমু তাইবং পুন্সিনী, অতনবা অমদি খোয়েন তুমখুন তাল্লীডে, পুন্সি অসিনা তখায় অমা হৌগ্রবনি। অঙাংনা নৌরা ওইরিডে মতমনা কয়া অমা, মথোক কারকপা (নহা)গী মতম অসুমনা পুন্সিনা মথং মথং হৌখিহুনা, হন্নু লৈমল চল্লকই। অশিবগী থোংজীন্দা খোং-নাম্মা কানশীল্ল ফাওবদা য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা) ঈবুংঙো মহাকপু ফংজনবগী লম্বীবু থীদ্রবা, ঈপাক ঈচাওগী মশক ওইবা তাইবংপালগী ঈরাংদা লুপ্পুনা লৈথোক্লবদি, চাংদমফম লৈখীদ্রবা অরাবগী মশক্লী।

---

## "পুন্সিগী অরোইবা"

### ( তরুকশুবা মতাং )

*

**ঈপাম মৈহৌরে, লাংজিং মৈচাকলে,**
**ঈদুনিংথৌ য়াওরিবরা? খাম্বী মৈকল্লো!**
**অসুম্না থৌরাইনা তেংথরীরদি—**

অকংবা ই-লাং (নাপী)না য়োমশীন্দুনা হৌবা লোইবী চীংগী মশক ওইবা হকচাং অসিদা, লায়থুং লায়না কয়াগী অয়ো চৈথেংনা, খাম্বী মৈগী মশক ওইনা চাকপা হৌরক্লবদা য়াইবী থৌরাইনা তাইবং হকচাং অসিগীদমক তেংথরীবনি।

পলেম ঈনুং শীলয়োম্নুংদগী (পীবুকনুংদগী) হৌমিন-শাংমিন্নরক্লবা তাইবং হকচাং অসিবু থৌরাইনা অস্থুকীমতিক নুংশি, শুকথ-মক থাদোকনীংদে হায়বগী, ঈপাং মৈহৌরে, অস্থুমনা ফোংদোক্লি। ঈপাং=ঈপিজা, ঐগী চান্নরবা ঈরুপ, নমু তাইবং হকচাংদা খাম্বী মৈরাইহুনা চাক্লে। মীওইবগী মশাদা চাকপা হৌরক্লিবা মৈ অসিদি অতোপ্পা মৈদি নত্রে, কল্লিমৈ (হিংলিমৈ)গী মতমদা তৌহৈদবা কয়া তৌরকপা। মশা-মশাবু কঞ্জবা ঙমদবদগী, ফত্রবা লমচংকী মহৈনা লায়না লায়থুং ওইহুনা, মীওইবগী মশাদা খাম্বী মৈনোং হাপতুনা, ফত্তবা তেকচাক (পাপকী) মৈনা চাকপা হৌরক্লবদা, নহা পাঙ্গল চৈরোইনবা কনবীবা ঙম্বা কনা লৈবগে? নমু তাইবং হকচাংবু কল্লোলাউ, হায়বগী ঈহুনিংথৌ য়াওরীবরা, খামবী মৈকল্লো। অস্থুমনা থৌরাইনা হকচাংগীদমক তেংথারী।

অহল ওইরক্লবদা লায়থুং লায়নানা শম্মু নমদা পো, হকচাংনা পাঙ্গল লৈরকত্রবদা করি পাম্মৈ লৈরিবগে? মপুগী মফমদা চংজবা নত্তনা, অহুবু অরাবনি হে মীওইবা। মতম্না ফরিমৈ, য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহক্কী অচেৎপা লাইনীং (পরমাত্মা তত্ত্ব)বু, অচুম অচাল নৈনহুনা থিহৌগদবনি। মতম্না ফরিমৈদদি, অথোই নাপল কৌবী, পায়মা পুক্লিংগী মখা পোনখীবনা, মীওইবনা তৌগদবা শিম্বা কয়া হোরেল হয়েং ঙাইহুনা তোকহৌরগনি। ঈয়ুম মোংবা শঙ্গাইনা খাম্বী মৈ রাই-রক্লবদ ( চাকখৎলক্লবদা ), মৈ মুৎনবগীদমক লাইজ ঈকোম (পুকথ্রি) তৌখৎপনদি অপংবা ওই, অস্থুমনা হায়রী।

# "থৌরাইগা হকচাংগা কায়নবা"

## ( মিজুন কাংলোন )

**অহানবা মতাং**



পুন্সিনা নুংঙাইবা তাক্লকপনি অতুবু ফংনিংঙাই ওইবা নুংঙাইবদি ইফং-ফংবা ঙমদে। কাইনথংদা পুন্সি লোইরক্লুনা, মীওইবনা অশিবগী খুন্ডমদা চংহনা পোথবগী মতমদা খঙলক্কনি, মীওইবগী নুংঙাইবদি তুংকোইদে, ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইবা কুমহৈনি। শিরোই নারোই খল্লম্বা হকচাংনা অযো চৈথেং লাকপদা য়াওন য়াতাবস্মু ঙম্লকলরোই, হোৎজিল্লকপা নিংশা। (শ্বরাগী ঈরাই ঈনিল "হৈ—হা" হায়বা অথুপ্পা মিংখৈনা, মনুং হৎজিন্না শোঞ্জবা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈরক্লরোই। নহাল নোং, নমু তাইবং ওইনা লাকৈঙদা নৌরাগী শক্তম ওইনা লাকপনা, পুন্সিগী অরোইবা মিংকুপ লাক্লবদা নৌরাগী মচংপু ওইরকপা (অঙাং ওল্লকপ)দি শোইহৈদ্রবা শিন্থানি।

থৌরাইগা হকচাংগা কায়নবগী রাংলেন মিংকুপতা, অপোকপী পলেম্না তরা চউমখিববু নিংশিংলক্লুনা, মিতা-খোমদা চাকপূ চারকপদি, ঈমাবু নিংশিং খুদমবু ওইরক্লগনি। য়েল-হৌঙৈদগী ঙসি ফাওবা পোকপা শিবা হায়বসি, ইথামক থাঙমদ্রবা মপুগী শিন্থা ওইবনা, কংলাদবু চাওজরকপা নমু তাইবংনা, পোলোইগী খোংচত্তস্মু কৌক্লদবু হনখিগনি। অস্তুম

ওইবা. চিরক্লবা ৱাংশেন মিংকুপ্পা চীংঙ লাইগা ঙমদাইনবা অমাইবা পুরেন্না থৌৱাই হকচাংগী অথুপ্পা মিহুন কাংলোনবু অস্মুমনা ফোংদোক্লি –

"তাইবং হকচাংনুংদা থুপ্পা লৈরম্বা শজিক, থাবা কৌবা, চুবা অনিগী মিহুন মাংখিগনি। চুবাগী মিহুন মাংথ্রবদা নারুমদা মিহুন অনি কন্না ফাওরক্কনি, য়েৎথংবা নারুমগী মিহুন মমিংনা "ওকপুরোই"। ওইথংবা নারুমগী মিহুনগী কোলোইনা "তাওহুইরেং" অস্মুমনা কৌই। মথংদা পিশুম অনিগী মরক্তা মিহুন অমা ফুং-ফুং ফাওরক্কনি, মিহুন অদুগী কোলোইনা "থোংলোন" (লাংলোন) হায়নস্থ কৌই। মিহুন অসিনা লেংঙকপদি মপুগী ফানখোং লেংলক্লে তাকপনি। অরুবা মিহুন অসিবু—

চীংঙা লৈমা তথেংবী ॥১॥
শিঙনাং চোমজাও শুরিবী ॥২॥
কবাক য়েনথাং হাইরিবী ॥৩।
লোইবী চীংঙা লাংথাকপী ॥৪।
পীশুম য়াউৱৌ শাথৌবী ॥৫।
তেৎনৌ লাংপান কোয়থনবী ॥৬॥
চোয়:নৌ শবা পোৱোনবী ॥৭॥
নুংঙল মাইথোং মিথেম্বী ।৮॥
হে ঈমা নংবু খুরুমজৈ।

তাইবং মীওইবনা শিরমদাইগী মিংকুপ্তা থৌরাইনা হকচাংগা খায়নগদবগী পিশুম অনিগী কারক য়েরবদা, ঈমা নংনা তখেংনা চোংহনবীহনা নমু তাইবং ওইবা অপংবা নচাশিংদা. শিবগী খুদম চাংদমবু তাকপীরিবীনি ॥১॥

খোইযুম লাইবু নীংজবশিংগী মফমদা, শিংনাং মতোন্দা শাংপা মপান অঙৌবগুম্না, তাইবং পুম্নমক্কী থৌরাইবু অঙৌবা মফোনগুম্না তাকপীরিবীনি ॥২॥

ফত্ত-লিচং চংপশিং নত্ত মিংয়েং য়েংবশিং পুম্নমকপু থৌরবা কবাক থাংগুম্না অমদি য়েনগী মখোংদা পানবা য়েন্থাংনা হাইবগুম মরালগী মতুং ইন্না হাইদংপীনি ॥৩॥

তাইবংনা শিরমদাইদা পিশুম অনিগী কারক্তা লাং থাক্লনা. য়াইবীগী মশক ওইবা মিহুনশিংবু ফানবা থৌরাং-লিবীনি ॥৪॥

উমংগী য়ারৌ শা শিংবু শাদানবনা শা থৌবগুম, পিশুম অনিগী ফলাংতোন্দা ফমহনা, মিহুন থাহুন পুম্নমকপু শা থৌবগুম থৌদোকলিবীনি ॥৫॥

লমচং লম্থোইবু তাজবা নমু তাইবংশিংবু, য়োংকুমনা কল্লবা লাংনা তাইবং পুন্সিবু ঈকোয় কোয়না খাজিন্দুনা ঙাকপী-শেনবীরিবীনি ॥৬॥

উনবী মৈরা ঙাম্নাইবা, পায়মা লৌশিং চাওবশিংবু, ফুদোংলবা সনানা তাইবং পুন্সি অসিবু অরেম্বা (কান্নদবা)

ফরক্তা মাংখিদনবা পৌ লোনবগুম চেকশিন খোনজিননা ঙাকপীরিবীনি ॥৭॥

তাইবং পুন্সিনা লোইরবদা য়াইবী মঙানা, হকচাংনুংদা তাইবং হকচাং অসিবু থাদোক্লশিরা, থাদোকখিগুমসিরা অস্নুম্না, মওল মওল খল্লিববু থেমহ্না পুনবা থৌরাংলিবী "থোংলোন লাংলোন" শুরিবী, অচৎ-চত্ত থৌরাইবু পোক্লিবী লৈমরেল শিদবী ঈমানি ॥৮॥ হে ঈমা নংবু তাইবংচা-শিংনা হন্ন হন্না খুরুমজৈ।

পিগুম অনিগী মরক্তা ফাওরকপা অরুবা মিহুন্দি লূরাই শমপুন পরৈবা পস্তৌ হায়না কৌবদা "হৈ" হায়না পাউখুম্বা, লুমাং শমজিন শাইকোইবী, লুতুং শমপুন পরৈবী, পলেম হায়না কৌবদা "হা" হায়না পাউখুম্নী, তাইবংপালববু পোক্লিবী মহৌসা লাইরেম্নীবু লৈমরেল শিদবী হায়না পুয়ানা শৈথারিবী ঈমামক্লি। অস্নুম ওইবা, পিগুম অনি, পা অনিগী মরকপু তাইবংপালবা মপু শিদবগী ফম্বাল লাংফম্নি। অমনা তেংবালবা মপু শিদবগী মমি=তাইবংপালবা মপু শিদবগী লৈফমনি হায়বগী "চুপ" কৌই। তাইবংপালবগী মপু থৌরাই শিদববু, তেংবালবগী মপু য়াইবীরেল শিদবগী মিরেন্নী হায়বগী থৌরাইবু "মি" কৌরিবনি। মিকৌরোন্না শৈথারীবা, হে থৌরাই মঙামক মিগা থানা তরুকমক, থৌরাই মৈশা লাংফরোই, মিরেল হামচৎনফরোই। অস্নুমনা হায়রীবা "মি" (থৌরাই)গী লৈফম্বু পিরাং লাইজ ঈহৌরকফমনী হায়বগী ঈনুংলোন্না

"পি" কৌই। অহুগা অরা-মুংশিগী মতাংদা পিরাং লাইজ ঈহৌরক্লনা পিরাং পাথরকফম্নী হায়বগী, খুন্নুংলোম্না ""পা" কৌই। অমনা পিশুম অমদি পা অনিগী মরক, লাইপক শালাই ফম্বান্দা থৌরাই শিদববু তাইবং কুমহৈ য়াওনা, শুম্না লৈয়ে হায়বগী 'পিশুম" কৌরীবনি। অরুবা মিহুন অসিনা তফিং-তফিংনা লেঙঙকপদি, মপুগী ফানখোং লেঙলকলে তাকপনি। মথংদা থবাক্তী অকুংপদা মিহুন অমা কন্না ফাও-রক্কনী, মিহুন্দুগী "মিংখৈনা 'খুম্বোংয়াই" কৌই। মিহুন অসিনা ফাওরক্কবদি নুমিৎ হুম্নীদগী হেন্না তাইবং পুন্সি লৈত্রে তাক্লকপনী, অরুবা য়াৱানি হে মীওইবা খঙঙো হায়রী।

ওই থংবা খোমখাগী মিহুনস্তু মন্নুং হক্তিন্না হুনখীগনি। মিহুন অসিগী কোলোই মিংখৈনা 'ঐ"হাক কৌবা মপুগী মশক্নী। মথংদা, ওই থংবা চগোক্তা মিহুন অমা ফাওরক্কনী, থবাক্তা মিহুন মখৈ তিম্নগনি, মিহুন্না কন্ন কন্না মশিং থিঙমদনা চোংলক্কনী। ওই থংবা চগোক্তা লৈবা মিহুন মমিংনা "মহাক" কৌবা মপুগী মশক্নী, অথুপ্পা মিংখৈলেন অথোইবনী।

"মথংদা খোইদোগী মথক্তা মিহুন অমা কন্না য়ৈরক্কনী মিহুন অহুনা থোক্লকপদি য়াম্না চেকশীনগদবা ওই হায়রীবনি। খোইদোগী মথক্তা মিহুন অহুনা থোক্লকলগা, ৮'৮ (নিপাল নিপাল)লক য়ৈরগা ঙাইহাক ঙাইহাক লেপকনী লেপকক তৌগনি), মিহুন অসিনা নিপাল্লক য়ৈরম্বদগী মশিং খর খরা হম্বরক্কনী, তাথরকপা মিহুনগী মশিংবু মুন্না খঙজিনগনী.

য়াম্না মরু ওইবা মিতুন কাংলোম্নী। অমনা, মনুং কংলৈ হায়রীবদি তাইবং হকচাংবুনী, খোইদৌগী মিতুন অচৌববু কংলা য়াইবুং কৌই। মনুং কংলৈ কৌবা খোইদৌ কংলাদা মৈবা পুংগী পুংখোন তারগা তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সি চেংজেন খঙনবা তাকপীরকপনি, উনবী চনিং তানা খন্থো—ও, হায়রী।

কংলা য়াইবুংগী মশক ওইবা খোইদৌগী মিতুন অচৌবনা নিপাল্লক য়ৈরম্বদগী মশিং তাথরক্কনি, ৭ লক য়ৈরগা নুমিং ৭ নিদগী চোম্থনা, তাইবং পুন্সি লৈত্রে খঙগনি। তরুক্লক য়ৈরগা নুমিং ৬ নি! ৫, রক য়ৈরগা ৫ নি। ৪ রক য়ৈরগা ৪ নি। ৩, লক য়ৈরগা নুমিং হুম্নী। ২ রক য়ৈরগা নুনিং নিনি। ১ (অমুক)লক য়ৈরগা নোংমগী কোরৌ অমখক্কা ঙাইরে, তাইবং পুন্সি লৈত্রে তাকপীরকপনি। মিতুন অসিগী অযুপ্পা মিংথৈদি 'আতিয়া শিদবা" কৌই। লাইনীংবশিংনা মনুং হঞ্জিন্না পায়মা হীরী কোন্দূনা, শোঞ্জরীবা অমদি নীং-জরিবা ঈবুংঙো মহাক্কী মশক্কী।

চৌংঙ তাইবং খায়বা ঈবুংঙো মহাক্কী মশক ওইবা মিতুন অসিনা, মরিরক য়ৈবা ফাওবদি হে মীওইবা, অখঙ-অহৈ থীজহৌ। লায়েংবা য়াবগী মতম ৈলরী, মিতুন অসিনা অহুল্লক য়ৈগ্রবদি পাম্বৈ লৈত্রে। নুমিং হুম্নীদগী হেন্না তাইবং পুন্সি লৈত্রে, মিতুন অতুগী খোঙেন্না থুক-থুক লাউগনি, থুক থুক হায়বা মিতুনগী মরোল অনীমক্কা চপ মান্নরবদী, নুমিং

ছুম্বিগী মতুংদা (চোম্থনা) শিগনি। মিহুন খোঙ্গেন অহুনা অমনা কনবা, অমনা পীকথবা থোক্লবদি নুমিৎ নিনিগী অথেংবদা শিগনি। পীকথরকপা মিহুনগী খোঙ্গেন অহুনা খর খর পীকথখিহুনা তাবা যংলকত্রবদি (খুত্তা ফাওরকত্রবদি) নুমিৎ অহুমক্কদা শিরগনি, মাগী মাগী ওইবা শাগৈ (জাং, অহুগী, শিবগী পোংলম খুদিংমক থৌরাং তৌবা য়ারে।

মীওইবগী পুন্সিনা লৈগদবা অমস্থুং লৈরোইদবা (শিবগী মতম) অসি চহি ৭, ৫, অস্থুমনা ৱাংলিঙৈদগী খঙবা ঙম্বা, মশা মশাগী চেকশিন্না হোংনবা (অভ্যাস)কী মতুংনা, মীওইবনা মশাবু খঙজনবগী লাইনিং লম্বী অসিদি পাক-চাওনা লৈখ্রে।

# "থৌৱাইগা হকচাংগা কায়নবা"

## ( মিহুন কাংলোন )

## অনিশুবা মতাং



কময়াগী মিহুন মাংখীগনি, খোইদোগী য়েং ওইনা মিহুন অমা ফাওরক্কনি। মথংদা পুক থাগংলক্কনি, খারোমদগী ঈশিং নুংশিং খোমজীল্লক্কনি। অস্থুম ওইবা মতাং অসিদি লাইশংগী মশক ওইবা তাইবং হকচাংনুংগী কংলা (খোইদো'দা মৈ, ঈশিং. নুংশিংকী চুপ্পী পায়হুনা লৈরিবা য়াইবীরেনদি

শিদবা ঈবুংঙো মহাক্না, মহনফমদা হল্লগে হায়রবগী শন্মু খোংফম হোংলক্লে। থৌরাইমিচাক্নী মশক ওইবা মিহুন পুম্নমক্না মফম লেংঙক্লবদা, হেদো নহে-চন, অয়ো মৈনিং কুম্নীবা নমু তাইবং হকচাংনা শদো থোংলক্লগনি। নিংশা (শ্বর) হোং হোং লাউনা থবেৎ-থবেৎ হোলক্লগনি, নিংশা হোনবা থুদিংগী নাতোনস্থু য়াওরক্লগনি। নাতোনগী তোংশাশিং অহু অমুক চাওথোকপা, অমুক পীকশীনবা তৌরক্লগনী। অনাবা হেঞ্জীনবগী থুদম্নী, চীনবানস্থু নিংশা (শ্বর) হোনবা থুদীংগী লেঙগনী (য়াওগনী), মথংদা থদাং ইল্লকনী, অরোইবা ওইনা খোঙ-খুৎ চীংলক্কনী। অস্থুমনা হকচাং কয়াং থুদীংমক চীংলকপা অসীবু "য়াইবী ফুকপা" (ব্রহ্ম ফুকপা) কৌই।

---

## " নোঙ্গা লম্বী "

### ( অহানবা মতাং )

—(O)—

**"তাইবং ঈপাক ঈথৈদা থমনুং কিকোই লৌওনবী, শাইয়োন রাম্বী পলেম্না থোংদোইরকনি মিংলমগী বাংমদা। পলেম কিজি চেৎন য়াম, ঈমা মহাকপু থাক্করোই, থৌবাইগা হকচাংগা কায়নবা বাংলেন মিংকুপ অহুদি— কনাগী পাম্বৈ লৈররোই তাইবং**

**ঈপাক লান্নবা, পলেম মিংশৈখনা হিগা – ওই, মাতগী থৌজান্না ললকু – ওই, মপুই খুত্তম কংগনি, মশাগী মশাদা খিনগনি, মহন কমদা হন্ন-রাই।**

পুন্সিগী চেংজেন্না লোইরক্লবদা তাইবং কুমহৈ শংনুংদা রাংলেন মিংকুপ অমত্তম্ পঙ্কফম্ লৈররোই। ঐগী য়ুম্নাক শাগৈ ওইরিবা, তাইবং য়ুমদাং শঙ অসিবু থাদোক্লুনা চৎপা তারক্লবদা "হা" (ঈমা) হায়রবা নুংশিথোইবী মিংলেন মিংশৈ অসিতনা রাখৈ হিরেল ওইহনা তাইবং ঈপাকপু লানগদবনি হে মীওইবা। হা (ঈমা) হা (ঈমা) হায়রিবা পলেম মিংশৈ অসিতনা তাইবংগী লান্ন মিংশৈখলেন অথোইবনি হায়রীবদি থৌরাইগা হকচাংগা কায়নরমদাই মিংকুপ্তা অনা লায়য়োং খঙদনা, অরা মৈচাক্লা খাম্বী মৈনোং হাপতুনা খাঙবা ঙম্লকত্রবদা, মিংশৈ মিংলেন অসিগী অথুপ্পা ওইনা লৈখরবা, মকত্রবা লাইনীং লম্বী অসিবু খঙনা শোঙরবদি অরা মৈচাক ফংলোই। মিংশৈ অসি শোঙ্গবতনা লাইজ উল্লেনগুম ইংনা, শিরমদাইগী অয়ো চৈথেং হায়বদো শুকফং ফংদনা, কোরৌ নোঙ্গা লম্বীবু পাংগদবনি হে মীওইবশিং—ও হায়রী।

"ঈমা" হায়বা তম্ফা য়াইদগী হেল্লবা মিংশৈ অসিগী ফোংদোক্লবা অথুপ্পা লাইনিংবু খঙবা (উবা ঙম্না) হন্ন হন্না শোঙহনা থৌরাই থাজগ্রবা তাইবং মীওইবা অহুদি, লেপ্পমক অরান খুত্তম ফংবা ঙমজৈ হায়রিবনি। মিংপান্দা হৌবা পাবু উবা ঙমদবগুম, পুন্সিগী মিংকুপ খুদিংদা মচা ওইবশিংনা

কৌজরিবা মিংখৈ অসিগী লাইনিংবু, খঙবা উবা ঙমদবনা মরম ওইহনা, শিদ হীদাক মোনখাংনহনা লৈবগুম্বনি। পুক্লিংবু ফাজিনবা ঙমদ্রীমখৈ (মশাদা নাপল লৈরীমখৈ), পুয়া (শাস্ত্র)বু হন্ন হন্না পাহনস্সু, মিংখৈ কয়া শক শোন্দুনস্সু, অথুপ্পা মিংখৈগী মতিক ময়াইদি (মগুণদি) খঙবা খক ঙমদে। ব্রাখন্দগী থবক পোক্রকই, ব্রাখন্তনা পন্থুংফমনি হাযবসি উবা ঙমদ্রীমখৈ, লাইজ পুল্লাং থন্না লুরাই কোইবেন্থক্লা পুরবস্সু, লাইজ ঈখৌলাংবগী (খৌরাংবগী) মৈচাক অহুদি কোকপা খক ঙম্মোই।

## নোঙ্গা লঙ্গী

### ( অনিশুবা মতাঙ )

*

**"মিংলেন শিদববু উঙমদ কোলোই মিংখৈ শোনব্দি, য়াবা উচেক্লা খোংবগুম, য়াবা খোন্নাইদববু কৌরিবনে !**

য়াইবীরেল শিদবা (তাইবং মপ্ন)গী ফোংদোক্লবা অথুপ্পা মিংখৈ হায়বসিদি পুয়ানা তাকপা, ইতোপ তোপ্পা য়াম্না লুনা লৈরিবনি। মীওইবনা মায়চৌশিংগী (গুরুশিংগী) পাউতাক লৌদনা, মশাগী নাপল তৌহনা ঐতনা অখঙবনি, তেংবালবা

অসিবু খঙলবনি (ব্রহ্ম জ্ঞান) লৈরবনি, অস্নুমনা নাপলগা লোইননা ওন্ন তৈনবা ৱাখন, ওন্ন তৈনবা ৱাঙাংদা হৈনখীবনা মরম ওইহনা, অথোইবা অহেনবা ওইনা লৈগ্রবা য়াইবীরেল মিংখৈবু, মীওইবা কয়ানা ওন্ন তৈননা, শন্দোক্লা হায়নরী (ব্যাখ্যা তৌনরী)। পূয়া (বেদ) কয়াবু খঙ হৈহনস্নু, মিংখৈগী অরুবা মতিক ময়াই (পরমার্থ তত্ত্ববূ) খঙদ্রবদি, লাইগী মিংখৈ কয়া শক শোন্দূনস্নু উচেক ৱায়ানা পংখোং খোংবগুম, কান্নদবা অরেম্ববু ওই, অস্নুমনা হায়রী।

**"তাইবং কুমমৈদ পংথঙৈ, তরা মথেনস্ন খোইদা-দা,**
**লাইজ ঈশিংস্নু চিন্দমদা, শম্মু হকচোক লাং**
**খোইয়ুম লাইবু নিংবদি উনবী লন্থোই ফংঙম্লোই।**

অউপলাংগী মশক ওইবা, তাইবংপালগী ঈরাংদা লুপ্লী মীওইবনা, মশাগী মিংচং (মতিক ময়াই), অর'ন খুভম ফংনীংবনা মরম ওইহনা, মিংখৈ মিংলেনগী অথুপ্পা খঙদনা পুয়া (পুরান)বু হন্ন হন্না পাহনা, লাই কয়াগা মফমদা অকনবা ঈরাং লাইশোন তৌইঁ। চাকহেন ঙাহেন্দূনা (চাদ থক্তুনা) মশাবু য়াম্না ৱানা (কংশিন্না), লম্বী অহৃতনা ৱাখনগী পন্থ্ংফম য়োগনি হায়না খল্লি। অহুম ওইবা লাইনীং, চাবা থকপা তোক্তুনা হকচাংবু হেন্ন ৱাহনবা নত্তনা, উনবী ৱাখন্না তাপ্লীবা লল অথোইবা অহুবুদি ফংগদবা খক লৈতে।

———

# নোঙ্গা লম্বী

## ( অহুমশুবা মতাঙ )



"পায়মা মরিল হুবনা য়ারো-উন্না নমথাং ওই,
লুবাই শমপুন পরৈ-নাই, নমশা পাকলৈ পাক্ল-নম,
পাথৌ মিংলেন্না হেমোইবা খোইয়ুম লাইনিং শাহুনা
পোইনা হান্না মউৎলে, মতৌ মহুম্নসু মদোমদে।
পায়মা লৌশিং য়াওদ্রবদা মিংথৈ মিংলেনবু তাকলুবদি
চেংলৌ মমিৎ তাংবদা শকয়েং মিংশেন পিবগুম্বনে।

পোকঙমদনা পোকপা পুন্সিনি, হিংলম্লগা মিকুপ খরদং, মাংখিবগুম ঈমায়থক্কী কোঙ্গোন্না, তেনখ্রবা মীওইপোককী পুন্সিনা নাথৈহুনা মতোমতগী মশাবু লাপথোকই অচুম্বদগী। লৌথুপ লৌকোই লৈনা (পায়মা মরিল হুনা) হিংবা পামজবা মীওইবনা, লরাই শম্বুল লৈনা (জটা পুহুনা)। য়ারো শক্তি শঙাইগী মউন্না ফিজেৎ লৈতেং ওইরগা, পায়মা পুকচেন চাওবা, খোইয়ুম লাইনিংবশিংগী ফিজেৎ শেৎচিল্লগা, উনবী মৈরা ঙান্নাইবা পাথৌ মিংলেন্না হেমোইবা (জ্ঞানি মহাত্মা) শাহুনা তাইবংপান্দা তাং তৌহুনা, কোয়না চত্তুনা লৈ। মী মহাক অহুনা, শুক্ল মম্বা অহিংদা মৈনা ঙাম্থোকহনগনি হায়বদি খঙই, অমম্বা তাইবংপালগী অঙকপা কোক্লবা মৈ অহুদি,

পোইরৈ কৈদগী লৌরুগনি হায়বদি খঙদে। অহুগুম্বা মঙালগী হৌরকফম ওইবা খাম্বী মৈত্রেং অরাবা য়োইময়াই মহুৎ শিন্নেয়ে হায়রিবদি অমকপা লৈত্রবা মিংখৈ মিংলেন অহুতবুনি।

পায়মা লৌশিং লৈতবা তাইবং মীওইদা, অথুপ্পা মিংখৈ মিংলেনবু তাকপদি, চেংলৌ মিৎতাংবদা শকয়েং মিংশেন পিবা, মনা পংবদা ফজবা শৈরেং কয়া তম্বীরুবগী করি কান্নগনি। চহি লিশিং অমা পূন্সিহুনস্নু 'উনবী (রাখন)গী মঙান য়াওদ্রবা (বুদ্ধি লৈত্রবদা), অরুবা মিংখৈগী রাহন্থোক (আর্থ) অহুবু মন্নুং ফাওনা খঙবা উবা ঙমদে। পায়মা লৌশিং চাওবদা (অশিংবশিংদা) মিংখৈগী অকুপ্পা (তত্ত্ব জ্ঞাণ) পীগনি, খন্থবা ঙম্মোইদৌবদদি কৈদৌনগনি? পূয়া কয়া, লাইগী লিক্লম তাকপা লাইরিক হায়বা অসিদি পনখৈফম লৈখিদ্রবা, ঈপাক ঈচাওগী মশক্নী।

---

# নোঙ্গা লম্নী
## ( মরম্ভিবা মতাও )

*

**"মী মরু, মী মহেন কৌবদি মিংলেন শিদববু ফংনঙৈ, লাইজ ঈপান লাংঙৈনে, ঈমুগী ময়োন শৎকুম্বনে।**

মিংখৈ মিংলেনবু খঙজবা, লাইনীং খুদা নীপালবু খঙনা শিন্থাজবা (থবক ওইনা পাংথোকচরবা) মী মহাক অহুবু নমু

মীরক্কগী অথোইবা, অথৌ লিচা হেপ্পা পাথৌ মীংলেন্না হেমোইবা (মহাপুরুষ) ,,মী মরু, মী মহেন" অস্মুন্না কৌরিবনি। অকীবা লৈতবা, পুক্লিং হকচাং মান্ননা শেংলবা, অচুম্বা নুংশিবা য়ারা খোনফম ওইবা, কনাগুম্বগা য়েক্নবা ওইদ্রবা, অচুম্বগী-দমক কংথোকপা ঙম্বা, মতিক ময়াই (গুণ) কয়া চেনবগা লোইননা, থৌনা লৈবগীদমক 'অথৌ লিচা হেপ্পা" হায়'রবা মিংথোন অসিবু কৌনরীবনি। হেপ্পা=হায়রীবদি ওইথোক্লকপা মতিক ময়াই (গুণ) অহুবু উথোক্লকই হায়না ফোংদোকইবনি।

ঐ লমচৎ ফজরে হায়না মীনা থাগৎপদা চাওথোক্কবা. নাপল তৌদবা, তিন্নবা য়াবা য়াদবা লৈতবা, খুদিংমক্কা মরুপ মপাং ওইবগী রাখন চেনবা মীওই অহুবু "পাথৌ=মরুপ, মিংলেন্না হেমোইবা (লৈতেং ওইবা, কেথোকপা), হৈনবা লমচং অহুবু উথোক্লকই হায়রীবনি। অমকপা লৈত্রবা লমচংনা মরল ওইবা, লাইগী মিংখৈ অকুববু খঙলবা মীওই অহুদি অহল ওইরবস্মু, নহাবু ওইরবস্মু "চীংঙ মাযচৌ" হায়না মীয়ামনা ইকাই খুম্নরীবনি।

পুয়া, লাইনিং লাইশোন, মিংথৈরোন কযা লৈপ্রিবা অসিদি খঙবদা লুনা থোক্লবা, ঈপাক ঈচাওগী মশকনী। কনাগুম্বনা চাংজৌ নাইদ্রবা 'পাক্র ঈপাক ওইবা', পুযা লাইবোন কয়াগী লাইরিক (বেদ শাস্ত্র)গী রাহস্থোক (আর্য)দা নৈনরী অমদি শুমহৎলি! অস্মুন্না শুমহৎলিবা অহুনা, পুযা (শাস্ত্র) ময়াম পারুবগী ঈথক ঈপোমদা তাওহুনা লৈ লাইগী অথুম্বা,

অথোইবা মিংথৈ অহুবুদি (পরমাত্মা তত্ত্ব অহুবুদি) মায় ওম্থোক্লুনা লৈখিবা মরম্না খঙবদা অৱাবা ওই। মশাগী নাপন্দা লৈখিহুনা, খঙবদা লুরবা ঈপাক ঈচাওগী মশক ওইখ্রিবা পুয়া, লাইনীং লাইশোনগী মরমদা মহৈ মহৈ মরৈ য়েংনহুনা (তর্ক তৌহুনা) লৈ।

পুয়াদি মখল মখা য়াম্মী, মীওইবগী পুন্সিদি ঈমায়থক্কী কোঙ্গোন্না চীকমাংনখিবগুম, খজিক্কী ওইবা পুন্সি চেংজেন্নদি লোইশিল্লকই। তাইবংপানগী অঙকপা অমম্বু কোক্লবা পূয়ানা পীরিবা অথুপ্পা লাইনীং ৱাখন (শাস্ত্র জ্ঞান্দি) থীরুদবশিংনা, শুক্ল মম্বা অহিংদা খাম্বী মৈরা মৈরা হাযনা কোইলাউ লাউহুনা লৈ, করম্না অমম্বু কোক্কনি? পুয়াগী ৱাংউলোন (দর্শন শাস্ত্র) খঙবনস্নু অরান খুভম 'মুক্তি' ফংবা ঙম্মোই। মিংথৈ কয়া শক শোনবনস্নু অরান খুভম ফংগদবা নত্তে, লাইফম খুদিং কোয়না চত্তুনা হৈকৎ লৈকং কয়া তৌবা (পোং কংপ নস্নু অরান খুভম ফংবা ওইবা য়াদে। লাই নীংবা হায়বসি ৱাখন নিপালখক চংই, পোইরৈ ঈনাংনা অরুবা ৱাফম অসিবু লাইনীং খুদা নিপাল, অস্নুম্না খঙনরী। নোলুকপা, থাজবা, ইংথবা, শুকচেন তিংবা, নুংশি হৈবা, ৱাখন ৱাংবা খঙবা অমস্নুং পেম্থোক হৈবা, হায়রিবা ৱাখন নিপাল অসিনা য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাকপু লাইনীংবশিংনা লাইনীং পরৈতনা চেংনা পুন্দুনা থমজবা, কৌই হায়রী।

লৈয়েংতনা লাইগী মিংখৈ শোনবনসু লাইনীংবদি কৌবা য়াই, ৱাখন য়াওদ্রবদি ওইবা য়াদে। পুক্লিংবু খুত্থম চন্দুনা লাইনীং খুদা নিপান্না মরম ওইহুনা হোংনগনি (অভ্যাস তৌগনি), ঈপাক ঈচাওগী মশক ওইবা পূয়া (লাইরিক, ময়াম অহুগী মনুংদগী, ঈশিং ঈমায় হাইদোক্লগা অরুবা ঈশিং অহুদং শোক্কৎপগুম, মচী ওইবা মিংখৈ মিংলেন অহুদং লৌগনি। অসুম ওইবা ৱাফম "মিংলেন শিদববু ফংনবৈ লাইজ ঈপান লাংৈবনে, ঈমুগী ময়োন শংকুস্নে" অসুম্না ফোংদোক্লি।

লাইনীং খুদা নিপান (যোগগী কৈরাক নিপান) অসিনা মরম ওইহুনা, অথুপ্পা মিংলেন মিংখৈ অহুবু ফংলবদা লোইবা চীংমায় থক্তা চোইজাইননা তারিবা নুঙ্গায় মরক্তগী তঙ্কা য়াইবু ফংলবদা নুংজেং নুঙ্গায়না অমুক কান্নবা লৈত্রে। অহুগুমহুনা, অর'ন খুভম তাল্লিবা মীওইবনা মিংখৈগী অথুপ্পা (তত্ত্ব) অহুবু ফংলবদি (খঙলবদি), পুয়া (লাইরিক) কয়াগী ৱারী অহুনা মরু ওইবা নত্রে। অখঙ অহৈ মায়চৌ (পণ্ডিত) শিংতনা অতিয়াগুম্না পাক শন্না লৈখ্রিবা পুয়া (লাইরিক) কয়াবু নৈনফম থোকই।

কল্লকপা. মিহৌবা, অশাওবা, লৌনস্বা, নাপল অমদি অপাম নুংশি. হায়রিবা ময়াই তরুক অসিবু থাদোক্কুনা তাইবং কুমহৈবু তুংওইনখ্রে (অনৌবা মপোক অমা ওনপ্রে) হায়বগী লম্বোইবা, অসুম্না হায়রী। তাইবং থৌৱাই পাল্লিবা খুদিংমক, নোংমদি শুকশোয় শোয়দনা পুন্সিনা লোইরবদা

লম্নোইবা হায়রীবসিমক ওইঁগদবনি। অফা অপুন ওইরিবা ভাইবং হকচাং অসিবু থাদোক্লুনা থৌরাই কৌবা লাইঁনা চংখিববু 'পোইনা হান্না চংখিবা" তাইবংপাল অসিগা মরী মখোং থমদ্রবা শিবা হায়রীবসিমক অশেংবা লম্নোইবনি। কল্লিদৈ হীংলিদৈগী মতমদা লল পান্নগী অপান্না অপাম নুংশিগী অপান্না পুম্নমক অসিবু থাদোক্লুনা, য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা)দা পুম্নমক কথোকখীবা অসিবু লম্নোইবা। কর্ম্ম সন্ন্যাস, অস্তুম্না কৌরীবনি। মপান্থোংদা ভাইহাক্কী ওইবা ফিজেং লৈতেংনা মরু ওইবা নত্তে, থৌরাইঁ হকচাংগী অথুপ্পা লাইনীং (আত্মা তত্ত্ব), খঙবশিংনা কথোকপা, থাদোকপা (বৈরাগ্যগী) অচেংপা রাখন্না, অথৌবা খুংগু থাংলেন ওইহনা. কলক মিহৌবা, অপাম নুংশি হায়রীবা ময়াই তরুক অহুগী মরীবু ককথংকদবনি। অস্তুম্না পুক্লিং হকচাং মান্ননা শেংলবা মীওইবনা, অচুম্বা লম্বী নিপান (লাইনীং খুদা)বু তরং তরংনা উরক্কনি, অমম্বা তাইবংপালগী অঙকপা কোক্লুনা, উনবীতনা ভানগনি, রাখল্তনা পন্থুংফম য়োগনি।

———

## " নোঙ্গা লম্বী "

### ( মঙাশুবা মতাং )

**"তেৎনৌ পুন্নুং অচেৎপা রাখন শোজৈ হাংদুনা সনাগী ঈয়েক্ক ঈরিবা পুয়াগী লাতম হাঙুলগা,**

## লিক্লম ৰাদি অহকপা, ৰাখনগী মিৎয়েংন য়েং পাক্ল চাওনা খঙগনি, ঈগী ঈরু খিরগা হৌক্কম লোমক্কম ফঙগনি

তাইবংপাল অসিদা অমাং অতা লৈতবা, অচুম্বা হায়বা পোৎশক্লা করিনো? লৈহৌগদবা লেংদবা পোৎশক্লা, করিনো, লৈরোইদোবা (মাংখীগদবা) পোৎশক্লা করিনো? অসি খিবিকপু উনবীতনা ভানগনি ৰাখন্তনা খঙগনি। ফোংদোক্লবা অথুপ্পা লাইনীং লম্বীগী ৰাহন্থোক (আর্য) পুম্নমক্কী চিংথোকরকফম লংলা লাংজীন্দি সনাগী ঈয়েক্লা ঈরিবা মিংখৈ মিংলেনশিংনি। মিংখৈশিং অসিনা, তেংবালবগী মপু, ঈবুংঙো মহাক্কী অশেংবা শক্লম, য়াইবী (থৌৰাই)গা ঈবুংঙো মহাক্কা লৈনরীবা মরী (সম্বন্ধ)গী মরমদা, অথুপ্পা ৰাহন্থোক (আর্য)শিং অত্থ কোংদোক্লনা খঙহল্লি। অস্মুন্না ওইরীবা মিংখৈশিং অসিবু খঙবদি ইরাই লাইবা থবক ওইদে হায়বগী 'তেৎনৌ পূন্নুং অচেংপা ৰাখনগী শোজৈনা হাংঙো" হায়রীবনি। তাইবং মীওইবগী মশা মশাদা চেল্লিবা ঈচেন অসিদি অনৌবা 'ঈ" নত্তে তাইবং হকচাং-কোনবু চেংন চান্না কোনবীরিবা, মরিক অম খক্লংনা তাইবং মওং লেপলিবা, শুপ্নগী কুপ্লবা মরিক অমতংনা য়াইবা থৌৰাই ওইদুনা, তাইবং হকচাংন্নুংদা "ঐ" কৌনা ভাম্থোইবীরি। লাইগী লাই ওইবা, তাইবং হকচাংগী হৌরকফম মরু (শারু) ওইরীবা মপু মহাকপু, মহাক্কী মিংখৈ মিংলেন্না 'মহাক' কৌবা মপু মহাকপু তাকই হায়বগী 'অৰাং শরু লুতোংলৈ,

নুংবান পুন্সি ঈরাললৈ" অস্তুম্নবু শৈথারীবনি। ঙমথে নাইখীদ্রবা অরাংবগী মশক ওইবা, য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কী মশাদগী খাইবীরকপা লাইজ ঈগী ঈচেন্না, শরুগা তোংগদা শাংলকপা লৈনি হায়বগী 'নুংবান পুন্সি ঈরাল লৈ" অস্তুম্না তাইবং পুন্সিবু তাক্লীবনি।

"হুঙ" খোইয়ুম লাইনিংথৌ অতিংকোক মরু শিদবা, য়াইবী য়েলহৌডৈ অমম লৈশান্নরকপা। হায়রীবদি অমকপা লৈত্রবা, অশেংবা শক্তম (ঈয়েক) অহুমনা ওইবা "হুঙ" হায়বা মিংলেন শিদবগী মশক ওইবা মিংথৈ অসিনা, অঙকপা তাইবং-পালবা অসিগী অঙকপা মপু অমথক লৈ হায়বসি তাক্লীবনি। হ, উ, ন, অহুম অসিনা হুন—"হুঙ" থোকখীবনি য়াইবীরেল শিদবা (তাইবং মপু)গী মশক ওইবা "হুঙ" হায়বা ঈর ঈনিলখোন অসিবু নিংশীংগনি। ঈবুংঙো মহাক্কী শিন্থা য়াওদনা। নুমিং থানা মাগী ওইবা শিন্থাদগী, শম্না মফৈ অমফাওবা হেন্দোকপা ঙমদে, মতিক ময়াই (শুপ) পুম্নমক্কী থোক্লকফম অহু মথক্তনি। মহাক্কী শিন্থা (থৌশিন)গী রাংমদা খুবৈ অমত্তস্নু, অচৎ চত্তা তাইবং থৌরাই পানবা পুম্নমক্না হেন্দোকপা ঙম্বগী মতিক লৈতে। অস্তুম্না শিন্থা পীরিবা ঈবুংঙো মহাক্কি তেংবালবা পুম্নমক্কী নিংথৌরেম্নি হায়বগী "হুঙ" খোইয়ুম লাইনিংথৌ অস্তুমনা হায়রী। তাইবং-পালগী অহৌবস্নু অলোম্বস্নু পুম্নমক্না শুপ্লবা, 'হুঙ' হায়রীবা মিংথৈ মিংলেন অসিগী অথুপ্পা লাইনীং খঙদ্রবদি, লাইনীং

লাইশোনগী মতাংদা খুংলোম শালোম্নগুম থোকই, অম্মুমনা লাইনীং অহলশিংনা অকনবা মিৎয়েং অমা পীরি।

মী, শা, ঙা, খোংলি লাউরিবা পুম্নমক অসি মা মাগী থম্মোয় অমমম শেম্মীহনা, ঈবুংঙো মহাক্কী নোংলোন লেন-ফুদগী চিথরকপা মরিক অমমমনা, থৌরাই ওইবিহনা মাগী মাগী থম্মোয়দা তুংহনা লৈ। থৌরাইনা থম্মোয়দা লৈবদি পলেম পম্হৌ শক্লা লৈ, পলেম হায়না শোঞ্জবস্থু ঈবুংঙো মহাকপুনি, পম্হৌ হায়না শোঞ্জবস্থু ঈবুংঙো মহাকপুনি। থৌরাইনা থম্মোয়দা লৈবদি মালংবা ন্নুংশিংকী মশক ওইনা লৈ, য়াইবীনা লাইজ ঈগী মশক ওইনা লৈ। অনিমক্কী মিংখৈবু "ঈমা ঈপা" (পলেম পম্হৌ) কৌনা, থৌরাইগা য়াইবীগা অনিনা থম্মোয়দা লৈ।

মিংখৈ মিংলেন অসিবু 'হা হা" (পলেম ঈমা। 'হুঙ হুঙ" (পম্হৌ ঈপা) কৌই। 'তেংবালবদা লৈরিবা অচংপা চত্তবা হায়রীবা, য়াইবী থৌরাই পানবা পুম্নমক অসি ঈবুংঙো মহাকমক্লি। অসিগুম্বা মশিং থিঙমদবা মরোং ময়াম অসিবু, মরোং লৈতবা তেংবালবা (নিরাকার ব্রহ্ম) কৌই। অহগা মপু মাগী অরেপ্পা শক্তমদি ঈনা শাইয়োনবা ঈহাক ঈহাকনি। ঈহাকপু শক্তম নাইবা তাইবংপানবা (শ্বকার ব্রহ্ম) কৌই। ঈহাক্কী তাইবং হকচাংন্নুংদা মপু মহাক্লা "ঐ" কৌনা লৈ, ঈখোয়না "ঐ' হায়রীবা অসি মপু মহাকপুনি। অহুম ওইবা মপু মহাক্লা ঈহাক্কী থম্মোয়বু ময়ুম ওইহনা লৈব্রিবা "ঐ" কৌবা মপুবু নিংও, পংহনা হায়দোকনো হায়রী।

ঈশাক্না "ঐ"বু নিংজগদবনি, "ঐ" হায়বা অসি মপু মহাকমক্তি। হকচাং পোৎলাংনা উপতুনা "ঐ"বু থমখিবা মরমনা নুংশিথোকইবা ঈবুংঙো মহাকপু তাইবংগী মিং অসিনা উজবা ঙমদে। মিংনা উবা ফংদে হায়হনা তরং ওইনা লৌবদি অপংবা ওই। "ঐ" কৌবা মপুগী মমিবু ঈশাক্তে, ঈশাকপু মপুগী শক্তম অরেপ্পনে। মরম অদুনা "ঐ"বু নীংবা তাইবংনা মপু নাকপু ফংজখি হায়না কংলৈতা অশৈবা (কবি) শিংনা শৈথারীবনি।

## হঞ্জিনবা



**লোইবী চাংলোন কয়ানা শরু শয়াং লেপলিবী,**
**কোক্র চাংনা লেনফুনি, কংলা পাফন্ন খোইদোনি,**
**তক্কা কোন্নি লোক্তাক্লা, ইস্কাল, নম্বুল, ঈরিল,**
**লাইজ তোরৈ অহুম্না থাখোং, লাইখোং, মালংখোং,**
**শিংলি পাক্কন্নিবু ওইরিবী কয়াৎ শুবী পলেম্নী,**
**অচৎ চত্ত পোকপীনি, শাগৈ তরেৎ হৌফম্নী,**
**ঈমা নংবু থুরুমজে।**

কংলৈপাক কৌবী পোইঁরৈ লমদম অসিনা কায়াৎ লাংপুম (ব্রহ্ম) অমা লেপ্লগা, শাগৈ তরেৎ অসিনা পোক্লকইবনি। পোইরৈচাশিংনা শিরগা পলেমগী কায়াৎ লাংপুমগী মতুংইন্না,

অশিবগী কোক অৱাং ওল্লিবনী। শিখীবা মীওইবনা মহাকমক ওইনা (শক্তম ইকায় কায়দনা) হল্লকপা য়াদবনা, পলেম ওইবীগী মহৌশাদা মিতমহ্নুনা, মি (খোৱাই)না চেংলো শক ওন্ননা লাংঙোল্লকই। মরম অহ্নুনা, শিখিবা মী অহ্নুনা হল্লক্কদবা লম্বীদি পলেম ওইবীগী মহৌশাদা লাংঙোল্লকই। হৈরাং লৈরাংশিংনা মপান শারগা খরগী তুংদা লৈমল চন্দুনা কেনখী। অদুগা লৈমল চন্দুনা কেনখ্রবা লৈখোক অহুদা মহৈ য়াল্লকই, অদুগুমহ্নুনা, পলেম (ঈমা ওইবী)শিংগী মহৌশাস্থু কোবৌ নুমিৎ মঙানিগী তুংদা নৌৱা নৌচন ওইরকই। নমু তাইবংস্থু শীংঙেল লৈগুম শাংলকইবনি, মরম অহ্নুনা, পুন্নমক্না মালেম লৈশাদা অমুক তিনবা, মঙোন্দগী পুন্নমক্না অমুক ওইরকই।

**"থমনুং শবা তাম্ অমল থরৈবু কুমখিবা**
**শজিক মতুং ইন থাবা মমৈবু ৱাইখিবা,**
**হৌখিবা পুন্সিগী মাংলমচৎ, ৱাখল নিংথৌ ওইদুনা,**
**লৈঙোই কোন্নুং শারম্বা, পোলোই ঈনোৎ লাকপদা**
**লৈঙোই কোন্নুং কায়খিবা, নিংঙমদেবা কল্লকই।**

হৈনা মপাল থারকপা, হানা মউ লিংলকপা, হীংলিচৈগী মতমদা কায়াৎনুংদা লৈরম্বা, শজিক থাবা কৌবা মিহুন্না মমিনা মশাদা তিনখিবগুম, কোরৌ থক্কী শজিক থাবাদা তিনখি। তৌঙমদবা লৈতবা অথৌবা ৱাখন্না নিংথৌগুম্না নাপল তৌনা পাল্লম্বা, ফজথোইবা মীওইবগী শক-চু, লুপা

সনাগী লললৈ কয়া, অশিবা মহাক্কীদি তুরেল খোঙবান্দা, অপীকপা অঙাংনা লৈঙোই কোনুং শাহুনা শান্নরম্মা লাইজ্ঞ ঈনোং লাকপদা খঙহৌদনা নিংখায়খিবগুম, মতমনা হৌগ্রবদা মীওইবগী শম্মু হকচাং, পুন্সিগী শংলেনস্থ কিম্থরে (নিংখায়রে)।

লোইবী চীংজাও ফুক্কে মতাগুম থৌরাংলম্বদি ঙসি হয়েং ঙাইহুনা তোকহৌরে, নিংঙমদেদা কল্লকইদা কল্লকই। মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী মতম নংনা চংগ্রবদা পুম্নমক অরেম্ববু ওইহৌরে। হাংল-মালংনা পল ওইবা খঙনীংদবশিংগী মফমদা শৱা হংজৈ লোন্না লংনথোংবু থিংলিবা। মচু তরেংনা লৈতেংবা চুমথাংগীদি মকোয় মহুম-নুং, অচং চত্তা থৌৱাইগী তিঞ্জফম, তেংবালববু শেমঙৈদা নুপা থোক্লা থৌগাইবা। পাথৌ মিংলেন্না হেমওইবা অংথৌ লিচা ঙেপ্পা (পরম পুরুষ) ঈবুংঙো মহাকপু অমত্তা ওইবা লাইনীংনা (একান্তিক ভক্তিতনা) মরম ওইহুনা, শিরমদাইগী মিংকুপ্তা হৈ-হা, হায়বা ফিংথৈগী লাইনিং খঙনা, মনুং হজ্জিন্না শোঞ্জহুনা, অরোইবা ওইনা তাইবংপাল থাদোক-খিবা অহুবু লেপ্পমক হজ্জিনগদবা ওই, মমিনা মশাদা তিনখীবগুম।

পুক্লিং তপথরবা মীওইবনা, থাজবা অমস্নুং খঙবগা লোইননা, অংশেংবা অমকপা লৈত্রবা ময়েক অহুমনা ওইবা, "হ—উ—ন" দগী হুঙ হায়রিবা, য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কী ময়েক অসিবু হন্ন-হন্না নিংশিংগনি। 'নিংশা (শ্বর) হোন্দোক হোজ্জিন তৌববু মিংথৈ শোনবনি হায়বসি চেকশিন্না

খঙগনি। পায়মা পুক্লিংনা হীবী কোন্দুনা, হৈ-হা, মিংলেন মিংখৈ অনিবু নিংশীংহ্নুনা, উনবী মঙান ওইবা থোৱাইনা নিংশা (শ্বর) দা কাইদোং ওইহ্নুনা, তাইবংপাল অসিগী ৱাংমদা অলোম্বা ওইনা লৈখ্রবা, যাইবীবেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কী মকাইফম্বু য়োঁগনি।

"ঐ" হাযরিবা তাইবং হকচাংনুংদা লৈবিরিবা "মি" (থোৱাই) অসিমক, য়াইবীবেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কী শম্মু হক্কগী ওইরকপনি। য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কা, য়াইবী থোৱাই মঙা অসিগা মশা অমত্তনি (চপ মান্নৈ, খেনবা লৈত্রবনি)। ঈবুংঙো মহাক্না খাম্বী মৈত্রেং অৱাবনি (মৈবুম্নি) মি (থোৱাইনা) অপীকপা মৈরিক্কি, মৈবুনগা মৈবিক্কা চপ-মান্নৈ, খেন্নবা লৈত্রবনি অস্সুমনা খনগনি। চোইনৌ সনা মহীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কি পান্দা লৈরগা তেংবালবগী মপু (য়াইবীরেল শিদবা) কৌই। তাইবং হকচাংনুংদা লৈরগা তাইবংপালবগী মপু থোৱাই শিংদবা কৌই। অস্সুম ওইবা, থোৱাই হকচাংগী লাইনিং (আত্মা তত্ত্ব) খঙবা মীওইবনা, তাইবংগী অরোয়বা ৱাংলেন মিংকুপ্তা মাগী মাগী ওইবা, হৌরকঙৈগী মরুদা (হৌক্কম লোমফমদা) হজিনখিগনি। মালৈম (পৃথিবী)না লাইজ (ঈশিং) দা, লাইজ (ঈশিং)না খাম্বী মৈশাদা, খাম্বী মৈনা মালং (নুংশিং)তা, চেঙঙা য়ুহা হায়না কোলোইবা, খঙ্গোনবদি মুংশিংনা, তিনখিগনি অতিয়া মকোয়দা। অতিয়া (অতিংআ)না পুম্নমক্কী হৌফম লোমফম ওইরিবা, য়াইবীরেল শিদবা (ব্রহ্ম)দা

তিনখিগনি। ঈবুংঙো মহাক্কী মিংখৈবু "হুঙ—হৈ—হা—হে—হিঙ. অস্মুমনা কৌই। মিংখৈ মঙা অসিনা তেংবালবা অমস্মুং তাইবংপালবা অসিবু ওইরকই হায়রবগী মৈ-ঈশিং—নুংশিং লৈপাক নোংথৌ. কৌবা খুনুংলোন অসিবু ঈনুং লোন্না 'হৈ হা—হুঙ—হিং-হে, কৌই। অস্মুম ওইবা, য়াইবীরেল মিংখৈ অসিদি তাইবং লান্ন মিংখৈলেন অথোইবনে তাঙনা খঙবী ও, হায়রী।

———

# শক্তম (মুক্তি) নিংবা

## ( অহানবা মতাঙ )



তরং নোংদোন অহাংবদা মশক মওং নাইদবা হুম্লেন হাম্লেন কৌবা মনিন্না, ঊবা ঙমদনা লৈবগুম, য়াইবীরেল, শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কী মতিক ময়াইনা ফোংদোক্কবা (অথুপ্পা), মশক মওং লৈতবা (নিরাকার) ওইনা থুপ্ন লৈ। মক্ষম খুদিংদা শিনথুংনা লৈবা, মহাক্কী মতিক ময়াইলেন অথোইবা অহুবু "হুম্লেন"। অমনা অহাংবনা তরংলেন ওইবা নোংদোক্কা. লাইগী মতিক ময়াই পুম্নমক চংশিন্দুনা লৈবা "অতিংকোক" (কারন শরীর) কৌবা অমা, পুম্নমক্তা মানা পুমচং-চংশিন্দুনা লৈবা 'তিংকাকোক" (সুক্ষম শরীর) কৌবা, পুম্নমক অসিনা

উখোক্লুনা উরিবা "অতিনয়া" (স্থুল শরীর) কৌবা অমা। অস্সুমনা য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা) ওইবা ঈবুংঙো মহাক্না, "তিং" ওইহুনা অহৌবস্মু অলোম্বস্মু ওই হায়বগী খুনুংলোন্না "অতিংআ" হায়নস্সু কৌই। তরং মালং অহাংবা অসিবুস্সু. ঈবুংঙো মহাক্কী অহানবা শাইয়োন্নি হায়বগী "অহাংবা" হাম্লেন অস্সুমনা শৈথারী। মহাক্না চেংলৌ শক্লাইদবা (নিরাকার; ওইনা নৈরম্বদগী, খমকোন মালংনুংদা, চেংঙা য়ুহা হায়না কোলোইবা, মনিনগী মশক ওইবা মতিক ময়াইনা, তাইবং-পালগীদমক মশক মওং লেপ্তুনা চোংথোক্লকই। চেংলৌ শক্লম অহুবু "পোইতিংঙ নোংথাং তরংলেন তাইবং লাইজ ঈপোকপা" অস্সুমনা শৈথারী। মশক নাইরমদবা মনিন্না লাইজ ঈশিং ওইনা, মশক লেপ্তুনা চোংথোকলকই। লাইজ ঈশিং অহুবু, মীওইবনা পামজবা পুক্লিংগী হাপফম (পাত্র) অহুগী মওং লৌহুনা লাইজ ঈশিংনা নৈখিবগুম, অচৎ-চত্তা তাইবংপালগী শক্লম ময়াম অসি ঈবুংঙো মহাক্কী শক্লমগা চপ মান্নে, ঈবুংঙো মহাকমক্লি।

লাইনীংবা (ভক্ত) কয়াবু পেলহন্নবগীদমক্তা শক্লাইদবা ঈবুংঙো মহাক্না, মানা মানা নিংজরিবা মীওইবগী পামজবা শক্লমশিং অহু লৌহুনা উৎথোকপীরকই। পোইরৈ লমদম অসিগী লাইনিংদি য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাকপু পলেম পম্হৌ (ঈমা ঈপা) ওইনা নিংজবা মরম্না, তাইবং পুন্সিগী অরোইবা মিংকুপ্তা ঈমাগী শক্লম ওইনা উখোকপীরকপনি।

থৌরাইগা হকচাংগা কায়নরমদাইগী মতমদা চেংলৌ শাফোং-বিরক্লীবা পলেম মহাকপু, তাইবংবু পোকপী ঈমা মহাক্কি নত্তে হায়বগী—"নুগী নুরম তাবী, পাগী পারম শকপী, পলেম পীথাং শিনবী, ঈমানা নমু তাইবংগীদমক খোঙদোইবীরকপনে, অস্মুমনা হায়রী।

---

# শক্তম (মূর্তি) নিংবা

## ( অনিশুবা মতাও )

*

হয়াহে থোইয়ুম তরেংবী, মালংথোং মরু পায়রিবী,
থমনুং পনথৈদা মি-থেম্বী, লাংবন উচি থোইশুম্বী,
থৌজান মলকু লত্তবী, লোইবী চীংঙা লাংথাকপী,
পীশুম য়াংরো শাথৌবী, চোইনৌ শবা পোরোনবী;
মুংঙোন মায়থোং মি-থেম্বী, তাইবং থৌবাই লিক্লেংবী,
তম্ফা নপাল উনাইদবী, পামেন নরা লিচত্তবী,
শিদ মপাল থারিবী, নাদ মউ লিংলিবী,
হে ঈমা—ও পলেম নংবু খুরুমজৈ কুবিয়ো।

হে ঈমা-ও! নথৌ শিঙ্খা চিল্লিবী, থৌরাই পুম্নমক্কী চুপ্লী পায়রিবী, মালং নুংশিত্তা কাইদোংবী। ফলাং মৈদা কমদেংবী, তাইবংপালবু শেমঙৈদা "হৈ" হায়না থৌগাইবী

নশা অমত্তনা অনিথোক 'পী=পা" (নুপী নুপা) 'হা" ঈমা হায়না শাফোংবী। লৈরোল নোংলোন শেমঙৈদা পন্থৌ থৌদাং লৌখিবী, চ্যফোক নৌযোক্কী মতাংদা পলেম পীথাং শিনখিবী। তাইবংনা শিরমদাইদা ঈমা নংগী ফিজি ফিনা য়াঞ্জক্ষমবু ওইরিবী। থৌরাইগা হকচাংগা কাযনরমদাইগী মিংকুপ্তা পিশুম অনিগী মযাইদা ফম, থৌরাই খিবিকপু ফাথরিবী। রাইব শাফা মতমদা, শাদানবনা শা-থৌবগুম, নমু তাইবংগী পিশুম অনিগী ফলাংতোন্দা ফম, মিহুন পূন্নমকপু শা-থৌবগুম থৌদোক্লিবী। পঙবা নচাশিংবু নৌকোনবদা অহিং তুমখুন তানবা ফংজন্দ্রবী, তাইবংপাল পুন্সগী অশেংবী অপোকপা পলেমদি ঈমা নংতনি হাযনা পুয়ানা শৈথারিবীনি।

হে ঈমা অপোক অশি নোংদমলিবী, তাইবং থৌরাই পুন্নমক পলেম নংগী তম্পাক্তা পুন্না নৌকোল্লি, নুংঙাইথোইনা পাঞ্জক্ষমবু ওই হায়দুনা লৈশিবেন লৈপুনবী, লৈমরেল শিদবী অসিনচিংবা মিংলেন মিংখৈ ১০৮ না ঈমা নংবু শোঞ্জরিবনি। তাইবংপালগী কুমহৈদা পংথখিবনা পঙবা নচাশিংনা চেংলৌ শক খঙবা ঙমজদবী ঈমা নহাক্নি। নহাক্কী পিক্ল মরিক অমত্তংনা তাইবং মীওইবা ঐখোযগী, ঐগী ঐগী ঈমা হায়দুনা, নুংশিরবা মংলানগী কুমহৈবু ওইহল্লি। পিক্ল নয়াই মরিক অমনা ঐগী ঐগী অপোকপী পলেম ওইদুনা থৌদাং য়াবতনি, অশেংবী অপোকপী ঈমাদি নংতনা পুন্নমকপূ পোকপীনি। য়াইবী থৌরাই খিবিক্কী হৌরকঙৈস্থ নশাদগীনি, পোলোই

পন্থুংফমস্থ ঈমা নহাক্নি, লংন-থোংবু হাংবিয়ু নশাদবু তিঞ্জগে। তাইবং ওইবা নচাশিংনা ঙক্লা চরৈ-ফিয়েংনা, পিন্নাং লাইজ শিন্থনা ঈমা নংবু খুরুমজৈ।

তাইবংপাল পুম্নমকপু পোকল্লিবী ঈমা নহাকপু নচা ওইবা কয়ানা, পলেমগী চেংলৌদি উবা ঙমদে। চেংলৌ শক্রুম অরেপ্পবু উদবনা নিংশিংবগী ৱাংমদা লৈখ্রবী ঈমা নহাক্নি। তাইবংগী মিংনা উবা ঙমদে হায়হ্ননা ঈমা নহাকপু তরং ওইনা লৌবদি অপঙবা ওই, ঈমাবু মীরাইবস্থ কৌই। মচা ওইব শিংনা অপোকপী পলেমবু চেংলৌ শকখঙদবদি য়ারৌ শাদগী হেন্না তোনবা মপোক্নি হায়রী। অস্থম ওইবা ৱাফম্না উহল্লিবদি —

নুংশিথোইবী ঈমাগী চেংলৌ শক্রুমদি মচা ওইবশিংগী থম্মোয়দা ময়েক শেংনা ফাওই, নুংশিজৈ। নমু তাইবংগী মপোক্না চৌংঙ লাইথোঙ খুদিংদা খুরুমজরবস্থ, ঈমাগী খোম্লাং নাম্মগী লমল শিঙবা ঙমদে হায়রিবদি ঐখোয় ঐখোয়বু পোক্লিবী ঈমাগী খোম্লাং-মলবু নত্তেনে হে — মীওইবা। তাইবংপাল ওইরিবী ঈমানা, মচা ওইবা ঐখোয়দা খোম্লাং লমল থৌবস্থ হৌনদে, মচা ঐখোয়গী য়াইফনবা খনবদা মপুন্সিগী লমদাং তেল্লবী, নুংশি থোইবী ঈমানি। মীওইবা ঐখোয়না খোম্লাং নাম্মগী লমল শিংবা ঙমদে হায়রিবদি, লৈমরেল শিদবী (মহৌসা লাইরেম্বী) ঈমাগী খোম্লাংমলবুনি অস্থম্না হায়রী!

কুম তরুক ঈথাবা, ব্লাউ তরুক ঈরিবা, ঈমা মহাক্কী কুমচৎ-থাচৎ য়েন্নিংলোন. লোইমোম ফৌনা শাৎলিবা, শংলো মথেন পিরিবী। ঈমা মহাক্কী খোম্লাং লাইজ থক্তুনা, মীওইবা ঐখোয়না হিংজবদি তাইবং পুন্সিগী অরোইবা ফাওবনি। তেংবালবগী মমা ওইরিবী লৈমরেল শিদবী পলেমগী."পিক্ল মরিক অমত্তংনা লাংঙোন্নকপা ওইরবস্তু, ঐহাক ঐহাকপু পোক্লিবী ঈমাগা, মহৌসা লাইরেম্বী (লৈমরেল শিদবী) ঈমাগা চপ মান্নে। ঐখোয় ঐখোয়গী অপোকপী ঈমাগী চেংলো শক্তমদা; পলেম পীথাং শিনবী, লৈমরেল শিদবী ঈমাগী শক্তম-মক্লি খন্না, ঈমাবু নিংজগদবা ওই। মচা ওইবশিংগী থম্মোয়দা ঐহাক ঐহাকপু পোক্লিবী ঈমাবু লাৎচরবদি (পুজা তৌজরবদি), পুন্সিগী অরোয়বদা খমন্নুং কিকোই লৌওনবী ঈমানা লানঙমদবা তাইবং ঈপাকপু লানবিগনি। হিংলিঙৈ. কল্লিঙৈগী মাংওইননা, লাইনিং খুদাবু খঙনা নিংজরকপনা, পুন্সিগী অরোয়বা মিংকুপ্তা খমন্নুং কিকোই লৌওনবী ঈমানা শাফোংবিরকপনি। ঈমা মহাকপু ফংজরবদি অমম্বা য়াংদৌ লম্বীবু ওইররোই, হে মীওইবা চীংঙ লাইগা ঙমদাইনরিবশিং - ও।

অস্তুম ওইবা, মক্লবা অক্লবা লাইনিংবু "পাখঙবগী লাইনিং" কৌই হায়না, কংলৈ পুয়ানা ফোংদোক্লি। অওইবমক, পলেম পন্থৌ (ঈমা-ঈপা) অনিদি মচা ওইবশিংগী লাইমক্লি খঙবা, উবা নমু মীপোক অথোইবদি পুন্সিবু মহৈ য়ানবস্তু কৌই। অমনা শক্তম মঙং (মুর্ত্তি) নিংবস্তু কৌই।

# শক্তম (মুর্তি) নিংবা

( অহুমশুবা মতাঙ )



"কোরৌ নোংদোন্না ৱাংবরা ? পন্থৌ ঈপানা মৱাংই।
মালেম লৈমনা লুম্বরা ? অপোকপী ঈমানা মরুম্মী।

ৱাফম অসিনা অমুক ফোংদোক্লিবদি— পনথৈ চাংদোন লৈখিদ্রবা, অহাংবনা তরংলেন ওইবা তেংবালবা (ব্রহ্মাণ্ড) অসিগা, "ঈ"না শাইয়োনবা (লাংপুঙ্গা) অপিকপা তাইবং হকচাং অসিগা চপ মান্নে। তাইবং হকচাংগা থাদোক্লবা লৈতনা পক্লনা লৈরিবা "লোইনবা" কৌবা মপুনা ওন্ন-ওন্না শাইয়োন লাংঙোন্দুনা, তেংতালবা অমদি তাইবংপালবা অসি ওইরিবনি। মরম অদুনা, তাইবংপালবা অসি য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা)গী মনুংস্থ ওই। অমনা তেংবালবা লৈকোইলোন (সৌর জগৎ) অসি থৌৱাইমিচাক নোংথৌ শিদবা, চৈয়োন তরেংকী মনুংনি, নুমিৎ, থা, শজিক, থাবা, ওকপুরোই, তাওহুইরেং, মালেম্নচিংবা (গ্রহ) পুম্নমক অসি চৈয়োন তরেংকী মনুংনি। অস্তুম্না ওইগ্রিবা তেংবালবা পুম্নমক অসি, লাইনিংথৌ শালাইলেন অতিয়া শিদরা, ঈবুংঙো মহাক্কী শাইয়োনলাংঙোন মক্তনি। মহাক্কী স্কংলোন লেনফুদগী হুম্বিরকপা, অমাং অতা লৈত্রবা ঈহীলেন (বীজ) তম্ফা কৌবী ঈলিক্লা তাইবংপালবগী অচৎপা চত্তবা, য়াইবী থৌৱাই খুদিংমকপু পোক্লিবনি। অস্তুম ওইবা ৱাফম্বু

'থম্মোয় লাইমিং অরাবা, উনধী লোনগী মিংয়েং (যোগগী মিংয়েং)না কোবৌ নোংদোন্না ৱাংবরা.? পন্থৌ ঈপানা মহেক্লি হায়রিবদি—

"তেংবালবা (জগং) অসিগী অপোকপা অমখক লৈবী, মহাক্কী মতিক ময়াইদি ৱাংলবা নোংদোন্দগীসু মহেল্লি। পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা, চাংদমফম লৈখিদ্রবা ঈবুংঙো মহাক্কী চাওরবা পুকৈ-নুংদগী, পিক্লবা মরিক অমখক্তুং খায়বিরক্লুনী, তাইবং থৌরাই পাল্লিবা ঐখোয় ঐখোয়গী পন্থৌ (ঈপা) হায়দুনা, পিক্ল শাফোংহনবিরী। য়াইবীরেল শিদবা (তাইবং মপু) মহাক্লা হেনমনখিবনা, পিক্লবা উফুন মরিক অমত্তংগা চাংদম তৌরবস্তু, লাইনিং লম্বীদদি ঐখোয় ঐখোয়বু পোক্লিবা পন্থৌ (ঈপা)বুস্তু তাইবংগী মপু ঈবুংঙো মহাক্কা চপ মান্নে, মপা হায়বা অসিদি মচা ওইবশিংগী লাইমক্লি। মচা হাযবা অসিস্তু মপামক্কী মশানি, অসিবু —

**"লাইরমলেনগী পন্থৌসু নহাক্লি, মীরমলেনগী অপোকপসু নহাক্লি, নশা অমত্তনা অনি থোক অমম অঙান খায়বত্তুম, অমুকনা শাফোংবা পন্থৌ, অমুক্লা শাফোংদবা অথুপ্পা, নংতগী নয়াইনা শাইয়োনবা হৌফম লোমফমসু নহাক্লি, নংতবু থুরুমজৈ, কুবিয়ো।**

———

# শক্তম (মুর্তি) নিংবা

## ( মরিস্নুবা মতাঙ )

*

শক্তম মওং (মুর্ত্তি) নিংবগী লাইনিং অসির্দি মখল অনি শুই। লাইশংগী মশক ওইবা তাইবং হকচাং অসিগী মন্নুংদা থৌরাই শিদবা লাই (ঐ) হায়বা ঈবুংঙো মহাকপু হী কোন্দূনা লাংচবা অসিবু থৌরাই হকচাং নিংবা (দেহেলক্ষ্মী) কৌই। অমনা করিগুম্বা মপানগী মওং নাইবা (মুর্ত্তি) অমগী মন্নুংদা তেংবালবগী মপু (য়াইবীরেল শিদবা) ঈবুংঙো মহাকমক্লি খঞ্জহূনা. উবা ঙমজরিবা লাইনিংবশিং অহুবু শক্তম (মুর্ত্তি) নিংবা (প্রতিমা লক্ষ্মী) কৌই। তেংবালবগী মপু চোইনৌ সনামহীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্লা. তাইবং কুমহৈগী দমক পী পা, অনি অনিগী অঙকপা তাইবংপাল কৌবা কুমহৈবু ওইহনবিরী। অস্নুমনা ওইরিবা. মপুগী অঙকপা কুমহৈবু খঙজ উজবা ঙম্লবা, রাখন রাংবা লাইনিং অহলশিংনা, পোক্লাই শিনাইদ্রবা য়াইবীরেল শিদবা (নিরাকার ব্রহ্ম) ঈবুংঙো মহাকপু, মশক মওং নাইবা (শ্বকার ব্রহ্ম) ওইনা পিক্লু মওং লাকশিন্দূনা. মুংনা, উনা, শেন্না শক্তম (মুর্ত্তি) শাহূনা, অহুগা শক্তম অহুমক্কী মন্নুংদা তাইবং মপু (পরমাত্মা) অহুমক্লি হায়না নিংজবা (আত্মা সাধন) তৌজবা, শক্তম লাংপা অসিবু লাইনিংগী ঈহান হানবা থোঙজিন্নি।

মালেম (পৃথিবী) গী লৈমায়দা লৈরিবা লাইনিংবা (ভক্ত) অয়াম্বদি শক্তম লাৎপা, (মুর্ত্তি পুজা তৌব)না মশিং হেল্লি। কনাগুম্বশিংনা লাইগী শক্তম লাৎপা (মুর্ত্তি পুজা) তৌববু য়ানিংদবা কয়াস্মু য়াওদবা নত্তে। করিগুম্বা শক্তম মওং (মুর্ত্তি) য়াওদনা হীরী কোন্দুনা, লাইনিংবা (ধ্যান তৌবা) ঙম্বদি মশক নাইবা লাইনীংবা মীওই খরতনি। তাইবংপান্দা হেক লৈরিবা মীওইবা পুম্নমক করিগুম্বা শক্তম মওং (মুর্ত্তি) অমা য়াওদনা, রাখন্না করিগুম্বা অমত্তস্মু নিংশিংবা খন্থবা ঙমদে। অমুক্তস্মু উখিদ্রীবা করিগুম্বা পোং অমবু, মীং-উইশীল্লগা পুক্লিংনা নিংশিংহুনা, করিবু উবা"ঙমগদগে? উবা ঙমফম থোক্তে। নক্ত-মরি লৈনবা, মরূপ নল্রগা ঈমা ঈচাশিংনা, অরাংবা চেকপল অমগী রাংমদা, মশক মওংদি উদনা রা ঙাংলকপা নল্রগা লাউরকপদা, তারিবা খোঞ্জেন অহু মহাক্লি, অহুনি হায়বসি হেক্তা খঙবা ঙম্মী।

. খোঞ্জেন অহুদং তারগা মশক মওং পুম্নমক লাকশিন্দু খঙলিবা অসিমক, হান্ন তাখিবা খোঞ্জেন, উখিবা শক্তম ওইবনা লায়না খঙলিবনি। তাইবং মপু য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাকস্মু মীওইবগা রাংলেন মিংকুপ অমত্তস্মু থাদোক্লবা লৈতে, মহাক্কী মিংখৈ, ঈরাই ঈনিনখোন, চেংলো শক্তম পুম্নমক উজরী, তারী। অহুগা, মীওইবনা নিংসা (শ্বর) হোন্দোক হোক্সিন অসিদগীস্মু হেন্ন নকশিন্না মহাক্না লৈরি। তাইবং মপুগা মীওইবগা লৈনরিবা মরী অহু তাইবংপাল কৌবা ময়াঙ্গ তক্লক্লা অরাংবা

চেকপলগুম্না ৱাংনা খাজিনখি। লাই লৈতে হায়বা, খঙনিং-দবনা মরম ওইহনা, থৌৱাই হকচাং (আত্মা তত্ত্ব)গী মায়কৈ-রোমদা চেংলৌ মিংতাংবগা চপ মান্নে। মিংতাংবা মীদা চুমথাংগী মচু, মওং তাকপা ওইথোক্লবগুম, অখঙবনা তাক্লবস্থু হেন্নচমম্নগনি, খঙনিংলবদি মীওইবা মশামক্না থবক তৌবা তাই। য়াইবীরেল শিদবা (তাইবং মপু)বু খঙজনিংবশিংনা পুয়ানা তাকপা "মিংখৈ মিংলেন" খঙনবা হোংনফম থোকই, মিংখৈদগী লাইগী খোঞ্জেন থোক্লক্নি, খোঞ্জেন্দগী তাইবং মপু (য়াইবী রেল শিদবা। ঈবুংঙো মহাক্কী থৌজানগী মিংয়েংনা লৈতেংবা চেংলৌ মায়থোংবু উজবা ঙম্লক্নি (উথোকপীরক্নি)।

হৌরী কোন্দুনা (ধ্যান, ধারনা প্রানাযাম) খাচং থৌনি-রোন্নচিংবা মীওইবা মশামক্না তৌবা তায। উনবীলোনগী অচেংপা লাইনিংতনা মরম ওইহনা, তাইবং মপুবু চেংলৌ শক খঙজগদবনি, নিংবনা করিবু নিংগনি? শোনবনা করিবু শোনগনি? থাজগী মঙানবু ঙমজবা, লাইজ উৎম্লেনগুম ইংলবা, য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্কী চেংলৌ শক্তম অহুদং, লাইনীংবশিংগী থম্মোয় লাইয়ুমনুংদা চেংনা থমজবনা, খৌরাং-লবশিংনা লাইজ ঈরু থকচরগা, খৌরাং মৈচাক ইংবগুম, পুন্সিগী মহৈয়ানবা অপেনবা হায়বহুমক ওইরিবনি। শক্তম মওং (মুর্তি) নিংবা হায়রিবা অসিমক তঙাইফদবা লাইনিং লম্বীগী অহোবনি, অমা হায়বা অসিদগী হৌরগা পন্থুংফম য়ৌগদবনি।

খৃঃ ১৫৯৬, মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা লৈশাং খোম্মা মায়চৌ (পণ্ডিত)কী য়ারোনগী মতুং ইন্না, নিংথৌনা পোইবৈ লমদম অসিগী খুৎ-হৈবা শেঙ্গবা অমুদোনবু কৌখৎতুনা, ফাইরেন থানিন থাংজগী ১০নি পানবা, য়ুমশকৈশা কোরৌ নোংজদা তবেং শেন্না চীংঙু তাইবং খাযবা, লাইনিংথৌ সনা-মহীগী শক্রম মওং শাখি। লৈমা নিংথৌ অনিনা তাইবং মপুবু মচা ওইনা নীংজখি, অয়ান-খুভম ফংখি। খৃঃ ১৭০৯ দা মশাগী চহি ২০ শুবদা মৈদিংঙু পামহৈবা নিংথৌ ওই। খৃঃ ১৭২৯ দগী ১৭৫২, অসিগী মতম অসিদি লৈপাক য়াথোক ওইখি। মরমদি খৃঃ ১৭১৬ ফাইবেলগী ১৩নি পানবা থাংজ নুমিত্তা লাংখবান কোন্নুংদা শান্তদাস গোযাই থুংলখি। গোযাইগা নিংথৌগা অনিমক্না রামান্দি ধর্ম্ম গৌহন্নবগীদমক লৈবাক মীয়ামদা অকনবা থবক পাযখংখি। খাগেম্বা সনা হাক্তক্কী সনামহী লাইগী শক্রম থুগাইখি, লৈবাক্কী অয়া-অনা নিংথৌ মশামক্কী খুদোং চাদবা কয়া ওইখি। গোযাই, নিংথৌ অনিমক্না চীংঙু মায়চৌ (খোংনাং থাবগী) মফমদা চংজখি। চীংঙু ম্যয়চৌগী য়ায়া পাউদমখোন্না পোইরৈ লমদম অসিগী অথুপ্পা লাইনিংগী মরম খঙখি। ফাইরেলগী থানিন য়ুমশকৈশদা, শেঙ্গবা অমুদোনগী মশু শুথাং, শেঙ্গবা তাংখোম্বনা চীংঙুগী শক্রম মওং অমুক শাখি (তরেৎ শেন্না হৈখি)।

অহানবগী শক্রম, মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা শাখীবনা, সনা য়াপীহন চীংঙু তাইবং খায়বা (তাইবং মপু)বু, নিংথৌগী

মপারী (মচা)গী রাখন্দা শাখীবনি। অনিশুবা শক্তম, মৈদিংগু, পামহৈবা সনা হাক্তক্তা শাখীবনা "য়াইবীরেল শিদবা (তাইবং মপু) পাম্ভৌ (ঈপা) গী শক্তমনি। অমনা মহৌসা লাইরেম্বী (প্রকৃতি), পুয়ানা লৈমরেল শিদবী হায়না শৈথারিবী তেংবানবগী অপোকপী ঈমা অহুগী শক্তম্নী। পলেম হায়না শোঞ্জবস্থু ঈবুংঙো মহাকপুনি, পাম্ভৌ হায়না শোঞ্জবস্থু ঈবুংঙো মহাকপূনি। ঈবুংঙো মহাক্না মশা অমত্তনা অনি-থোক, তাইবংপালবু ওইথৈদা অনি-অনিগী কুমহৈনি হায়বগী পোইরৈ চাদোন শুদোন্না অনিগী শক্তমবু লাংপনি, পলেম পাম্ভৌবু নীংবনি।

---

## শক্তম (মূর্তি) নিংবা

### ( মঙাশুবা মতাঙ )

**"মিরেল তম্না পাদম্বা, নিংশা মালংদা কাইথোংবা,**
**নংগী নয়াই মঙানা তেংবাল শক্তম লেপ্লিবা,**
**তাইবং মপী মপা—ও! চীংগু লাইগী লাইওইবা!**
**চারোল শুরোল শল্লিবা, নগু নচা খিবিক্কী মিরেল**
**হামচৎ-নক্ষরোই, থৌবাই মৈশা লাংজরোই, কুবিয়ো!**

অস্থুম্না, নীংজরিবা য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্তি, কনাগুম্বশিংনা পলেম পাম্ভৌ (ঈমা ঈপা) ওইনা নীংজবা।

কনাগুম্বশিংনা ঈবুংঙো মহাকপু মচা ওইনা নীংজবা, মরুপ ওইনা নীংজবা, মুজাওইবীশিংগী মপুরোইবগী লাইনীংদা, হেন্না থোজান লল্-কুবিয়ে, অম্ুমনা হায়রীবনি।

**"লাইরমলেনগী পলেম পম্বৌসু মহাক্কি, মীরমলেনগী ঈমা ঈপাসু মহাক্কি খচং-থৌনি খঙবী, পায়মা চেৎপী মুজাশিংগী মপুরোইবগী শক্তমসু মহাক্কি, মচা লৈজদবা কয়াগী মপারী মখোম্নি, ওইবিবনি মহাকনা অরেম্বা মরুপ. অত্তোন অতাশিংগী চংজফমসু মহাকনি। পোলোইদা লোইনগদবা লল্ মহাকনি, হৌবা লোইবা মশাগী মশানি।**

খৃস্টগী মমাং, চহি লিশিং অনিগী মতম অহৌরাইদা. পোইরৈ লমদম অসিগী নীঙনরম্বা অচেৎপা লাইনীংদি "শলাই-রেল শিদবা" (অতিংআ শিদবা, হায়নসু খঙনবা) তাইবং মপুন্থ নীংনরম্মী। খৃঃ মমাং, চহি ৫০০ গী মতম য়োরকপদা "সনা মহী, পাখঙবগী" রাংউলোন (দর্শন) অসি য়াম্না নীংথিজনা ঙাম্থোকপা হোরে। মসিগী মমাংদা লাইনিং লাহশোন (লাইরা, মন্ত্র) পুম্নমক, চিন্দ-চিনফা পুহনা লৈনরম্মী, রারোল অসি পাক চাওনা লৈখ্রে।

লাইনিংথৌ লাইরেম্বীবু পলেম পম্বৌ (ঈমা ঈপা) ওইনা নীংজবা, পোইরৈ লমদমসিগী লাইনীংবু অমকপা লৈত্রবা, অরাংবা লাইনীংনি হায়না. হিন্দুগী যোগী জগৎনা শৌগৎলি।

ঋষিশিংনা লাউরী—"জননী জন্মভূমিশ্চ স্বর্গাদপি গরীয়সী" ঈমা অমদি ঈরৈবাক্তি স্বর্গদগীস্থ হেল্লি। মমা নিংদবা মচাদি য়ারৌ শাদগীস্থ হেন্না তোনবা, অরাবগী মপোক্তি হায়রী।

"লাংলোন" কৌবা লাইরিক্তা অস্থমনা হায়রী "থাবা কোরৌ নপারমদি হুল্লানবা, পামেন উনা খাণ্ডবা পান্দমগুম, কোলোই মিংথীবস্থ খণ্ডদ্রবা, য়াইফ থম্মোয় তোংইগীস্থ নাই-দ্রবা, চেংলৌ মিন্রেং পানবদি কুরাং শউন মিংনে, অপাম চেংলৌ মিৎ-থিংলবগী য়াইবী শিথী মিংনে।

শাজিক থাবানা তগুপ-তরেংনা ঙাল্লিবা, অরাংবা কোরৌ নোংদোনগুম্না লৈপ্রবা, পানা পুনা চংলম্বা লম্বী, কংলৈ ঈনাংকী লাইনীং লাইশোন অরাংবা মনাং (ধর্ম্ম)বু, খণ্ডদবনা মবম ওইহনা হুল্লানবা (করেম্নবা)। লৈশেম মুঙশেমগী মমাঙদা লৈরম্নবা, য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা)বু, ঈপা ঈমাদা মুংশি-জবগুম মুংশিবা ঙমদ্রবা। পোক্লফম লমদমবু হুল্লালবা লাই ওইপ্রবা মপা মপুবু অথি মীচৈনরবস্থ পামেন উনা খাণ্ডবা পান্দমগুম মুঙনাংবা পোক্রুবা, অহুগুম্বা মচাশিংদি, মশক মতৌ ফজহনস্থ, অরুবা মিং পান্দুনস্থ শউন কুরাংবানগী মিংনে (অপাম মুংশিগী থৌরাই মাংনবা মিংনে)। মালংদা তাওবা তরংদা হিংবনে, অস্থমনা হায়রী।

পোইরৈ ঈনাংকী লাইনিংলোন অসিদি মালেম (পৃথিবী)গী লৈমায়দা লৈরিবা মীওইবা কাংলুপকী য়াইফ-লমদাং ওইবা লাইনিঙনি। পুন্নমক ঈচিন ঈনাও ওইবগী অচেংপা তংফদ্রবা

মরী অহু, কংলৈ পুয়ানা তাকপা মিংলেন মিংখৈ খঙবতনা লংলা লংজিন ওইগদবনি। কনাগুম্বশিংনা তাইবং মপুবু মীনুংশিগী শক্তম ওইনা নিঙবা পাম্নবদি লৈমরেল শিদবী ঈমাবু নিঙগদবনি। উনবী মঙান নাইবা (রাখন লৌশিং) পাম্বশিংনা "পাখঙববু" নিঙগদবনি। পাঙ্গলগী মতিক ময়াই (শক্তি) পাম্বশিংনা চোইনৌ সনা মহীরেল শিদবা (লাইনিংথৌ) বু নিঙগদবনি। অরান খুভম পাম্বা লাইনিঙবশিংনা, পাখঙবগী লাইনিঙতনা অহানবা ফিদমফম্নি!

**"থক্কী য়েংনা বাতেম্না, খাগী য়েংনা বারক, নহা অহল খায়কদ, কোলোই পাউতাক হংনৈঙে. উনবী লম্বোই ফংগনি।**

**"থাচং থৌনি হৈত্রবা, উনবী ককুঙাও হুইগুম্বা, তাইবং ঙাইরী য়ামদ্রবা. চীংঙু মিংখৈ খঙদ্রবা, অরেম্ব মপোক ওইবনি।**

---

## শক্তম (মুক্তি) নিংবা

### (তরুকসুবা মতাঙ)

*

হিন্দু লাইনিঙগী মতুং ইন্না অহানবা মথলগী লাইনিঙদি, মওং লৈতবা তেংবালবা (অপ্রতিকা লম্বী)নি। নিয়ম অসিদি লাই পুম্নমক্কা, ঋষি ১০০ গা, গন্ধর্ব ১০০ খক্তগী অধিকার

লৈ, হায়রী। অনিশুবা মখলগী লাইনিঙ থৌরাই হকচাং নিঙবা (দেহা লক্ষীগী নিয়ম), তাইবং হকচাংদুংদা তেংবালবগী মপু. ঈবুংঙো মহাকী মিরেল ওইবা, থৌরাই শিদবা (ঐ কৌবা) মপুবু নিঙজবা (আত্মা সাধন তৌবা) অসিদি. অয়াম্বা লাইনিঙ খুদা খঙবা. লাইনিঙবা (ঋষি)শিংনা পাঙথোক্লে। মীয়ামগী ওইবা (সব সাধরণগী) লাইনিঙবা (ভক্ত) পুম্নমক্কি শকুম মওং (মুর্তি) নিঙবা (প্রতিমা লক্ষী)গী মনুংদা লোইনা চল্লি।

মশাক মওং লৈতবা তেংবালবা (নিরাকার ব্রহ্ম) নিঙবা, প্রতিকা লক্ষীনা খ্বাইদগী য়াংবা অমস্নুং অকুবা লাইনিঙনি। থৌরাই হকচাং নিঙবা (আত্মা সাধণ দেহা লক্ষী) না মথংগী লাইনিঙনি। তেংবালবা অমস্নুং তাইবংপালবা অনিগী লাইনিঙ শুপ্না খঙবা (ব্রহ্ম জ্ঞাণী) ওইবা ঋষিশিংনা, লাইনিঙ অসি নিঙনৈ। শকুম মওং (মুর্ত্তি) গী লতেং লৌহনা লাইনিঙবা (প্রতিমা পুজা)না খ্বাইদগী নেম্না অমস্নুং অরাইবা লাইনিঙনি। অস্নুম ওইবা অরাইবা লাইনিঙদগী, শকুম মওং নিঙবা অমস্নুং লাংপদগী হৌরগা, মথং মথং ওইনা শক্লাইদবা তেংবালবগী মপু, চোইনৌ সনা মহীরেল শিদবা (নিরাকার ব্রহ্ম) ঈবুংঙো মহাকপু নিঙজহনা, চহি মশিং থিঙমদবা মতমদগী, পোইরৈ লমদম অসিগী লাইনিঙবশিংনা, অরান-খুভম তানখীবগী য়ারী য়াখোঙ কয়া লৈস্লে।

অমা হায়বা মশিং অসি য়াওদনা, অনি অহুম থক ওইবা য়াদে। অহুশুমহনা, শকুম মওং নিঙবা (প্রতিমা লক্ষী) দগী

অহৌবা ওইরগা, থোৱাই হকচাং নিঙবা (দেহা লম্বী নিয়ম) অসিনা অনিশুবা থাক্লি। মথংদা, চেংলৌ শক্লাইদবা তেংবালবা (অতিয়া শিদবা), নিরাকার ব্রহ্ম, নিঙবা (অপ্রত্তিকা লম্বী) লাইনিঙনা খ্বাইদগী ৱাংবা লাইনিঙনি। নৌরিবা লাইনিঙব-শিংনা, খ্বাইদগী লায়বা শক্তম মওং (মুর্ত্তি) নিঙহুনা, লাইবু উবা হান্না তম্মী, মীওইবা মশা মশাগী হোংনজমনগী পান্বিতনা, মমৈথংদা লাইগী শক্তম মওং (মুর্ত্তি) য়াওদ্রবস্থু তাইবং মপুবু (নিরাকার ব্রহ্ম) ঈবুংঙো মহাকপু নিঙজবা ওইরকই।।

মালেমগী নৈমায়দা নৈরিবা লাইনিঙবা খুদিংমক শক্তম লাংলি (মুর্ত্তি) পুজা তৌই। লাইনিঙ লিচং (ধর্ম)গী হিরম খুদিংমক্তা, পুক্লিংগী মনুংদা নত্রগা মপান্দা পুন্নমক্লা শক্তম (মুর্ত্তি) লাংপা (পুজা) তৌবা ঙাক্তনি। লাইগী শক্তম লাংপনা নৌরিবা লাইনিঙবা (ভক্ত)শিংগী অহানবা লাইনিঙনি থোৱাই হকচাং নিঙবা (আত্মা সাধন্) অসিনা খর হেন্ন লুশিনবা অনি-শুবা মখলগী লাইনিঙনি। মওং নৈতবা তেংবালবা (নিরাকার ব্রহ্ম), পুয়ানা অতিয়া শিদবা হায়রিবা তাইবং মপুবু নিঙজবদি হেন্না লুশিনবা লাইনিঙনি। অস্থুম ওইবা, লাইনিঙগী মতাংদা চীংঙু মায়চৌ, লৌরেম্বা খোংনাং থাবনা হায়বীরম্মী—

"য়াইবীরেল শিদবা, য়াত্র কোনখাং শাগী নমু পোংথোক মথংলেংনা থেন্দম্লকপা, থিরেন উংনৈনুঙগী লাবা থিয়াং থোক্লা লমহৌরকপা সনা কোনফুরেন শিদবা। + + +, চীংঙু খোইয়ুম ওইবা মহাক্লি মী মী মহাক্লী নিঙজ নিঙজবা অতুগী

মতুং ইন্না পীবিবা লাইনি। (খাগেম্বা লাওজ্ঞৈ পুয়াগী শন্নপ্পা) থাক্কম অসিনা উহল্লিবদি—

য়াইবীরেল শিদব :— পুন্নমক মহাক্কী মখা পোল্লি, মহাক্কি কনাগীস্নু মখা পোন্দে। মতিক ময়াই (থৌনা) মহাক্কনা লোইবা নাইদবা মপাল মওনি। মহাক্কী উনবীতনা ঙাল্লি, মহাক্কনা অখঙবা অরেপ্পনি। ফজবা শুমহৎ-য়াই হায়বহ্ মহাক্কী মশাদগী হৌরকপনি, মহাক্কী চেংলৌ শক্কমদি শীংনাইদবনি। মহাও, নুংশিবা মনম মহাক্কি। মহাক্কি প্পনবা ঙমদে কৈদৌন্নুং, লল পাম্বগী অপাম্বা, অপাম নুংশিগী অপাম্বা। তাইবংগী অফা-অপুন্দা লুপ্তবা (তুংকোইদবা তাইবংপালগী অউপ-লাংনা উপ্পা ঙমদবা) অ:শংবা লম্বোইবা (বৈরাগ্য) হায়বদু মথন্তনি। পুন্নমক্কী মপু ওইবা, পোক্লাই-শিনাইদবা, ময়াই মঙাগী হৌরকফম্নি হায়হনা তাইবং মপুগী মিংলেন মিংথৈবু পুয়ানা য়াইবীরেল শিদবা কৌই।

'য়াব্বা কোনখাং শাগী নমু পোংথোক মথংলেংনা থেন্দমলকপা :— "মপান নাইদবা অহাংবা অসিদা য়ুম শাহ্না ফক্ল খাজিল্লগা "কা" হায়বা মওং অমা নাইরকপগুম লাইগী খোজ্ঞেম্না লাংবন উচিখোইগী খোজ্ঞেনগুম 'হুঙ" হায়বা ঈরাই ঈনিন থোরক্লে। "হুঙ"গী ঈরাই ঈনিন্না "হুঙ হুং" হায়না নীকশিল্লকপদা নীকশিনফম নৈরক্লহ্না পোকখায়রক্লে। পোক খায়বদা কামপী মৈ হৌরক্লে, মঙাল নায়রে। অস্নুন্না লাইগী য়াব্বা খোজ্ঞেম্না ভেংবালবগী মওং লেপ্পকই। তরাংলেন ওইবা

অহাংবদা য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা) না মশামক্তী মশা (শরির) অমা শেমজহ্না চোংথোক্লকই। মহাক্তী মতিক ময়াই-তনা শক্লাইদবা তেংবালবা (নীরাকার ব্রহ্ম) অসি ওইরকই। তরংলেন ওইরিবা অহাংবদা লাইগী মতিক ময়াই, মশক মওং মপাঙ্গল (শক্তি) পুন্নমক মঙোন্দা পুমচং চংশীন্দুনা লৈবা 'অতিংকোক" (কারন শরির) ওইবা ঈবুংঙো মহাকপু—

"য়ারা কোনখাং শাগী নমু পোঙথোক মথঙলেংনা থেন্দয়কপা" অসুম্না পুয়ানা হায়রী।

**"থিরেন উংলৈনুংগী লাবা থিয়াংথোক্লা লমহৌরকপা, সনা কোনফুরেন শিদবা।**

ৱাহন্থোক ঃ— থিরেন = পোকফম। উংলৈনুঙগী = উরু উক লৈহ্না লৈরিবা তেংবালবগী কাংওন। নিংথম-কালেন, অইং-অসা থায়রিবা মতম কৌবা চগো অমগী মনুং। (লাইগী মতিক ময়াই, (শক্তি) মশক মওং পুন্নমক পুমচং চঙশিন্দুনা লৈবা "অতিংকোক" (কারন শরির) কৌবা অমা, পুন্নমক্লা মানা চঙহ্না লৈবা "তিংকাকোক" (সুক্ষম শরির) কৌবা. পুন্নমক অসিনা উথোক্লুনা উরিবা "অতিনয়া" (স্থুল শরীর) কৌবা অমা। অসুমনা য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা) ওইবা ঈবুংঙো মহাক্লা "তিঙ' ওইহ্না অহৌবসু অলোম্বসু ওই হায়বগী পুয়ানা "অতিংআ" হায়নসু কৌবা। অমনা, ইবুংঙো মহাক্তী মতিক ময়াই পুন্নমক পুমচং চঙশিন্দুনা লৈবা, হুমলেন-হামলেন

কৌবা মুংশিংকী পারবা কুয়োম অমনা য়োমশিন্দুনা লৈরিবা "তেংবালবা লৈ:কায়লোন" (ব্রহ্মাণ্ড) অসিবু থিরেন উংলৈমুংগী" অস্মুম্না ফোংদোক্লি।

"লাবা থিয়াং থোক্ল=মুপা থোক্লা। "লমহৌরকপা—চংপা হৌরকপা। মথং মথং লাকপা।

অমাং-অতা লৈতবনা ঈবুংঙো মহাক্কী শম্মু হকচাং লাংপুম অমা ওইরিবা (ময়াই পূমমক্কী হৌরককম ওইরিবা) লৈশেম মুংশেম (সৃষ্টি)গী মমাংদা হান্ন লৈরম্লবা ঈবুংঙো নংগী নশাদগী অচৎ চত্তা (থৌরাই পানবা। পূমমক মথং নাইনা থোরকপা। মুংশিংকী মতিক ময়াই ওইবা, পারবা কুয়োম্না য়োমহুনা লৈরিবা তেংবালবা লৈকোইলোন (থিরেন) মতুমদগী মুপা থোকনা চোংথোক্লকপা। লাংবন থাগী খোইমু খোঞ্জেনগুম্বা নখোঞ্জেম্না চেংলৌ নশক ওইনা ঙাল্লিবা (হুঙ হায়িবা ঈরাই ঈনিম্না শক-থোং ওইবা) তেংবালবা অসি শেম্লকপগী পুয়ানা সনা কোনফুরেল শিদবা" অস্মুমনা শৈথারিবা (পোৎচাক, ধাতুনা করিগুম্বা পোংশক মওং অমা হৈগে হায়রবদি ধাতু ওইরিবা) পোৎচাকশিং অহু কোনফুদা হাপ্লগা শৌদোকহল্লি। মরম অসিনা কোনফু হায়বা অসি করিগুম্বা পোৎচাক, (ধাতুদগী) পোংশক মওং অমমম নাইনা থোকহন্নবগী মরু ওইবা মরম্নি।

তেংবালবা লৈকোইলোন (সংসার) অসি লৈশেম মুংশেমগীম্মু য়াইবীরেল শিদবা (লাই)না মরু ওইবনি, হায়রিবদি মৈ, ঈশিং, মুংশিংনা পোৎচাক, (ধাতু) ওইরগা, কোরৌ মালেম অনিনা

কোনফুগী মশক লেপ্লগা, খোংলি লাউরিবা শা, ঙা নমু তাইবং মী (য়াইবী থৌরাই পানবা) পুম্নমক মাগী মাগী মশক মওং লেপতুনা য়াইবীরেল শিদবা (পরমাত্মা) দগী খায়দোক্লকপা ঙাক্লনি অহুম্নদি ওইরবদা মহাক্না হেনমলখিবনা সনা কোনফু-রেল শিংদবা হায়না ঈবুংঙো মহাকপু অমাং অতা লৈতবা, অথোইবা অহেনবনি হায়না পান্দম তৌরী।

তেংবালবদা লৈরিবা পোৎলম খুদিংমক য়াইবীবেল শিদবা ঈবুংঙো মহাক্নী মতিক ময়াইনা ওইবা ঙাক্লনি। মরম অহুনা শক্তম ময়াম অসি ঈবুংঙো মহাক্নী শক্তম ঙাক্লনি. তেংবালবদা লৈরিবা পোৎলম খুদিংমক ঈবুংঙো মহাকা চপ মান্নৈ। শক্তম ময়াম অসিবু মওং নাইবা তেংবালবা (শ্বকাব ব্রহ্ম) কৌই, অমুক্না ঈবুংঙো মহাকপু মওং নাইদবা তেংবালবা (নিরাকার ব্রহ্ম)স্নু কৌই। মহাক্নী চেংলৌ শক্তমদি হায়রী পুয়ানা—

> **“লোইদাম থাজনি নুমিদাংগী, কোরৌ মঙান্নি অমুক্না, ঈরু ঈশেংনি লাইজগী, হুম্নিবা থজোন্নি মালংদা, ঈঙা নোংলেন্না খোংলিবা খোঞ্জেন্নি মহাক্নী হোংনাইদ্রবা। নমু তাইবং মীওইপোক কুবিদনী মতাং অমা, চেংলৌ শকথঙজনবা মহাকপু।**

লাইগী শক্তম মওং নিঙবা নত্রগা নিঙদবা অনিমকতা মীওইবা মশা মশানা পামজবনি। অমনা লাইনিঙবা অমগা লাই নিঙদবা, থাজদবা (নাস্তিক) অমগা, মিংয়েং অনি

ব্রাক্ষম অসিনা উহল্লিবদি মীয়ামগী য়াইফনবা খনবদা মপুন্সি কথেক্লবা (ওইজবা থীদ্রবা), লাইনিঙ খুদা নিপালগী মরমদা ব্রাখন য়েৌনা খনবা, অখঙবতনা অমাইবগী শিনক্ষম, ঈরাং লাইশোনগী থবক পায়গদবনি হায়রী। মীওইবনা শিরমদাইদা ঐ অসিবু শিরগদ্রা হায়বগী চিংনবা (লাংতক্লবা) ব্রাখন, অকীবা অথুকপা পুম্নমক অমাইবগী য়াথং ব্রাচুমতনা শিগদৌরিবা মী অদুগী অইংবা (শান্তি)গী লম্বী অমা পীগদবনি। 'থৌব্রাই কন্নবগীদমক হীদাক মরম কয়া খঙবগা লোইননা কুপ্লবা মিহুন কাংলোন খঙবস্থু অমাইবশিংগী মথৌনি। পোইরৈ ঈনাৎকী মতাংদা অমাইবগী থৌদাং য়াম্না চাওই, অশম্বদা হিন্দু ধর্ম্মগী পুরোহিতকুম্বনি।

পুরোহিত (পুর+হিত=ক্ষত্রিয়শিংনা য়াইফনবগীদমক পুজানচিংবা তৌহল্লিবা মী) অদুগুম্বা পুরোহিতশিংনা বেদবু তম্বা, মশা-মশাদি পণ্ডিতগী বুদ্ধি লৈতব, ওজানা তম্বীরকপা অদুতবু ঔরাইহনা লৈবা ব্রাহ্মণশিংনা নোংম-নোংমগী পংশীললকপা ওই। অদুগুম্বা বামোনগী বুদ্ধিবু শাস্ত্রনা অনুবাকহতা বুদ্ধি। (ওজানা তম্বীবা অদুদং তেনব্রাগুম্বা চিনফা পুবা বীচারদি লৈতবা)। অদুগুম্না বেদগী বীচারদি উবা ব্রাংপা পুরোহিতশিংনা (অমাইবা অমাইবীশিং, পীবাশিংনা) ফিদম য়াওদবা, ভাব চংদবা, মতৌ মান্নবতা মতৌই হায়রী। কৎলু অদু তৌনব্রবদি লাইনা শাওগনি নংবু মুৎহনগনি, নপা নপুনা লাইরৈবাক্রা শাওগনি, নংনা তৌজবা শাবদি অরেম্বনি অসিনচিংবা

হায়জিন্দুনা তাইবং মীওইববু মাংনবগী মশক ওইবা, লুং-পাং তৌবা মী ওইহনা মীয়াম্ব মাংহনকই। মসিবু তশেং তশেংনা "ঐত্তরেয়ব্রহ্মণ" (৮/১১)দা শ্রুতিনা হায়—

**"যথা হ বা ইদং নিষাদা বা সেলগ্যবা-পাপকৃতো বা, বিত্তবন্তং পুরুষমরণ্যে গৃহীত্বা কর্ত্তমন্বস্য-বিত্তমাদায়দ্রবন্তি। এবমেব সঋত্বিজো যজমানং কর্ত্তমন্বস্য বিত্তমাদায়দ্রবন্তি যমনেবং বিদো যাজয়ন্তি।।**

—ফিদম য়াওদবা বেদগী থবকপু যজমান্দা তৌহনবা পুরিতশিং অসিদি হুরানবা অমস্থুং ডাকুগা মান্নবনি! যজমানগী মপোং মরল লোগে অসিতনি মপুক্লিংদা নীংলিবা, মসিবু খঙন খঙনা মখোয়বু থবক তৌহল্লি। অস্থুমনা শাস্ত্রনা হায়রী, মুণ্ডকোপণিষৎ শ্রুতিনা হায়—

**'প্লবা হ্যেতে অদৃঢ়া যজ্ঞরূপা': (মু: ১।২/৭)—**

ফিদম য়াওদবা যজ্ঞনচিংবা থবক ময়াম অসিদি তাইবং ঈপাকপু হি অকায়বা তোংহনা লানবগা পানখক্লি, মীওইবনা পোকপগী থুংগে তাল্লিবা মফম অহুদা থুংবা ঙমগদবা নত্তে। মসিবু শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদস্থু হায়রমই—

**"এবং ত্রয়ীধর্ম্ম মনুপ্রপন্না গতা গতং কামকামালভন্তে "(গীতা: ৯/২১)—**

অস্থুম ওইবা মতৌবু বেদ অহুম্না তাকপা যাগ-যজ্ঞ তৌবা মীনা অমুক পোক অমুক শি তৌহনা তাইবংপান্দা হজিন

হুজ্জিন্না পোকপা ফংই। মীওইবনা ত্রয়ীধর্ম্ম কৌবা মৈদা পোং থাবা (কংপা) থবক অসিতবু তৌনরকই, থৌরম অসিদি বেদনা তাক্লীবা অধ্যাত্মিক তত্ত্বগী প্রতীক্কি, মহুবু মীওইবনা খল্লকই. যাগ যজ্ঞনচিংবা থবক অসিদি মপান্দা হকচাংনা লেং-ওৎপনি। মসিতনদি করম তৌনা তাইবং মপুবু খঙবা ঙমগদগে? খঙবা উবদি হকচাং মন্নুংদা পুক্নিং লৌশিংনা খঙগদবনি। তাইবং মপুগী চেংলৌ শক্তমবু উনবী ব্ৰাখন্না অচুম অৱান নৈনহুনা (বীচার) তৌবা নত্তনদি খঙবা ওইথোক্লোই।

শ্রুতি কৌবা লাইৱা (মন্ত্র) না: — "বৃথা প্রযুক্তঃ য বৈ বাগ্ বজ্রঃ যজমানং হিনস্তি" লাইশোনগী মতমদা লাইৱা (মন্ত্র) হায়দোক্লকপগী ব্ৰাহৈ, খোন্থোক অহু চুমদ্রবদি লাইৱা (মন্ত্র) ব্ৰাহৈ অহুনা নোংমৈ শিংজংগী মশক ওইহুনা, য়ুম্বুগীস্থু, লাইগী থৌরম পাংথোক্লীবা পুরোহিত (অমাইবা)গীস্থু, অনিমক্কী অৱাবা ওই (মাংমীন্নে)।

———

## লান্না লম্নজ্জিংবা
### ( অহানবা মচাও )
—(O)—

হৈক্তা হায়জ্জিনবা অসিনা, তুংদা অশেংবা ঈনাং থিরকপদা মীয়ামবু লম্মুক্লহল্লি। খুদমদি— "হ—র—স" হিন্দুগী অধ্যাত্মা তত্ত্ব। অমনা — "অঞ্জি" হায়বা ব্ৰাহৈ অসি ঈনাংকী

লাইরিক কয়াদা য়াওহল্লি, পাখংবগী পাফন্নি হায়রী। অসি-গুম্না হেক্তা ইশিনবা অসিনা মীয়ামদা লান্ন লমজীংবা হায়বত্নমক ওই।

হিন্দুগী অধ্যাত্ম তত্ত্বদা ভক্তশিংনা ভাবপু অমা পুবা, যোগীশিংনা ভাবপু অমদা পুবা 'হ–র—স" গী অর্থ তোঙান তোঙান্না লৈ। মত্নবু আদ্যাক্ষর আর্থ, হায়বদি শব্দ অমগী অহানবা হৌবা ময়েক্না শব্দ অত্নগী আর্থ পুবা হায়বনি। মত্নদি— "হরন" রারোল অসিগী অহানবা "হ"না পুরিবা "হরন"গী আর্থদি—তাইবংপালবা পূম্নমক অসি তাইবং শেম্বা মপুনা অমুক লোইনা চিংশীনখি, পুখি হায়বনি। র—ক্ষ। —ক্ষ গী আর্থদি চংলিবা (চংপগী থবক) অত্নবু খঙনৈ। তাইবং মপুনা তাইবং অমুক শেমগংলকপা, চংখীবত্ন অমুক হল্লকপনি হায়ত্ননা —ক্ষ— চংপনা থবক ওইরীবা হায়না খঙনৈ, হল্লকইবা অত্ননা অহীংবা ওইত্ননা তাইবংপালসি শেমগং-লকইবনি হায়ত্ন্না চংলীবা অত্নবু 'সজীব কৌই। সজীবগী অহানবা ময়েক "স"না সজীবগী আর্থ পুবনি। সজীব ভাব অসিবু শ্রীকৃষ্ণবু নীংজবা ভক্তশিংনা হরে–কৃষ্ণ হায়না, রাম ভক্তশীংনা হরে রাম হায়না হীন্দু ধর্ম্মগী জগতা ঙাল্লী।

অমরোমদা যোগীশিংনা প্রানায়াম তৌবদা নিংশা থাদোক থাজিনবু "হ র' হায়না শব্দ তৌই হায়। নিংশা তংলগা শি, নিংশা থীংবা মতমদা হীংত্ননা লৈ হায়ত্ননা নিংশা থীংববু "স" হায়না সজীবগী আর্থ তৌত্ননা "কুম্ভক পুরক, রেচক"পু

"হ—র-স" হায়না হিন্দুগী যোগী জগত্তা ঙাল্লি। অমনা, "অক্ষি" হায়বা অসি সংস্কৃতকী সরস্বতিবু নিঙশীংবনি, মওং অসিনা লিলগী মওং মানবা কুন্দালণিবু তাকপনি। ব্রাকম অসি পণ্ডিতশিংনা ইখঙ খঙনবা ব্রাকম্নি।

হিন্দু লাইনিঙগী ওঁ, হ্লিং, শ্রীং, ক্লীং, গুরু হরী, রাম, অঙ্গ, তনঙ্গ, সহা, হ—র—স, অক্ষি, অসিদি পোইরৈ ঈনাংকী লাইনিঙ লাইশোনগী মন্নুংচনবা ব্রাহৈ নত্তে। পোইরৈ ঈনাংকী মন্নুংচন্না, লাইনিঙ খুদা কয়াদা ময়ান তুয়ান পংহাপ হাপচিনবা (ইশিনবা) অসিনা, তুংদা অচুম্বা (অশেংবা) পামজবা মীওই কয়াদা লান্ন লমজিংবা ওইরকই। নৌনা হৌগৎলক্লিবা মীওই কয়াদা থাজবা ব্রাংহল্লি, অস্থুম্না থাজবা ঙম্লক্তবদগী নোংমদি লৈবাক পুম্নমক্কী ওইনা মাংমিন্নরকপা য়াই। অস্থুম্না লান্না ইশিল্লি হায়বসিমদি তঙাইফদনা খন্দোক্লবা তারকপনি খুদম ওইনা—

হিন্দুগী যোগী জগত্তা ঙাল্লিবা হ—র-স, বু (অধ্যাত্মা তত্ত্ববু) মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনি, পোইরৈ ঈনাংকী মন্নুংচনবা অরুবা লাইনিঙনি হেক্তা হায়জিনবা (ইশিনবা) অসিমক অরাবগী মশক্কি। অমনা, পোইরৈ ঈনাংকী খ্বাইদগী ব্রাংবা অথুপ্পা মিংখৈ "হুঙ" হায়বা অসিবু বৌদ্ধ লাইনিঙগী মন্নুং-চনবনি, অস্থুম্না ইশিনবা থেংনৈ। মতাং অসিদি অরুবা মতাংনি, খরদং নৈনফম থোকই, বৌদ্ধ তন্ত্রগী মতাংদা অস্থুম্না হায়রী—

তিব্বতনা বুদ্ধ ধর্ম্ম চৎলবা তুংদা ইবা লাইরিক, য়ুংহ্না

লরিবা (ময়েক ইবা) নুংদা "হুঁ" অসি তোইনা থেংনৈ। মন্ত্রদা "ওঁ মনি পদ্মে হুঁ" হায়না ইরী, সংস্কৃতকী হুঁ অসিগা, পুয়াদা ইরম্লীবা "হুং" গা তোঙানৈ হায়বসি অতুম উবা ফংগনি. হুঁ সংস্কৃতনি. পোইরৈ ইনাৎকী মিংথৈ "হুঙ" হায়রিবা ঈনিন (প্রনব) অসিগী অথুপ্পা লীখুন খঙদনা লাইগী থোরম তোবা য়াদে, হ, উ, ন, অতুম অসিনা হুন='হুঙ' থোকখীবনি। মঙাং, লুরাং, খুমন, অতুম্মক লাকদোরীবনি। বেদগী অ, উ, ম, অতুম্না ওম=ওঁ ওয়খীবগুম্বনি. মসিবু হিন্দু যোগী জগত্তা হরিঃ ওঁ তৎসৎ হায়না ঙাক্লীবনি। অসিগুমতুনা পোইরৈ ঈনাৎকী ফোংদোক্লবা অথুপ্পা লাইনিঙদা "হুং" হায়বা মিংথৈ অসিনা তেংবালবা (সৌর জগৎ) অমসুং তাইবংপালবা (জীব জগৎ) অসিবু শেম্বীরকপা য়াইবীরেল শিদবা ঈবুংঙো মহাকমক্লী হায়বগী পুয়ানা—

**"হুং" খোইয়ুম লাইনিংথৌ অতিংকোক মরূ শিদবা, য়াইবী য়েলহৌঙৈ অমম লৈশান্নরকপা, চাংঙু য়াবা নখোঙ্গেন লাংবন খোইবু খোংদানবা, হুংনা নয়েক থোক্লা নপোক খোইরা য়াল্লকপা।।**

অসুম্না হায়রী। "হুঁ" হায়বা অসিদি বৌদ্ধ মন্ত্রনি, "হুং" হায়বা অসিনা পোইরৈ ঈনাৎকী মিংথৈনি, অসুম্না অরুবা মতাংদা চেকশীনবা ৱাৎপদগী তুংদা চয়েৎনবা লাকপা হায়বসি মশানা তাবনি। (হুঁ বু, হুং হায়না ওন্থোকপীরোইদবনি)

শ্রীমদ্ভগবদ্গীতানা হায়রী—

**স্বে স্বে কর্ম্মণ্যভিরতঃ সংসিদ্ধিং লভতে নরঃ**
**স্বকর্ম্মনিরতঃ সিদ্ধিং যথা বিন্দতি তচ্ছৃণু ॥৪৫॥**
**যতঃ প্রবৃত্তির্ভূতানাং যেণ সর্ব্বমিদং ততম্।**
**স্বকর্ম্মনা তমভ্যর্চ্য সিদ্ধিং বিন্দতি মাণবঃ ॥৪৬॥**
**শ্রেয়ান স্বধর্ম্মো বিগুনঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ।**
**স্বভাবনিয়তং কর্ম্ম কুর্ব্বন্নাপ্নোতি কিল্বিষম ॥৪৭॥**
**সহজং কর্ম্ম কৌন্তেয় সদোষমপি ণ তৎজেৎ।**
**সর্ব্বারম্ভা হি দোষেণ ধুমেনাগ্নিরিবাবৃতাঃ ॥৪৮॥**

মীওইবনা মশাগী লোইনরকপা মথৌ তৌবদা অমদি পুক্নিং চঙবনা মরম ওইদুনা লেপ্প অমাঙ অতা লৈতবা (সিদ্ধি) ফংই, মশাগী মথৌদা পুক্নিং চংবনা মতৌ করম্না অরেপ্পা, মাঙবা নাইদবা ফংবগে হায়বদু হায়গে তাও ॥৪৫॥

ঈবুংঙো মঙোন্দগী অচৎপা চত্তবা থৌরাই পানবা পুম্নমক ওইরকপা, মহাক্না পুম্নমক্কী মফমদা শিনথুংনা লৈবিরীবা, ইবুংঙো মহাকপু মীওইবনা মশাগী ওইবা থৌরম্না (কর্ম্মনা) মরম ওইদুনা চংজবা (লাৎচবা) অসিতনা অরেপ্পা সিদ্ধি হায়বদু ফংজৈ ॥৪৬॥

অতোপ্পা অমগী লাইনিঙনা (ধর্ম্মনা) পাঙথোকপদা নুংঙাইগদোবা ওইরবস্সু, মহুদগী হেনবদি মশাগী লাইনিঙ লিচৎনা (ধর্ম্মনা) ফবা হেল্লি, মশাগী লোইনজরকপা থৌরম তৌজবদা অফবা ওই (পাপ চংদে) ॥৪৭॥

হে কৌন্তেয়, মশাগী লোইনররকপা চংনলোন কয়াবু থাদোকক্কদে, মরমদি মৈবু মৈথুনা কুপশিন্নবগুম হিরম খুদিংদা মশাগী চংনবী থাদোক্লবদি অমাঙ অতা কয়ানা য়োম্লবা (দোষনা য়োম্লবা) ঙাক ওইগনি ॥৪৮॥



## নাহৈরোন ॥১॥

হা—হুং—হৈ—হে—হিং, থৌবীতেং লোইবীতেং, উঙানঙৈ বাঙানঙৈ, শিলসুঙৈ শলসুঙৈ, চরোইনা থোং-দমঙৈ, য়ামপিনা খাইদমঙৈ হুইথৌনা চিফেংঙৈ। কৈরেন্না য়াথোকঙৈ, লংমাইনা মৈহনঙৈ, লংমাইনুনা হিচিনথৌ-হিয়া থৌনা-খিলঙৈ লৌখাইঙৈ, পুরৈরোম্বা অঙক-অঙাও হৌঙৈ, শিংকপ-শিকায় হৌরববু, মমাই পাদম পকলৈ নমশা লৈহৌ মাইবা, লংমাই লৈহৌ মাইবনা ঙাইরেন লোংমন লৌ, লাইজ খিকফেন চাইনা পুরৈরোম্বা মরোন থোক, মরি থোক, থুমথন্না লাল-থন্না খারৌনা লাইরৌনা নোংপোক নোংচুপ কেনরে, পান্নরে, শেংনরে তীল্লৈরগনো লাইরৈরগনো, হা—হুং—হৈ—হে—হিং ॥

(লাইওক তীল্লোকপগী থৌরম, নাহুংপা, লাইমিং লৌবা, চূকশারোম্নচিংবা কোকথোক চামথোকপা ( শেংদোকপা ) গী থৌরম কয়াদা, নাহৈরোন অসি শিজিন্নৈ, অমনা মখাগী অসিসু শিজিন্নবা থৈংনৈ)।



## নাহৈরোন ॥২॥

হা—উং—হা—য়েং, থৌবীতেং লোইবীতেং, চেংলৈঙান তংলৈঙান উঙানঙৈ বাঙানঙৈ, শিনসুঙৈ-শাসুঙৈ, চরোইনা খোংদমঙৈ য়াম্বীনা খোইদমঙৈ। হুইথৌনা চীফেংঙৈ করেন্না য়াথোকঙৈ, লংমাইনা মাইহনঙৈ, লংমাই হিচিন হিয়া থৌনা থিনগাইঙৈ লাওথাইঙৈ, পুরৈরোম্বা অঙক-অঙাও হো, শিকুপ শিকাই হোরববু অমাইবা তম্পাক লৈহৌমাই. লংমাই লৈহৌ মাইবীনা তাইরেন লোংনা লোনা লাইজ থিকফেন চাইরবদা পুরৈরোম্বা মরোন খোক্লে মরি খোক্লে। খুন থন্না, লান-থন্না খারো লাইরো কোয়. নোংচুপ নোংপোক কোয়, চুপচি লাইজি কোয়নরে. পান্নরসে শেংনরসে, ভীনলৈরগনো লাইরৈরগনো।

---

তুমখুন তান্নগন্নু য়াকাইরো!
লৈপ্পগন্নু পন্থুংফম্মু ফংদ্রিঙৈ,
লানগদবনি ঈপাক ঈচাওবু
মিংখৈতনা মহাক্কী অরেপ্পা!
হে — থৌরাই মঙামক
মিগা থানা তরুকমক
থৌরাই মৈশা লাংফরোই,
মিরেল হামচং-নফরোই,
কুবিয়ো।

লোইরবা।

## —মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং—

১। রাচেৎলোন পথুপ। ২। থমওই য়াংওই শেকনিং। ৩। রাকোকলোন হীলেন সালাই অমাইলোন [ পুয়া ]। ৪। লাংলোন। ৫। লৈমরেল মিংথৈ। ৬। সনামহী লাইকন। ৭। হিজন হিরাউ। ৮। খুনুং লিচং শাজং। ৯। পান্থোইবী খোঙ্গুল। ১০। খুনুংলোনগী অর্থ। ১১। য়েক সালাই। ১২। মণিপুর সাহিত্যগী ইতিহাস। ১৩। মৈত্রবাক। ১৪। চৈরাওবা ঈশ্বাইপু লাংপা। ১৫। লাইনিঙ। ১৬। কুম হৌবা। ১৭। মৈতৈ কীর্তণ। ১৮। য়েংশিনবীগদবা রারোল। ১৯। ঈয়েক ঈপী ১৮ গী রাঙউলোন। ২০। লাই হরাউবগী রাঙউলোন। ২১। থৌরমগী রাঙউলোন। ২২। খোরিরোল অখোম্বা। ২৩। কংলৈ লংবা পাখংবা।

———

অসি অশুক্কী মতিক তাম্নগ্রে। লাইনিঙ খুদাবু খঙবা লাই-নিঙবা অমনা পুন্সিগী মিংকুপ খুদিংদা য়াইবীরেল শিদবা লাইগী শক্তম উরি, অদুগা তারী মহাক্কী খোঞ্জেনস্নু। লাইনিঙ খুদাবু থিদ্রবা. লাই থাজদবা অমনা য়াইবীরেল শিদবা (পর-মাত্মা)বু, মাগী পুন্সিগী অরোইবা মিংকুপ্তা অশিবা কৌবা লাই ওইনা অমুক্তং উজবা ফংগনি।

---

# খেনবদি লৈগনি



ৱাংউলোন (দর্শন) হায়রিবা অসিমক য়াম্না লুবা, মপা লৈতনা ৱাংথ্রবা মখল অমনি। ৱাংউলোন অসিবু মফম মতম চাদনা হেক শিজিন্নরুবদা, হান্ন ৱাংহুনা লৈরম্লবা পোং অদু লৈখা পংক্লা তাখিগনি। অমনা মিংয়েং থৈনখীবদগী খুন-গংনিঙবা পোং অমগুম, মমল য়াম্লবা পোংশিং অদু চোইজাইন্না মাংখিবা য়াই। অমগা অমগা মীওই মীতৌ মান্নহুনস্নু অশুক্কী মতিক খেনবা লৈ। ৱাখন মান্নদবগুম তাব উবস্নু খেনফম থোকপনি. লাই থাজদবা (নিঙদবা)শিংগী ৱাখল্লা তাইবংপাল্ল অসিবু শেম্বা লাই অমা লৈতে। পোং অমগা পোং অমগা তিন্নরগা তেংবালবা .অসি মথন্তু থোকচ ওইজরকপনি হায়না মখোয়না লৌনৈ। মথন্ত ওইজরকপা তেংবালবা (জগৎ) অসি

মথঙ্ক অমুক মাংজখিগনি. অস্নুমনন্না মখোয়না হায়। রাফম অসিদি মহাও য়াওদবা রাংউলোন, পুক্লিং লৌশিংগী মহৈ (মনোবীজ্ঞাণ) য়াওদবা রাহৈনি। অহিংগী চেক্লা মকুদি নুংথিলগী মঙান্দা মমিং উদে, অহুঙুস্বা মকু হায়বা উচেক অহুনা মঙালবু লৈ হায়না য়াদসনু কোরৌ মঙান্দি শোয়দনা অহুমমক লৈ।

তাইবংপালবা অসিগী নমলোন্দা তাইবংবু শেম্বীবা মপু অমা লৈ হায়বা, ককপা ওইথোকত্রবা কংলৈ পুয়ানা খুদম চাংদম (অনুমান) পীহুনা চিংনদনা খঙহল্লি। অমংবা নোংগী মপৈনা পুংজ্রা খরদ্দং খঞ্জিনবা মতমদা কোরৌহনবা (নুমিৎ)পু উবা ফংদ্রবস্নু নুমিৎ শোয়দনা অহুম্মক লৈ। লাইজ ঈরোন্নুংদা লৈবা থৌহুনুংদা মৈ লৈ, কোরৌ নোংদোন অহাংবদা মৈ লৈ। চুদা অথুম্বা চুহি য়াওবগুম মীওইবগী থম্মোয় পাল্লি, পুক্লিং রাখন য়াওরী, অহুম ওইনমক উবদি ঙমদে, তাইবংগী মিংনা উবা ঙমদ্রবস্নু লৈবা হায়বসিমদি শোয়দ্রে। তেংবালবা (বিশ্ব জগৎ) অসিগী. পুন্নমক্কী মনুংদা মপান্দা, উবা ঙমদ্রবস্নু য়াইবীরেল শিদবা লাই মহাক্লা শিনথুংনা লৈরি। রাফম অসিবু পুয়ানা হায়রী :— হুঙ খোইয়ুম লাইনিংথৌ অতিংকোক মরু শিদবা, + + +, চৌংঙ লিন্তাও তাওবী ঈলোইলাই, লাইলেন্ন তাওলোইলাই নমু শিদবা।

**"হৌরকউঙ রাংদৌনা কৈদগী? পন্থুং পোলোইনা কদায়দা? করিবু শোনসিবা লৈয়েংনা? করিবু**

**নিংশিবা উনবীনা ? থাদোকউ প্যানগী পান্নম, অানশিন্নু নুংলোন ললগে।**

তাইবং কুমহৈ অসিগী নমলোন্দা, তারিবা-উরিবা অসিগী ৱাংমদা, অচান-মীরাই নাইদবা থৌজানগী মায়থোংনা লৈতেংবা। মীনুংশিগী মিংস্না থস্বান্না অথুপ্পা খুদম-চাংদম ওইবিহুনা, নকুম কুম্ব কুম কাউদা, নথা থাবু থাকাউদা কুমজা তেকহৌনরক্লে, থাজা নৌহৌহল্লিবা হে তাইবংগী মপা-মপা—ও! পোক্লাই শিনাইদবা, লেঙদ্রবা অচুম্বা খুদম ওইরিবা (সর্বসাক্ষি স্বরুপ) নহাকপু—

উপনিষতনা 'ব্রহ্ম' কৌই। স্মৃতিনা 'পরমাত্মা' কৌই। ভগবতনা 'ভগবান' কৌই। গীতানা 'পুরুষোত্তম' কৌই। বেদান্তনা আত্মা' কৌই। আরবীদা 'অল্লাহ, উর্দ্দুদা 'খোদা' কৌই। পোইরৈ ইনাংকী লাইনিঙনা লাইনিংথৌ সনা মহী হায়বনা ঈবুংঙো মহাক্তি পান্দা লৈরগা তেংবালবা মপু কৌই, তাইবং নুংদা লৈরগা তাইবংপালবা মপু (থৌরাই শিদবা) কৌই। ঈবুংঙো মহাক্তি পুন্নমক্তা শন্দোক্তুনা শিনথুংনা লৈ। মহাক্তী মফমদা মাংবা শেংবা, তিন্নব য়াদবা (ভেদ) হায়বচু শুকলৈ লৈতে। মহাক্তী চেংলৌ শক্তম, কোলোই মিংথৈস্নু শিংনাইদবনি, মহাক্তি পোক্তবা, হোংব-নাইদবা, অরেপ্পা হায়বচু মথন্তনি। নমু তাইবংগী হকচাংনা মাংপ্রবস্নু মহাক হায়বা অসিমদি মাংব থক লৈতবনি, মহাক্তী শক্তম (মুর্ত্তি) লৈতে হায়না নিঙবশিংগী মফমদস্নু মশক মওং লৈতবা (নিরাকার)

ওই। মহাক্পু লৈ হায়না, শক্তম নিংজবা পাম্বশিংগী মিং-মাংদা, মহাক্না থৌজানগী মায়থোংনা শাফোংবীরকই। লৈতবা, উদবনা অথুপ্পা ফোংদোক্তবা হায়বহু মহাক্কি, অমুক্তা অরৈবা হোংবা নাইদবা, শাফোংবা হায়বহু মথক্তনি। অস্তুম ওইবা রাফমবু ঈবুংঙো মহাক্না "তিং" ওইহনা অহৌবস্তু অলোম্বস্তু ওই হায়বগী "অতিংআ" শিদবা হায়না পূয়ানা কোলোই মিংথোঞ্জরী। মীওইবা খুদিংমক রাংউলোন (দর্শন) য়াওই. খেনবদি অহুম লৈগনি অফবা, ফত্তবা, অনেম-অরাঙ, মফম মতমগী মতুংইন্না।

---

## অমাইবা অমাইবী

*

অমাইবা অমাইবী হায়বা অসিগী থৌদাং য়াম্না চাওই, ঈরাং লাইশোনগী মরমদা কুপ্ল-নৈনদবা। লাইগী মিংখে শক শোনবদা খোনথোক (উচ্চারণ) চূমদবা, অথুপ্পা রাংউলোন (দর্শন) খঙদবা মীওইনা অরুবা লাইগী থৌরম পাংথোকপদি, ঈরাং লাইশোন তৌরিবা অমাইবা অমাইবী অহুস্তু য়ুম্বুগীস্তু মাংজবগী মশক্কি। পোইরৈ ঈনাংকী মতাংদা অমাইবগী মতিক ময়াই (গুণ) অসি অস্তুমনা হায়রী—

**"লৈবাক মাইবা খুরাই তাংবা,**
**নিংথৌ মাইবা চিরাই হনবা।**

৮৫। কোনসম চাওবা মঙাংচা, ককবা মাইরোম লৈরক।

৮৬। মুতুম বীহারী মঙাংচা, চীংঙামথা কোংখাম লৈরক।

৮৭। মুতুম সেখর মঙাংচা, মাইবম লৈকাই।

৮৮। ওইনাম ওলেন খুমনচা, লিবা নিংথৌজম লৈকাই।

৮৯। থোকচোম ইমো মোইরাংচা শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই।

৯০। থোইদিংজম কুমার খুমনচা, লিবা নিংথৌজম লৈকাই।

৯১। মাইস্নাম চিংলেন লুবাংচা, কৈরাও রাংখেম।

৯২। পুখ্রম্বম মুক্তা মোইরাংচা, নম্বোল লৈমা-পোকপম।

৯৩। মুতুম সুরঞ্জয় মঙাংচা, হৈনৌ থোংনেম্বী লমদোং।

৯৪। পুখ্রম্বম একাতোম্বী মোইরাংচা, চীংঙামথা ময়াই লৈকাই।

৯৫। লাইশ্রম ইপুংঙোচৌবী খুমনচা, কৈশামথোং হোদাম লৈরক

৯৬। পুখ্রম্বম গীরি মোইরাংচা, চীংঙামথা ময়াই লৈকাই।

৯৭। পুখ্রম্বম ইবেতোম্বী মোইরাংচা, চীংঙামথা ময়াই লৈকাই।

৯৮। পুখ্রম্বম কুমারজিৎ মোইরাংচা, চীংঙামথা ময়াই লৈকাই।

৯৯। মাংঙোইবম জিতেন খুমনচা, শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই।

---

অফোঙবা :

মুতুম চন্দু সনামচা

শিংজমৈ চিরোম লৈকাই, ইম্ফাল।

## —মুতুবা তোম্বীগী ফোঙপ্রবা লাইরিক খর—

১ তাইবং পাউজেন (Traditional History)

২. ইম্ফাল (Cultural History of Kangleipak)

৩। ঈথাই পুনম চীং (Based on Historical Fact) ওল মণিপুর সিভিল সার্ভিসেস ড্রামা কম্পিটিশন্দা অনিশুবা মনা ফংপ্রবা (১৯৮২)। লোয়ননা মণিপুর স্টেট কলা একাডমিনা বেস্ট রাইটরগী মনা পীপ্রবা (১৯৮৬)।

৪। শরী রাশক (Ba··· on Historical Fact) ওল মণিপুর ড্রামা ফেস্টিভেল্দা বেস্ট একট্রেস ফংপ্রবা।

৫। নিংথৌ থিবা (Based on Historical Tradition) ড্রামা

৬ লৈমা থিবা (Based on Historial Tradition) ড্রামা

৭ নুরা শংলৌ লেম্বী (মোইরাং শাইযোন) ড্রামা

৮. চীংমী-তম্মীগী থোদাং (অঙাংগী লাইরিক ইবদা অহানবা মনা ফংপ্রবা (১৯৮৬-৮৭)

৯। মিংখৈরোন (লাইনিং খুদাগী অশম্বা রাংউলোন্ (দর্শন্) অহানবা শরুক।

## —মথংগী থোরাংদা—

১০। চীংঙুপী নোংদম (ওল মণিপুর ফোল্ক ড্রামা কম্পিটিসন্দা বেস্ট প্লে, বেস্ট রাইটরগী মনা ফংপ্রবা, ১৯৮৫)।